[illegible]




# প্রকৃতিগী তম্পাক্তা

লমলঙ্কী থরাইবু নুংশিবীরিবশিংগী মফমদা

ডা: খাঙেম্বম শামুঙৌ



রাইতর্স ক্লব মণিপুর,
নম্বোল

*প্রকৃতিগী তম্পাক্তা*

ডা: খাঙেম্বম শামুঙৌগী রারেং




অহানবা ফোঙবা : সেপ্তেম্বর, ২০০৪

অফোঙবী : খাঙেম্বম ওংবী পুর্নিমাশী দেবী
রাইতর্স ক্লব মণিপুর, নম্বোলগীদমক ফোঙজবা।

ফংফম থোকপা : অইবা

নম্ফম : সরস্বতী ওফসেট প্রিন্টর্স,
সেগা রোড, থৌদা ভাবোক লৈকাই, ইম্ফাল।

মখূম লাই : বোম্বে নেচরেল হিস্ট্রি সোসাইটি

মমল : লুপা ৮০/-



লাইরিক অসিগী শরুক অমতা নৈনবা অমদি রিছার্চকী থবক্তা
নত্তনা অতোপ্পা হিরমদা শিজিন্নবা পাম্বীরবদি
অইবগী অয়াবা লৌবীয়ু।

# অইবগী কলম

**প্রকৃতিগী তম্পাক্তা** কৌবা লাইরিকসি ৱারেং তরেংখক্তগীনি। হৌখিবা চহি কুনমুকসিদা মণিপুরগী কাচীন-কোয়া, চীং-মান্দা কোয়রুবদগী থেংনরকপা, উরক-তারকপা লমলক্কী থৱাইশিংগী ৱাকৎ, মখোয়গী অৱা-নুংঙাই ৱারীশিংবু হৈত-হৈতনা খোমজিনজরগা পাউদমজবনি।

লাইরিকসিগী ৱারেং পুন্নমক সনাথোঙ, ঈশিং চায়বী, অনৌবা মঙাল, পোক্নফম, হুইয়েল লানপাউ, য়াকাইরোল, ওল ইন্দিয়া রেদিও, দুরদর্সননচিংবগী পাউদম মচা মচা ওইনখ্রে। নৌহৌনা অমুক শেমদোক শেমজিন তৌরগা ৱারেং ওহ্নোকচবনি। প্রকৃতিগী অহকপা মতিক-মঙাল, মাগী মরুওইবা কয়াবু মীয়ামদা য়ৌহনবিখিবা ই-পাউ, মেদিয়াগী অশিন অরাকশিংগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

লাইরিকসিগী **মণিপুর লিপী, নোংইন** কৌবা ৱারেংশিংগী অয়াম্বা শরুক, অদুগা **শঙাই** (লানবন মনুংগী শজি) কৌবা ৱারেংগী শরুক খরদি অনুবাদনি। মশক-মতৌদা তোঙান্নরবসু মখোয় অহুমমক লমদমসিগীদি শকনাইরবা লমলক্কী থৱাইনি। মণিপুর মশক তাক্লিবা লৈনি, উচেকনি অদুগা য়ারৌ তুবানশানি। অদুঙৈ কিংদোন ৱার্ড, এ,ও হীয়ুম অদুগা পারসী এলদনচিংবা বৃতিশ মচাশিংনা মখোয়গা অহানবা শকউনবদা, মখোয়গা শখঙনবা, মালেমদা মখোয়গী মশক তাক্লবা হোৎনবদা থেংনখিবা অৱা-নুংঙাই, মখোয়গী থম্মোয়দা ফাওখিবা কয়াবু পাউদমজনিংদুনা লৌখৎচবনি। অদুবু মীওইবা মরক্তা অথোয়বা মখোয়গী পুক্নিং ইহুলদু অশোনবা ঐগী কলমনা ইথোকপদা অৱাৎপা কয়া য়াওবমগনি। বিগ্যানগী ৱাহৈ ৱাতাবু অরাইবা লোন্দা হন্দোকপদা তান-মেন চানদবা লৈরমগনি। অশোইবা পুন্নমক পাবীরিবশিংনা তাকপিরক্লবদি হরাওনা লৌজগনি।

লাইরিকসি খুৎই ওইরিঙৈদা ইবোপিশক নোংথোম্বা, সি আই কলেজগী মণিপুরীগী ওজানা পাবিখি। ৱাহৈগী না-পুগী পাওতাক কয়া তাকপিরকখি। মসিগীদমক ওজাসিগী লমন তোনশিনজরে।

অরোইবদা লাইরিকসিগী দি টি পী তৌবিখিবা এস. আই. এণ্ড কো গী এল. চন্দ্রকুমারবু থাগৎচরি।

নম্বোল **অইবা**

আগষ্ট ১৩ ২০০৪

# ক্লবকী ৱারোল

রাইতর্স ক্লব মণিপুরগী মেম্বর খুদিংমক অইবা/অইবি অমমম ওইগদবনি হায়বগী চংনবি লৈবনা, মখল মথেলগী লাইরিক কয়া পুথোকচদুনা মণিপুরি সাহিত্যদা লেপ্পুনা খুদোল তৌজরকলি। ইরমদমগী কায়থরকলিবা মহৌশাগী শক্তম অমদি লেপ্পুনা মাঙশিনলকলিবা লমলক্কী শা-ঙা, উচেক-ৱায়া কয়াগী মরমদা থাদুনা ইবা ৱারেং, শৈরেং, ৱারী-মচা, উপন্যাস খরসু ক্লবনা পুথোকচবা ঙমখ্রে। হৌজিক ফাওবদা শৈরেং লাইরিক তরুক, ৱারীমচা লাইরিক মঙা, উপন্যাস অহুম, নৈন-ৱারেং অহুম অমদি মণিপুরি লোন্দগী হিন্দি লোন্দা অনুবাদ তৌবা অমা, পুন্না লাইরিক তরানিপাল পুথোকচখ্রে।

ডা: খাঙেম্বম শামুঙৌনা ইবা ***প্রকৃতিগী ভম্পাক্তা*** মিংথোনবা ৱাবেং লাইরিক অসিনা ক্লবকি তরামাপলশুবা ও-ৈনা পুথোকচবা লাইবিকনি। মমাঙদসু অইবগী ৱারীমচা লাইরিক ***সনামানবীগী মীৎয়েং*** মিংথোনবা শঙাই অমদি কৈবুল লমজাওগী অমসু ক্লবনা পুথোকচখ্রে। মীয়াম্না থোইদোক হেন্দোক্না "শঙাই-শামুঙৌ" হায়নসু শকখঙনরবা শা-ঙা, উচেক-ৱায়া অমদি মহৌশাগী ফজরবা শক্তমবু লুনা খনজবা অইবগী ***প্রকৃতিগী ভম্পাক্তা*** হায়না মিংথোনবা অসিবু রাইতর্স ক্লব মণিপুব, নম্বোলনা মীয়ামদা খুৎশিন্নজবগা লোইননা মখা তানা ইথবিরকখিগনি হায়বগী আশাসু অইবগী মফমদা থমজবি।

**ৱাজেন সরাংথেম**

আগষ্ট ১৫, ২০০৪
নম্বোল

সেক্রেটরী
রাইতস ক্লব মণিপুর, নম্বোল।

# য়াওফম

# প্রকৃতিগী লোল

প্রকৃতিদি শকনাইদবীনি। ঙমখৈ লৈতবী, লোইনাইদবীনি। মহাকপু 'অসিনি' হায়না খুৎ থিন্দুনা তাকলুবা নৎত্রগা পুথোকলুবা কনাসু ঙমলোই। পুথোক্কে হোৎনকবসু অবেম্বা তাগনি। শকউবা পোৎশক ওইনা পুথোকপা ঙমদে হায়দুনা মহাক লৈতে হায়বসিবা ? মদুসু নৎতে। চীং, পাৎ, তুরেল, লবুক-লমহাং, উমং-ৱাম্‌ং, থৱাইপানবা-পান্দবা পুম্নমক মাগী শক্রোন ঙাক্তনি। মীওইবগী ইন্দ্রিশিংনা খঙবা, উবা, তাবা, ৱাখলনা লাম্বা ফংলিবশিং অসিনা মাগী শক্রোন লৌবৱা হায়বসু ওইবোই, শক্রোন অমগী শক্তম লিশিং লিশিং লোৎতুনা লৈবমখিনি। অঙানবা সংসাবগী নাকন অমম্বা মবক্তা, ওইথোক্তনা ওইথোকপা মঙলানগী সংসাবদা, মীৎযেংনা তান্নিবা মালেমগী ফজবা মবক্তা, লোইনাইদ্রবা অতিযাগী অহাঙবগী পৈখ্রেবক্তা, নুংশা মঙালদা পাম্বীশিংগী থৌদাংদা, নিংথৌতুরেলদা থৱানমিচাকশিংগী কৌশিঙ-কৌবাংক্তা, নোংদোলদা হিদান্নবিবা লৈচীলগী ফুবা-দলান মবক্তা, সমুদ্রা লৈখাগী মঙাল পুবা থৱাইশিংগী মবক্তা, তাবমদাই নুমিৎকি মচু-মচুগী নোংজাবী লবুক্তা, তান্নবা চীংনুংদা ঈচিংচাযবীগী তেংথাখোল মবক্তা, অহাঙবা মালংদা তুমিৎ-যুবালগী সংসাবদা, শুক্রবা লোকনুংগী অমম্বা পুন্সিবক্তা, থাবল্লে লৈকোন্দা লৈবাং-খোইমুগী ৱাবীদা, অচিকপা অহিংদা নোংইনগী জগোযদা, লৈশৌবুঙগী অমম্বা সংসাবদা লৈশৌ মুকথুবীগী পুন্সি মবেললক্তা, থাবলনা ফীঙৌববা চীংনুংদা তাম্নাগী খোম্বাং মবক্তা, পাক্লবা ঈযাইদা ঙানু থংগোংনা চিনলোকনবিঙৈদা, মাগী উঙমদবা মতিক-মযাই, লোল লোইনাইদনা লোইনবমখিনি।

প্রকৃতিদা শক্রোন, শক্তম যাম্বগী মতিক মাগী লোলসু মশিং থিঙমদনা লৈবমনি। খঙনা উনববশিংগী মবক্তা – থৱাইপান্দবগা থৱাইপান্দবগা, থৱাই

পান্দবগা থৱাইপানবগা অমসুং থৱাইপানবগা থৱাইপানবশিংগী মবক্তা উপাই কযানা ই-পাউ ফাওনৈ। মখোযদো প্রকৃতিগী লোল ঙাক্তনি। লোল মযামসিবু অঙকপা শক্তিগী খুৎ অমনা লেংশিনবা ঙস্রবদি চেনা মশিং থিঙমদনা পানবা লাইবিক ওইগনি। শুপচিল্লগা, থৱাইপান্দবগী লোল অমসুং থৱাইপানবগী লোল হাযনা খাযদোকপা যাগনি। মসিবু তাঙমদবা লোল অমসুং তাঙম্বা লোল নৎত্রগা শকউৎতবা লোল অমসুং শকউৎপা লোল হাযনসু তাকনিংগনি। মপাম্বোংগী খুখাযথোক ঙাক্তনি। ঈচাওগী মাযওন নাইদে, নুপীগী যুম্নাক লৈতে হাযনবগুম প্রকৃতিগী লোনগী তক-তকবা পঙ্খে লৈতে, ফীবান দাবী নাইদে - মফম, মতম, কাযদোংফমগী মতুংইন্না অমুক লোনশিন্নে, অমুক লাপথোকনৈ; অমুকসু শকনাইহল্লি, অমুকসু শকনাইহন্দে।

## থৱাইপান্দবগী লোল

থৱাইপানবগী সংসাবসিদা থৱাইপান্দবশিংনা হাইনা হুম্না লৈ। মখোযগী লোলনা থৱাইপানবশিংগী নাওশুম হাইবি। অদুঙৈ, পৃথিবীনা অহানবা পোকলকপদা মৈবুলগুমলশ্মী হায। মতুংদা চহি মিলিযন কযা চংনা অসুম অসুম ইংথবকপগা লোযননা লৈমায কনশিল্লক্তুনা পৃথিবী ওইবকখি। শকনাইদ্রিবা প্রকৃতিগী লোলনা মালেমদা থৱাইগী মচাক ওইবক্কদৌবিবা পোৎচাকশিং তপ্না তপ্না শেমগৎলকখি। পোৎযান পোৎতিন ওইবকখি। পৃথিবীগী অকোযবদা নুংশিৎকি লৈবোল লৈবোল লৈবকখি। শকউদ্রিবা হাযড্রোজেন ওক্সিজেন তিন্নহন্দুনা শকউবা ঈশিং ওইবকখি। চহি কযা নোং লেপ্তুনা চুহন্দুনা সমুদ্রা ঈপাক শেমখি। ঈবোলনুংদা নৌনা ওইবকপা পোৎচাক-পোৎযানশিংগা হান্না লৈবম্বশিংগা পুনশিন-যানশিন্নহন্দুনা হেন্না মতিক-মগুন লৈহল্লকই। থৱাইগী মতিক হাপলকই। থৱাই পোকহনখি। মখোযদা পাম্বীগী মতিক মঙাল হাপ্তুনা শকনাইবা প্রকৃতি ওইবকখি লোযননা লোলগী মশা মবেং পুংলকখি। মাগী লোলগী শিঙ্গা অমদা লৈশাৎতবা, লৈশাৎপা পাম্বীশিং লৈহন্দুনা মালেম ইশং শংহনখি। শিঙ্গা অমদনা যাংলেন শক পান্দবা অমসুং যাঙলেন শক পানবা তিন-কাং, শা উচেকশিং লৈহনখি। মাগী লোন অমনা ঙানা ঈশিংদা লৈহল্লগা উচেক্তা মালংদা পাইহল্লি। উচি, লিন্না লৈখুলদা লৈহল্লগা যোং, খৈবোইনা উশাদা তোঙনিংহল্লি। পিথোকপা লৌশিনবা' হাযবা শিঙ্গা পোবম শেমদুনা মালেমগী থৱাইপানবা-

থৱাইপান্দবশিংগী খল কাযদনবা, অদুগা লেংলি-পাল্লিবশিং পুন্নমক পুন্না হিংমিন্নবগী থৌবাং যাৎপিবম্মী।

ঐখোযনা উতোন-ৱাতোনগী মথক্তা যেংখৎলুবদা নুমিৎ-থা, থৱানমিচাক, লৈচীলগী লৈবাক যৌদ্রিফাওবা কবিমতা লৈবা উদে। খুৎ হেক ঙম্নমখৈ তিংখোক্লগা হুমাই পাযদুনা তপ্না তপ্না হাইকবদা কবিমতা থেংনদবগুম তৌই। অসিগুম্বা মফমবু 'অহাঙবা' হায। মসি তশেংনা চুম্লবা হাযবদি নৎতে। প্রকৃতিদা অহাঙবা হাযবা অমা লৈতে। নুংশিৎ কৌবা পোৎশক অমা অহাঙবনি হাযবিবা মফমসিদা পিক থন্না লৈ। মশক্তি উদে। খুৎতা পাযবিবা হুমাইনা খবা থুনা-যাঙনা হাইকবদা তকম-তকম, অফা-অপুন্নবগুম তৌই। লোযননা হকচাংদা তইং-তইংবগুম ফাওহল্লি। কবিগুম্বা অঙকপা শক্তি অমনা মাইল চা কযা শাংবা কৈবাক অমা যুংবা ঙম্লবা, কৈবাক্তুগী থাক মথং-মথং কাখৎতুনা হুমাই হুম্লুবা ঙম্লবদি, হুমাইদু ইযাং যাংনা, হকচাংদা কবিমতা ফাওবক্তুনা পুমতাও তাওবক্কনি। মফমদু অহাঙবনি। প্রকৃতিগী বাংমদা।

প্রকৃতিনা ঐখোযদা নুংশিৎকি মশক উহন্দবগা ইবোইননা কবি কবি যাওবি হাযবসু তাখোক্তে। হংলুদ্রিবমখৈ খুমলক্তে। খঙনিংবশিংনা হংলুবদা, মঙোন্দা গ্যাস, উফুল, মখল-মখা লৈবীকনচিংবা কোইতাও তাওনা শান্নবি হাযবকই। মখোযদো শকউদবা প্রকৃতিগী খুৎনা চেৎনা ফাজিন-কোনশিন্দুনা থমখিবনা লৈতবগুম উবনি। ঐখোযনা হংলুবদা খুমলক্লিবা খবদুনা নুংশিৎকি মচাক-মবল লোইবৱা হাযবসু নৎতে। মসিদি সমুদ্র খোঙবানগী লৈঙোই লৈবিক খবতমক ওইবমনি।

শকউদবা প্রকৃতিগী লোল অমনা নুংশিৎতা যাওবা পোৎচাকশিং ঙহাক্তা তুমিন্না লৈহন্দে। কোযচেল চেলহল্লি, অমগা অমগা থেংগাযনহল্লি, ঈশিং ঈথক্কুম ঈপোম হৌহল্লি। লোলগী শউম অদুক্কী মতিক চাওবগা ঈথক ঈপোমসু হেন্না মকা লামহল্লি। যাঙনা চেল্লিবা হৱাগাডী অনি থেংগাযনবগুম পোৎচাকশিং থেংগাযনদুনা খোঞ্জেল থোকহল্লি। শকনাইবা লোল ওইহল্লি। অদুগুম্বা নুংশিৎকি ঈপোমদা এবোপ্লেন, বেদিও, টেলিভিজনগী লম্বী ওইনবি। বিজলীগী খোনি ওইবি। অদুগা মহৌশাগী লোল [১] অমনা নুংশিৎতা

---

(১) পোজিটিব (।) অমসুং নেগাটিব (–) কী মগুন চেনবা।

পা-পীগী শক্তম লাংবা চার্জ পারটিকল ময়াম অমা থাদোক্তুনা লমজেল তান্নহল্লি, লাকঙম ফাঙমদবা শক্তি থোকহন্দুনা নোংথাং কুপহল্লি, ব্রজ তাহল্লি। কুপখ্রবা য়ুরানিয়ম এটোম মনুংদা পৃথিবীবু মীংনা কুপ্পদা মাঙহন-তাকহনবা ঙম্বা প্রকৃতিগী লোল ফাজিন্দুনা থম্রি হায়বা লাইপোক ওইবা খরতনা খঙনৈ। লোলসিবু মরমচানা অর্থ থোকহল্লগা অফবগী অফবা, লান্না শিজিন্নরগনা অমাঙবগী অমাঙবা। ফিভমসিদা প্রকৃতিনা মীওইবদা অফবা ব্রাখল মিনুংশিদা, হেন্না পুক্লিং চংনবা শিনবীরম্মী। শিন্থাসিবু থৌওইদ্রবা, লমকেৎ-লমহাইবশিংনা তনৌরিবা লৈগী লৈয়োন্দা চংবা তিনগা পাঙখকনি। তিন্দুনা লৈয়োল, লৈনা, লৈরিক, লৈবুক মথং মথং চিকথৎলক্তুনা উঁহে মরু যাওহন্দনা অরোইবদা পাম্বীদুগী ধারা কাঙখুল মাঙহল্লকপগুম, মখোয়সু সমাজগী য়েক্লবা ওইরকই। হীবোই যাওদবা হিনা অপাকপা ঈপাক্তা মায়কৈ শলাই খঙলক্তবগুম মখোয়সু ব্রাখলগী পল্লেপফম লৈবক্তে। ময়াই কারবা যাইশাগুম মনিং মখা তমলকই। কল্লক, মীহৌ, অপাম লাংনা মীওইবা খুনাইগী মাঙ-তাক্লবা তৌরকই। অনিশুবা লাঞ্জাওদা এতোমগী শক্তিনা হিবোসিমা, নাগাশাখি মরাইবক থিখি।

প্রকৃতিগী লোল অমনা ঈশিংবু শক্রোন য়াম্বী ওইহল্লি। মাগী শক্রোন অমনা অহাংবা মালংদা শান্নহল্লি। শক্রোন অমনা ঈপাক ঈবং ওইহল্লি। অহুমশুবা শক্রোন্না লুপা ফিঙৌ ফৌহল্লি। মাগী ঈশৈ অমনা উনগী চীংজাও কপহন্দুনা গঙ্গা, ব্রমহপুত্রগী ঈচেল লেপহন্দ্রি।

প্রকৃতিগী লোল অমনা অদুঙৈ, থব্রাইপানবশিংগী থব্রাই য়াওদ্রবা হকচাংবু লৈনুংদা লোৎশিনখি। চহী যুগ কয়া চংনা নেচরেল গ্যাস, কোয়লা, থাও ওইহনখি। মাগী ঈশৈ অমনা য়োৎ, সনা, লুপা, নোংদার, বেদিও এক্তিব পোৎচাক কযাসু মীওইবগীদমক লিশিন্দুনা থম্বীরি। মাগী মীৎয়েং অমনা নোংলিকশিংগী মমাংদা নুংশা মঙাল খাঙঙমদে, মশাগী মচু তবেং পুথোক্তুনা অতিযাদা চুমথাংগী জগোয শাহল্লি।

## থব্রাইপানবগী লোল

থব্রাইপানবশিংদা মশা-মশাগী অপাম্বা, অনিংবা, থম্মোয়গী ইহুল কয়া ফোঙদোক্লবগী মতিক লৈ। মদু মখোযগী লোলনি। অদুগা, লোন্দুবু থোকহল্লিবা শকউদরা ঈথিল অদুনা প্রকৃতিগী লোলনি। ঈথিলদুমক

জীবশিংগী মবক্তা কনানা খৌজেংনা; কনাগীনা হকচাংগী শাখেক, খোঙথাং, মীৎযেং, ইংগিৎ অদুগা কনাগীনা হকচাংগী ইনিল, মবেক-মহাউ, মঙাল, মনমশিংনা ফোঙদোকনৈ। মফোঙদোক্কী মতুংইন্না খোঞ্জেল থোকপা **খৌজেং লোল** অদুগা খোঞ্জেল থোক্কবা **হকচাং শাখেক লোল** হায়বসি। অনিসি অমনা হকচাংনি অদুগা অমনা মমিনি। অমনা মঙালনি অদুগা অমনা মৈশানি। অমনা লৈবাংনি অদুগা অমনা লৈনম।

কাঙলুপ কাঙলুপ নাইনবা থব্লাইপানবশিংগী মবক্তা অমনা অমগী লোনবুদি খঙনদে। খঙননবগী মতিকসু প্রকৃতিনা হাপ্পীবমদে। হাপলম্রবদি জীবশিংগী মবক্তা খেন্নবা লৈবমলোই। অমুকসু, থব্লাইপানবা কনামতনা প্রকৃতিগী লোল খুদিংমক খঙবসু ওইথোক্তে। জীব পানবশিংগী মবক্তা খ্বাইদগী অথোযবনি শীংথানবিবা মীওইবা ফাওবদা মহাক্কী অবোল অথুপ খবতমক খঙহল্লম্মী। মসিমক নৎলমদ্রবদি মীওইববু লাক্লবা অমুক্কা হেন্না ব্লাবমগনি। মহাক্কী অথোৎপা, অমেঙবা, ফজবা, নুংশিবা, অচুম্বা শুমহৎযাই পুম্নমক মীওইবগী অপাম-মীহৌলাংদা থুবমগনি।

প্রকৃতিদা পাম্বী অমসুং শা-উচেক খুদিংমক্কী লোল লৈ। অদুবু মফোঙদোক্তি তোঙাল্লি। থব্লাইপানবা পাম্বীদা প্রকৃতিনা থম্মোযদি হাপ্পীবমদমালে। মখোযদা অপাম-নুংশি লৈতে, কল্লক-মীহৌবা পোকহন্দে। শাহিং চাববসু কৈ-নোংশাশিংদি থমোযসু পালহল্লি। মখোযদা পা-পী খাযনা ইমুং-মনুং লিংহল্লি। পানা ইমুংগী মকোক ওইনা লৈফমগী অকোযবদা কোযনা চৎতুনা অমাং-অশোয তৌশিলহল্লি। ঈশিং চৎশিলহল্লি। উজাও উবেলদা মবেং ঙাহল্লি। মতু তকহল্লি। মবৈনা লেকহল্লি। লোম্বোক্তবা **হকচাংগী মনম লোল**না 'ঐগী ইমুং-মনুংগী লৈফমনি, অতোপ্পা কনা চংলক্কনু' হাযবনি। হকচাং মনম লোলগী মতিক মযাইসি যুম্বানথাদা অমুক হেল্লি। মতমসিদা মুগাতিল মখল খবগী লাবনা মাইল মঙা-তকক লাপ্পা লৈনবিবা অমোমগী লৈফম খঙই। অদুগা, অচৌবা শাশিংগী মবক্তা অমোম হাকন্নবিবা লাবা অমগী লৈফমদা অতোপ্পনা খক চংনদে। চংলক্লগদি হান্না লৈবম্রিবা অদুবু উশিংতে হাযবনি। মখোয অনি অঙম্বা খঙদোকনা মাযোকনহল্লি। মাযথিববা অদুবু অঙম্বনা তাথি-তাওই তৌহল্লি। হাৎনহল্লি। হিংবদা মতিক চাবা অদুতমক লৈহৌবগা মতিক চাদবশিংদি মাঙহল্লি হাযবসু

প্রকৃতিগী থৌবাংনি । শা-উচেকশিংদা থমোয পানবগী মতিক মপা-মমানা মচাশিং যোক থাকই । মখোযনা চাগদৌবফাও যাম্না নুংশিনা মচাশিংদা পিজে ।

শা-উচেক্কুম্না পাম্বীশিংসু অবাম-খৌবাংবা, অন্না-নুংঙাই খঙই । মদু মখোযগী মতৌনা খঙহল্লি । প্রকৃতিগী পোৎথোক থন্নাইপানবা অমনা মশাগী অন্না-নুংঙাই ফোঙদোক্নবা উপায লৈতবা হৌনন্না ? মদু খোম্লোক্তবা পাম্বীগী লোননি । মশিঙসু অঙকপা ফংনা যামহল্লি । খঙবা ঙম্না পঞ্ছেগী মনুংদা-নুংথিল-নুংশাদা শিকংনকবা পাম্বীশিং অহিং লিক্লানা তেকখৎহল্লি । নুংশা মঙাল ফংদবা কানুংদা পাম্বীনা লৈনিংদে । মখোযনা অমম্ববু কি । অমম্বা মবক্তা হকচাং কুচু তাইফেৎ তাইনা অকিবা খাঙহল্লি । ফিভমসিদা ফক্লাং তিনখুনদা নুংশা মঙাল উববদি কযাম হবাওজে । মঙালগী মাযকৈদা মতোন-মনৌনা মায ওল্লকই । অমুকসু, লৈ অমদা কবি কবি যাওই ? মীৎনা উবদা লৈনা কযাৎ মখল মবিনি । লাবোল কুযোম নাইনা লৈ । প্রকৃতিগী লোল অমনা লৈনা খুদিংমক্কী মশক মান্নহন্দে । মখৌ তোঙালহল্লি । মপাল থংবা লৈনানা হাযবি – 'ঐনা মনুংগী লৈনা, লবোলশিংগী মপী-মপানি । মখোযবু ঙাক-শেনবনি ।' মথংগীনা – 'ঐগী ইশক-ইতৌ লৈনম্না খোইমু, খোইনিং, হযিংখোই, কুবাকশিং শুমহৎকনি । মখোযবু ঙাওহনগনি । ইখৌ লাংহনগনি । মম্রনা শুমহৎলবা অমগুম ইনাক্ত' লেংদনা লৈহনগনি' । অহুমশুবনা – 'পুঙবা নাইবা তাইবংদা ঐনা যেৎনি । ঐগী লৈবিক্লা পা মকনি । লৈবিকখাওনা পা মকগী পুক্কৈনি' । মনুং ইথং-থংবা অদুনা – 'ঐনা ওইনি । সিযোমনুংদা পী মক যাওবি । কনা খঙহন্দনা । মসিবু পা মকগা তিন্নহনগে । উঁহৈ মক চংহনগে । চাদা কাঙখুল মুৎহৌদনবা । অদুগা, ঐদি পাঙ্গল শোনবীনি । কৈশুমশংগী বন্দিনি । ইনিং তম্না পা মক খুল্লুবা ঙমদে । হযিংখোই, কুবাক মখোযনা লংবিবকপা লৈবিক মকবু থন্নাই তানা ওকচনি । মখোযগীদমকনি ঐনা লৈহী ঈফুৎ লাংলিবা । ঐগী অবৈবসু পিগনি । মখোযগী মতেংসু লৌগনি । চাবসনু, থক্লসনু । মখোযগী অপাম্বনা ঐগী চাদা হৈক চঙহৌনি' ।

•

প্রকৃতিগী লোলগী শিম্থা অমদা লৈগী পা মক, পী মক তিন্নহল্লি । সেল অমতগী হকচাংদা থন্নাই মীতম লাংহল্লি । তোঙান তোঙানবা মাগী লোলনা সেল অমদগী অনি, মবি, নিপাল    মথং মথং শকনাইদবা সেল মযামগী

হকচাং ওইহল্লি। মতুংদা শকনাইবা সেল ওইহন্দুনা কয়াৎ শক্তম লাংলে, থৱাইনা কনা খঙহন-উহন্দনা যাতাবি। মহৌশাগী ঈশিং, নুংশিৎ, নুংশা লাংহন্দুনা মকনা অমুক মীকপ থোকহল্লি। মতোন চোংদুনা অনৌবা পাম্বী ওইহল্লি। নুমিৎ, থা খবনিদা পাম্বীবু অমুক লৈশাৎ তমহল্লি। অসুম্না তেনখ্রবা পাম্বী অমগী পুন্সিনা প্রকৃতিদা পাম্বী মখল মখা লৈবকখিবগী চহি মিলিয়ন কযা লাপখ্রবা পুৱাবীবু মযেক লানা লিহল্লি। মালেমদা অহানবা লৈবকখিবা থৱাইদি সেল অমতগী হকচাংনি, মতুংদা তপ্না তপ্না সেল কযাৎ মযাম, মখল-মখা যাওবা পাম্বীশিং ওইবকখি হাযবি। লৈগুম্না পাম্বীগী মউ-মবা, মনা কযাৎ লিশিং লিশিংগী লোল লিশিং লিশিং লৈবমনি। পাম্বী অমগী লোন্না অসুক যাম্রবদা মালেমদা লৈবিবা পাম্বী মখল মযামসিগী লোল কযাম যামলমনি ?

প্রকৃতিদা শা-উচেক্কী লোলনা অমুক্কা হেন্না মপাল নাইদে। খোংনাং উজাওগুম পুঙই। মসিমক পাম্বীশিংগীনা লেংদবা পুন্সি অদুগা শাশিংনা মফম মতমগী মতুংইন্না মৈশা লাংলুগদৌবশিংদু মাংজৌননা খঙলবা প্রকৃতিনা হাপ্পীবম্বা ওইবমগনি। শক্রোন অমদা, ঙাবাকপী অমা ঈশিং মপাল, উশাদা তোংলি। কবিবু খল্লিবা ? উচেক্কু উকবদা মীওই কযাগী মীৎযেং, ৱাহঙোক তোঙান-তোঙাননি – কনানা, ইচম চম্না ফজবা উচেক অমা ঈশিং মপালদা তোংলি হাযগনি। কনানা, উচেক্কু কবিনো, কৈদৌবা তোংলবিনো খনগনি। কনানা, উচেক্কুগী ফজবা মতৌ, মাগী কুচুগা উনা-ৱানাশিংগা চাশিন চুশিন্নবগী মবমদা খল্লুনি। কনানা, মহাক্কী নোংজু-নুংশা থৌওইদনা খাঙবা কনবা মতৌ, অপীকপা উশাদা উইবি উইবি তোংবা ঙম্বগী শক্তি থিকনি। কনানা, উচেকশিনা চৎথবক্কদৌবা থৌবম পবেং ঙানা ঈশিংদা চাখৎলকপা উবগা মানা উশাদগী চপযুংনা পাইবকপা, খুৎলৈ থুনা ঙা লাকলুবা, চেনখিবা, মকোন্দা অবাম-খৌবাং খাঙলিবা মচাশিংদা ইনবীকবা, মচাশিংনা হবাওজগদৌবশিংদু ৱাখলগী মীৎনা শং-শং উবমগনি। কনানা, ঙাবাকপীগী শউম খঙলু উকবদগী ঈশিংদা চাখৎলম্বা ঙানা ঈশিংদা অমুক লুপথখিবা, ফাবা ফংহৌদ্রবা মহাক্না নিংবা কাযনা উশাদা অমুক তোংলবা, মমানা মচাগীদমক ৱাজবা, মপুক লাম্রবা মচাশিংনা মমা হল্লকপা ঙাইবমগদৌবা শক্তম পবেং অমা লাকশিনবসু যাওবমগনি। ঙাবাকপীনা ঙা লুমলিঙৈদা কনাগুম্বগী শাইবোং, নাওবী, লৈতুম্না পান্দুনা মমাদু শিববা, মহুমদগী পাইবা ঙমদ্রিবা মচাশিংনা ৱাহৌগদৌবশিং অদুগীদমক ৱাজবসু লৈবমগনি। ঙাবাকপীগী

তোংশাবু কল্লকপা তাকশী শোনবসু য়াওরমগনি। ঙারাকপী অমা উরুবদা মীওইবদা মখল মথা ৱাখল অসুক য়াম্না পোকহল্লিবা অসিমক প্রকৃতিগী লোল মশিং য়াম্মী হায়বনি। প্রকৃতিদা ঙারাকপীগুম মশিং লাকঙমদ্রবা শা-উচেকশিংগী লোলগা ঙমখৈ চাংজৌ লৈতবা অতিয়াগী থৱানমিচাকশিংগা মশিং কনাগীনা হেল্লমনি ?

থৱাইপানবশিংগী মরক্তা মিসোজোয়ক যুগকী দাইনোশোরশিং অঙকপা ফংনা চাও-শাংলম্মী। ফুট ৮০-১০০ ফাওবা শাংলমগদৌবা, টন ১০০ হেন্না লুমলমগদৌবা মখোয়দা প্রকৃতিনা হিংচা য়াইতম্বগী মতিক হাপখি। মখোয়বু শাংলবা চহি মিলিয়ন ৪০-৫০ মুক মালেমদা হাইনা হুম্না লৈহনখি। মতমগী য়াওলদা মখোয় অমুক খোঙ্গুল মুৎহনখিবসু প্রকৃতিননি – লবুক লমহাং, চীং-মান, পাৎ-তুরেল অয়াম্বা উন মপাক-মপাক্লা কুপশিনহনখি। পুকচাওবা মখোয়গী পুকথন্না চানবা চিঞাক ফংহনখিদে। লৌশিংগী মঙাল হেন্না হাপ্পুনা অনৌ-অনৌবা শা-উচেক্কী মখল পুথোক্তুনা দাইনোশোরশিংবু মচেৎ-মচেৎ শেৎহলখি। প্রকৃতিগী লোন অমনা চহি মিলিয়ন কয়া চংনা পৃথিবীগী লৈনুংদা লিশিন-তাশিন্দুনা থল্লিবা শা-উচেকশিংগী শরু-শয়াং, খোঙ্গুল, অতৈ খুদম-চাংদমশিংনা হায়রি – দাইনোশোরশিংদো চহি মিলিয়ন ৬০ মুক শুরে মাঙখিবা।

প্রকৃতিনা শাশিংগী পুন্সি তাক্কক্কা চানবা লৈফম-চাফম, পুন্সি মরেল শেম্বীরম্মী। হঙোইনা মরুম-মচা ওইবিঙে ঈশিংদা লৈহল্লগা নাপী, মরু-মরাং চাহল্লি। উথক্তা লৈবা হঙোই তাংশাং, শেম্পাকফাও মকুম-মথা ওইরক্লগা ঈশিং তুঙফম থিহল্লি। মচা (ঙাচক) হেক ওনবগা ঈশিংদা ওম্বগদৌবা মফমদা মরুম কোকহল্লি। মীওইবগীসু অঙাং ওইরিঙে মমাগী তম্পাক্লা সংসারনি। তুমিৎশিংগীদি হৈবোং মনুংবু চাওরবা সংসারনি। লৈশৌবুংগী অমম্বা সংসাবদা লৈশৌ, ককচেংশিংগী লাইবৈবাক ওইহল্লি। মীওইবদা লাযনা-তিন্না পোকহল্লিবা মহিক অয়াম্বগী পুন্সি তাক্কক খরা অতোপ্পা জীবশিংদা কায়দোংফম লৌহল্লি – মেলরিয়াগী মহিক প্লাসমোদিয়াম কৌবনা কাংগী চাকখাওদা মরুম-মচা কোকহল্লি। কোলেরা, টাইফোয়তশিংগী মহিক হয়িংনা শন্দোকহল্লি। প্রকৃতিগী লোন্না সমুদ্রা ঈথক হৌহল্লি। ঈশিং ঈয়াইদা মরুম-মচা কোকপা য়াদবা জীবশিং ঈথক কারকপদা য়াওহল্লি। তেনখ্রবা মতম খরগী

মনুংদা তোববান লৈঙোয হৎতুনা মকম-মচা কোকহল্লগা মথং ঈথক্কা ইবোইননা অমুক হনখিনবা শিল্লম্মী । মালেম লৈশানা মকম-মচাশিংগী যোকচবী ওইহল্লি । মীওইবা যাওনা হঙোই, চুম, লিন, উচেক, খোমথকপা শাশিংগীনা খৌজেংগী লোননি ।

অদুগা, খোঞ্জেল খোক্লবসু কৌজেং, হাবৌ, চীং-হাবি, হাবিনোংনাং, কাঙ, ব্লাহী, পুকশ্রি, থব্রাইলাকপী, তাম্লানচিংবগী খোঞ্জেলদি খৌজেংগী খোম্লোক নংতে, **শাখপ লোন** হাযবসি । প্রকৃতিনা মখোযদা মশা (ব্রীং), মখোঙনা হকচাংদা তক্লবগা খোঞ্জেল খোকহন্নবগী শক্তি হাপ্পীবম্মী । খৌজেংগী খোম্লোক নংত্রবসু তিন-কাংশিংগী শাখপ খোঞ্জেল হৌই । পিকখ্রবা কাঙ অমনা পাইবদা খোক্লিবা 'ঙোং, ঙোং ...', হকচাং মপিক্কা অদুক হৌনি থাজদে । অপীকপা জীবশিং অসিগী মশানা হকচাং নংত্রগা মখোঙগা নকশিন্নবা নংত্রগা থুনা-যাঙনা তকনবগী মতুংইন্না খোঞ্জেলগী অহৌবা, অযাকপা, অতপ্পা, অমেংবনচিংবা লেপ্পী ।

প্রকৃতিগী চাংযেং অমনা শা-উচেকশিংগী খোম্লোক তোঙালহল্লি । তানিংবা যাওহল্লি, তানিংদবসু কোঙ্গাইনি । থব্রাইলাকপীনা খেকপা, ক্লাক্লা লাক্লা-লাক্লা খোংবা, মকুনা নাহেবা, লমহুইনা তেংথাবা, যোংমুনা লাওবা, ... কনামতনা তানিংদে । অকি-মিপাইদুম পোকহল্লি । অদুগা, লমখুনুগী কুক্রু-কু-কু- ..., পিথাদোইগী পি-পি-পিপ-পি... , কোকিলগী কুহু-কুহু..., তম্নাগী তাম-তাম ... খোম্লাংশিংদি তানিংহল্লি । কবি, অশৈবশিংবু ব্রাখল ঈপাক্তা হেক হেক লংথৈ ।

প্রকৃতিদা থব্রাইপানবশিংগী মবক্তা মতৌ তম্নবগী লোল মপুঙ ফাই । 'কৈগী মপান নাপীনা তাংই, নাপীগী মপান কৈনা তাংই' পাওবৌনৈ । অকোযবগী ফিভমগা চাশিন-চুশিন্ননা ঙহাক লৈতনা মচু হোংদোক হোংজিন ঙম্বদা কেমীলিযন[২] শিংথানৈ । হঙোই অযাম্বা লৈক-লৈকবা মফমগী মতুংইন্না মচু ওল্লি । তিনখাক, তিল্লাইখোম্বী, থক, অঙাংচাবী, উফক, কুবাক, মৈবম্বী, উশিংশা, মৈতালচাবী, কৌজেং-হাবৌ মখলশিংনা মা-মানা লৈকবা মফমগী

(২) *কেমীলিযন ঃ* নুমিৎযুংবী চুমগ' কাংলুপ তিন্নবা শা । মণিপুরদা শা মখলসি লৈতে । খ্বা ভাবক্তা ফংই ।

মওং-মতৌ, মচুশিংগা চাশিন-চুশিন্নবা শিনবীরম্মী। মান্নমনখিবনা মফমদুদা মখোয় লৈ হায়বা পাক হেক্তা খঙহন্দে। থরাইপানবশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী মীৎ থোই শিংথানরিবা উচেকশিংনফাও মখোয় লৈ হায়বা খঙহন্দে। উহন্দে। মশক খন্দোকপা রাহল্লি। অসুম্না অপীকপা জীবশিংশিদা মশাবু য়েক্লবদগী কনজনবা অদুগা মশাগী চিঞ্জাক থিবদসু মতেং ওইনবা মতিক-মঙাল হাপ্পীরম্মী। তাম্নাগী পাকথোক পাকপা, উনাগুম ময়াৎ-মযাৎ, শংত্রিক শংবা মতৌনা উনারক্তা তোংলিঙৈ উবা ফংহন্দে। সমুদ্রগী জীব কযাসু উশা-রাশা মালহল্লি। হকচাংপুম্বা মরাং-তুরাংহন্দুনা অকিবা উৎপসু কোঙ্গাইনি।

প্রকৃতিনা চাবোকথাদা অবাপ-অরাপ্পদা লৈনখিবা লাব-অমোমশিংগী লৈফম **খোঞ্জেল লোল** নৎত্রগা **হকচাং মনম লোল** না খঙহল্লি। অদুগা, পুঙবা নাইবা মখোয়গী মরক্তা যেৎ (পা) ওইবনা হেন্না চুং-ফিরাল চানা ফজহল্লি। খোঞ্জেল খোঙ্গোকসু (মীওইবা নৎতনা) হেন্না নালহল্লি। হঙোইগুম্বা খবদি লাববু খোঞ্জেল থোকহল্লগা অমোমবুনা লোঙ্গোক্তবী ওইহল্লি। খোঞ্জেল নৎত্রগা হকচাংগী শাথেক জগোয়না লাবনা অমোম্বু পেলহনবা নৎত্রগা অমোম্না লাববু পেলহনবসু য়াওই। কোকলিগুম্না জীব খরগীদি চাবোকথাগী খোল্লে-খোঙ্গোক্লা অতৈ মতমদগী হেন্না শুমহৎয়াই চেলহল্লি। অদুগা য়ুম্বান্নবা হেক লোইবগা লোঙ্গোক্তবা মতৌগুম উনা-রানারক্তা লোৎহল্লি। খুনু লাবগী মখৌ পোঙনা খোংলগা কোয়না লৈনা শাবা জগোইনা অমোম ওইবীশিং পেলহল্লি। থমোয় ইরাং হৌহল্লি। মীৎ থকপমখৈ মচু-মচুগী মতু ময়াম ফন্দোক্লনা শারকপা রাহোং, নোংইন, ঙানু, য়েন লাবশিংগী জগোইদা ওই (পী) ওইবীশিং লৈঙমদে; মতু ফিজোল হাইদোক্লনা য়েৎ ওইবশিংগী মাংদা কেথ-নৌথজৈ। শজি-শঙাই, নোংশা, শন, ইরোই লাবগী তিঙদা-যাঙদা, ফজবা শাবান, লেং-তানা নোয়পেল্লবা ঙকশমদা মতু জুম জুম তাবা মতৌদা অমোমশিং পুমপেল পেলহল্লি। পংথহল্লি।

লমলক্কী থরাইশিংদা য়ুম্বান্নবা মতম প্রকৃতিগী লোন্না অতৈ মতমদগী খ্বাইদগী তনাল-তনাল মশা মরেং লোংই। মতমসিদা শা-উচেকশিংবু মহুম-মকোন শানিংবগী ইহুল পোকহল্লি। লোইননা মরুম, মচা কোকফম/পোকফম খলহল্লি। থৌবাংসি লাব-অমোম পুন্না তৌমিন্নহনবসু য়াওই অদুগা অমোমনা শিল-লাংহল্লগা লাবা যাওহন্দবসু কয়ানি। মহুম শাবা লোইরকপগী লোলনা

অমোমশিংবু ঈযেক-নাওযেক ফাওহল্লি। মকম মচা পোকহিল্ল। মচা নুংশিবগী ইহল ফাওহন্দুনা উচেকশিংবু মকম কোলহল্লি। প্রকৃতিগী লোল অমনা ঙা, হঙোই, চুম, লিন, থেংগুশিংবুদি মমানা মকম কোলহন্দে। মালেম লৈমবু যোকচবী মমা ওইহল্লি। কোকিলবু লৌনম শাজৎ চৎহল্লি, অতোপ্পা উচেক্কী মকোন্দা মাগী মকম কোকশিলহল্লি। মচা যোকহল্লি। মচা ওইবিঙে, মমানা চাগদৌবা চিঞ্জাক মচাশিংদা পিজহল্লি। ঙানু থংগোং, নোংইন, লাংমৈদোংশিংদি পুন্সিচুপ্পা লাব-অমোম থাদোকনহন্দে। পুঙবা কাযনদনা পাইমিন্নহল্লি। চাক্তামিন্নহল্লি। যাবেকমিন্নহল্লি। শাদানবগী খুৎতা তাখ্রবা মপাঙ অমগীদমক লৈহৌবিবা অদুনা তেংথা-নাওইনা কর্পচে। লাংমৈদোংবু লাব-অমোম চংনা উজাও উক্রোং থিমিন্নহল্লি। হেক ফংবগা অমোম্না মনুং চংহল্লগা লাবনা মখুল মচা অমা খাকহৌবগা উক্রোং মমায মেনশিনহল্লি। উক্রোং মনুংদা হেক চংখিবগা অমোমবু ঈযেক নাওযেক ফাওহন্দুনা মকম কোকহল্লি। কোলহল্লি। লাবনা অমোমগী চিঞ্জাক পুবকহল্লি। মচা হেক ওনবগা মমাবু মপাল থোকহল্লি। লাব-অমোম শিলওন-শিনজিন মচাশিংগী চিঞ্জাক ইলহল্লি। তোঙান তোঙানবা প্রকৃতিগী লোলনা অতৈ জীবশিংগী লাব-অমোমশিংসু মাগী মাগী মথৌ কাযদনা তৌহল্লি। অতৈ জীব মচাশিংসু পা-পীগী লৈনবা মবী, মচা মশু নুংশিবা খঙলমনি। মসিবু ব্রাহৈনা, থবক্তা উৎপা ঙম্বশিংনা ফোঙদোকই, ঙমদবশিংদসু প্রকৃতিগী লোলগী মতিক-মযাইদি মযেং তাবমলোই। মতম মতমগী মতুংইন্না মাগী চাংযেংদা মাযপাকপা, মাযথিবা অনিমক যাওবমগনি।

মালেমগী লেঙলি-পাল্লিবা খুদিংমক্কী মথৌ মঙম পুন্নমক প্রকৃতিগী লোন অমনা হাকথেংননা নৎত্রগা নাকোযননা চুপলি পায। খোঞ্জেল থোক্তবসু হযিংখোইগী **হকচাং শাথেক লোল** তশেং তশেংই। মাগী খোযবাথক্তা 'থেক্কা থেক, নৌগা নৌ জগোইনা অবাপ্পদা লৈশাৎফম মাযকৈ, লৈখল, লৈহিগী অযাম যামদা পুন্নমক ফোঙদোকই। ককচেং অমতা খোঞ্জেল থোক্লা বাবী শান্নদে। মখোযগী **হকচাং মনম লোল** না অচা অথক লৈফম তন্না মখোয মযাম পবেং কাযদনা চৎমিন্নহল্লি। পোৎলুম পুমিন্নহল্লি। প্রকৃতিগী ঈশৈনা মুকথুবীশিং কণ্ডাওনহল্লি। অমম্বা লৈশৌবুংদগী অঙানবা সংসাব মিতাহল্লি। শেম্বাং চবোইশিং হবাওহল্লি। মৈবাম্বীনা মৈবীদা পাইশিলহনবসু মাগী লোলনি। মাগী পুঙলোন তাম্বাদা শা-উচেকশিংনা মতম

খরগী অৱা-অনা লেন্নবা পোক্লফম লমদম থাদোকহল্লি । য়ুমহোংহল্লি । অপীকপা শেম্বাং, খুৱাংচাকশিংবু উনগী লৈবাক্তগী ঐখোয়গী ইনাক য়ৌরকহল্লি, ফৌওইবী লাইরেম্বীগী শাদোং ওইহল্লে । নিংথমথাদা য়ুরোপ, চিন, জাপান, কানাদা, লাদাকনচিংবা মফমদগী ঙানু থংগোং, ঙানু খারা, থোইদিংনম, কাঙা পরেং পরেংনা লোক্তাক পাৎতা চাক্তাহল্লে । হরাও তয়াম্না শান্নহল্লে । মখোং-মখুৎ পান্দবা সমুদ্রগী ঙারিল-লাইনানা মাইল লিশিং লিশিং তুরেল খোংনুং ইন্না ঐখোযগী পাৎ তুরেলদা চাগোকহল্লে । পুন্সি মোংফম ওইহল্লে । মমানা তাকলমদ্রবসু মচাশিংনা মমানা লাকখিবা লম্বী পরিংদা অমুক হন্না সমুদ্র য়ৌহনখি । অপীকপা থৱাইশিংনা মাইল লিশিং লাপ্না য়ুম হোংহনবদা লম্বী লমুকনহদ্রিবা প্রকৃতিগী লোনগী মতিক মগুন কয়া লৈখ্রবনো ?

প্রকৃতিদা, ঊচিথেম্বীগী মশা শাখপ লোন্না ঊচিশিং পংথহল্লি । মীওইবনা তাবা ফংদবা লোনশিগী শুমহৎয়াইনা ঊচিবু লৈখুলদা লৈবা ঙমহন্দে — 'ইমা লাক্লে খোরক্লো' হায়বগুম্না কৌথোকই । প্রকৃতিগী লোন অমনা শেকপীবু অমম্বা অহিংদা নিঙাইদনা পাইহল্লি । কৈ, মকু, লিনশিংবু অহিং চাক্তাবা থোকহল্লি । য়েক্লবগা মায়োক্লবা ঙম্নবা সেপীয়ানা [৩] মশাদগী মুককুম্বা মচু কামথোক্তুনা ঈশিং পুম্নমক মমহল্লি । মাগী লৈফম উহন্দে । লিনবু 'খু-খু' কামহল্লি । শাফুনা (ককচেং চাবী) মশা কাংদ্রুমগুম তুমপক তাশিলহল্লি । উচেকশিংনা মশা ফন্দোক্তুনা, ময়া কাথোক্তুনা চিকলক্কদৌবগুম উহল্লি । শন, ইরোই, হুই, হৌদোং, কৈ, নোংশাশিংনা মচী, ময়া উৎতুনা অশাওবা শক্তম উহল্লি । শজি-শঙাইবু খোঙজেল য়াঙহল্লি ।

মালেমসিদা থৱাইপান্দবগী লোন, থৱাইপানবগী লোন অনীসি শেন মযেক অমগী নাকল অনীনি । অঙানবনা অমম্বগা লোযনবগুম্মী । কালেন নুংশা শিংনদুনা সমুদ্র ঈপাক খোল্লকপা খা-নোংচুপকি মৌসমীবু লাইমতোন লালহল্লি অদুগা কৌব্রুগী লেমফুদা, নোংমাইজীংগী লুতোন্দা লুহুপ থাকন মথোল মথোলগী ঙৌরোক ঙৌবা, মুশুক মুবা ফুরা দলাল শাহল্লি । লৈচিলগী দোলাইদা তোংলকপী জগোইশাবী শকহেনবীশিংনা কনানা কৌব্রুগী, কনানা

---

(৩) *সেপীযা :* সমুদ্রদা লৈবা, থবোক্ট-কোংগেংগা কাঙলুপ তিন্নবা যাংলেন শক পান্দবা জীব ।

নোংমাইজীংগী সনা শঙ্গাইনুংদগী খুবাক খুনা চৈনবকপা, লাওনবকপা, অৱাই-অখুম, কাপনবকপা মীচী তেন্না নোংদোল খেক্লা ঙালহল্লি। মতৌসিনা নোংগৌবী, হঙোইবু, নিংথম মীৎকপ থোকহল্লি, খোঙ্গাং যৈনা কুমদম ঈশৈ, নোংকৌ শৈহেকহল্লি। থাবলগী ঈপোম্না নাবক্তগী নোংইন লাব-অমোম কৌথোকই। থমোই ইবাং হৌনা জগোই খোঙথাং উৎহল্লি। কালেনগী যাক্লবা মৈশানা লৈনুংদা লৈপাকলৈ তুম্বা যাহন্দে, তনৌববী মহাক্লা থমোয নুঙগুম কলহল্লি। মাযথোং মকা লামলকই। লৈশং, লৈবী, কোম্বীবৈবু শজিবু চৈবাওবা যাওহল্লি। ইংঙা নোংজু ঈশৈনা লৈসনম লৈযোল চোংহল্লি। হাবি নোংনাংবু কপহল্লি।

প্রকৃতিগী লোলগী পুংলোন তাঙ্গানা ক্বাক, চবোই, উবেনকোঙ্গৌ, খোইনিং, উচিনাও, যেন, ঙবাকপীশিংবু অহিংগী পুংজা খঙনা মীকপ থোকহল্লি। কুমগী ঈচাও থোক্লনি হাযবা ঙানু পেদেক, পেদকোৎশিংদা পাওজেলহল্লি। খুদক্তা হোংলক্কদৌবা নোংজু-নুংশাগী ফিভম তুবানশাশিংদা উৎহল্লি। মখোগী মতু পোলহল্লি। ঙা, অপীকপা উচেকশিংদা যুহাব হাগদৌবগী পাও মাঙজৌননা খঙহল্লি, মখোযবু ইথক-থকহল্লি, লৈতাহন্দে। ঙাবু ঈমাযদা তাওহল্লি।

জাৎ কাঙলুপ তোঙাল্লবসু পুন্না চাক্তামিন্নবিবা শা-উচেকশিংগী মবক্তা অৱা-অনা লোল (খোল্লাও) খঙনহল্লি। লমলক্তা শংগু শনলুপ যাবেকমিন্নবিবশিংগী মবক্তা অশোন-অনা, মচানা মযায অদুগা মশা মউ ফবা, অকনবা লাবনা মতায ঙাকহল্লি। অকি-অখঙ মতমদনা অহানবা থেংনকবা অদুগী মিপাই খোঙ্গোক্লা অতৈবু লমজিংই। মতমসিগী খোঞ্জেলনা অতৈ মতমদগী তোঙালহল্লি – চোংঙা, চবোইনা ক্বাক উকবগী লাক্লা লাক্লা খোঙহল্লি; লিন উকবদা শেন্দাংগী খোঙ্গোক ইশম-শম্নহল্লি; যোং, খৈবোইবু হৌনা লাওহল্লি; শজি-শঙাইগী খোঙ্গোক্লা লুমহল্লি অদুগা মখোঙনা লৈপাক থিলহল্লি। অকি-অখঙ লৈতবা মফমদা অতোপ্পগী খোঙ্গোক মতৌ তমহন্দুনা নুংঙাইনা পোৎথাহনবা শা-উচেকসু কোঙ্গাইনি।

প্রকৃতিগী মতিক-মগুন, লোলশিংবু কবি অশৈবশিংনা শৈশক্লি। শৈথাবি। মাগী ঈশৈগী ছন্দদা মুনি, ঋষীশিংনা জগোই শাবি। সংসাবগী

অন্না-নুংঙাই পুম্নমক কাওরি। মাগী লোলশিংবু বৈগ্যানিকশিংনসু খংগে, ফংগে তাল্লি। অকনবা নিতি-নিয়ম খবদা মাগী লোলগী ন্নাহল্লোক থিরি। অঙাওবগুম পুন্সি লেল্লি। গেলিওনা হৈখোক লোয়রবা হৈতুপ্না লৈখারোমদা তারকপগী মরম থিরুবদা মীয়াম্না 'অঙাওবা' হায়না লকনখি। রেডিয়মদা হাপলিবা অঙকপা প্রকৃতি লোলবু থিরুবদা মেদাম কিউরীগী শীংলি-নাওরি পুন্না শকউদবা শক্তিনা চাকখায়খি। কোকফাই সুজাদা লোৎশিন্দুনা হাপলিবা পেনিসিলিনগী অঙকপা মতিক-মগুনবু আলেকজেন্দর ফ্লেমীংনা মীযামদা পাওদমখি। বোম শাবগী চাংয়েংদা মশা ঈহিং-নাইহিং শাখিবা **নোবেল প্রাইজ** গী মপা আলফ্রেত নোবেলবু মীয়াম্না 'অঙাওবা বিজ্ঞান হৈবা' মীংথোনখি। নিংথৌগী লুহুপতা য়াওবা অশেংবা সনাগী চাং খঙগে হোৎনরিবা আর্কমেদসনা ঈশিং পিকথন্না য়াওবা খুদেংদা ইকজনবা কাখৎলুবদা পাথরকপা ঈশিং উরগা মাগী অনিংবা থুংলনি হবাওমনখিদুনা লম্বী শরোক্তা মফিফাও থোংদনা অঙাওবগুম চেনখি।

প্রকৃতিগী অথুপ্পা লোলশিংবু মপুঙ ফানা খঙনা-উনদবদগী থন্নাই-পানবশিংদি লৈপাক লৈহাও, অপুম-অশাদগী পোকই হায়না থাজনবম্মী। নাইল তুরেলগী লৈঙোইদি মতিক-ময়াই চাওই, মখল মখা জীবশিং ওলহল্লি হায়নরম্মী। উফক্লা ঙাক্রিজৌ, ঙামু শীংগুম ওল্লি। ন্নাহীনা শীংউৎ-শীংনাং পোকই ন্নারীনরম্মী। উফক্লা য়াঙলেন শক যাওদনা মৈরাম্বী, কুবাক্কী মচানি অদুগা ঙানা য়াঙলেন শরু পানবা জীবনি। ন্নাহীনা শা ওইবগা শীংউৎনা পাম্বীনি। ইভোলুসনগী তাক্কক অমতদা হকথেংননা পাম্বীনা শা ওনখিবা, শানা পাম্বী ওইখিনবা প্রকৃতিগী শিঙ্গা লৈরমদে। তান মেন চানা পাম্বীগী মকনা অশিবা ন্নাহীগী হকচাংদা তাহল্লগা মতোন চোংহনবদি প্রকৃতিগী থৌরাং লোলনি। নোংজুথাগী লৈপাক মরুম অমা কায়বকপদা মনুংদা য়াওরম্বা লৈবিক্লা উফুল মৈখুগুম মম্না পাইথোরকই। অসিগুম্বা মশিং লাকঙমদবা পাম্বীশিংগী মীৎনা উদবা লৈবিকশিং নুংশিৎতা যাওনবা প্রকৃতিনা শিল্লম্মী। মসিখক্তনা মতমকুইনা ঈশিং ঈরীদুনা লৈকবা পুখ্রি, কোমগী লৈপাক্তা নাপী মখল মখা হৌহল্লি। মাগী লোল অমনা সমুদ্রগী ন্নাইখু মখল খরবু অহাংবা থরোই মকু নম্বোলহল্লি – থবোইনা ন্নাইখু পোকই নৎত্রগা ন্নাইখুনা থরোই পোকই ন্নারীনৈ। প্রকৃতিগী শিঙ্গা ইল্লিবা থন্নাই অনিদু নোকনিংলমলোইদ্রা ?

শকউদবা প্রকৃতিগী খুৎনা সংসারগী নাওশুম হাইরী। মাগী নাওশুম ঈশৈদা পুম্নমক ঙাওনরি। মসিবু ঐখোয়না খঙলুদে। খঙলবসু হেক হেক কাউথোকই। শন, ইরোই মথক্তা চোংঙা, উরোক তোংবগী মরম খঙ্গরুদো। লৈতুম নুংদুম্না থাবী। শাহিং চাবা গুমভীর লাইরেলগী মচিন ময়াদা পকহৌবা অরেম অপাশিংগীদমক মযা লাওনা কাথোক্লিবা মাগী মখয়াৎ মনুংদা উচেক মচা খবদি নিঙাইদনা পাইশিল্লি। 'পিথোকপা-লৌশিনবা' হায়বা প্রকৃতিগী ঈশৈবু অপীকপা থরাইশিংনা ময়েক শেংনা তাবা ঙম্মী অদুগা মীওইবা ঐখোয়দি ইঙম ঙমনদ্রি। ঊচিনা মরু-মরাং মাঙহন তাকহনবগী শাওনিংলিবা ঐখোয়না মখোয়বু লাকশিল্লিবা লিন, মকুবুদি তাথি তাওইবিরী। মখোয়বু মকোন্দগী চিংথোকপিরি। হাৎতোকপিরি। ঙা পাম্না চানরিবা ঐখোয়না ঙাগী মচিঞ্জাক ঈশিং মনুংগী অপীকপা থরাইশিং মাঙহনবদি হালেংনদে। হিদাক-লাংথক থাদদুনা পাক শন্না মাঙহল্লি। প্রকৃতিগী লোলবু নাথেবম্রগা, তুংগী পোবম য়েংলুদনা উপাল রাপাল পংযান যাম্মোক্লরি। শা-উচেকশিং মাঙহন তাকহল্লি। ইশাগী ইখোঙদা ইশাগী শীংজংনা য়ানজবি। ইশাগী ইকোক্তা ইশাগী নুংথংনা থাজরি। কিঙ্গরক্কনি, কিঙ্গরক্রোই খঙ্গবা ঙমদবা অঙাওবা শন লাবনা তুরেল লৈবাইদা চোংশিন-চোংশিন্না রাইদুনা মচী ফেঙবগুম, ঐখোয়না প্রকৃতিবু মাঙহনবতা থংলি। মাবু হন্না হন্না লাক্লরি। মালেমসিদা লমলক্কী থরাইশিং য়াওদনা ঐখোয় মীওইবা ঙাক্তা হিংবা ঙমগদৌবোই খন্নরি। লমলক্কী থরাই য়াওদ্রবা প্রকৃতিদা ফজবা লৈখিগদ্রা ? ফজবা য়াওদ্রবদা শুমহৎয়াই মাঙখিনি। শুমহৎয়াই য়াওদ্রবা প্রকৃতিদা নুংঙাইবা ফংলোই। নুংঙাইবা ফংদ্রবা প্রকৃতিগী তম্পাক্তা অচুম্বা মাংখিনি মীওইবনা শারমচৎতা হল্লক্কনি। ❑

# নোংইন*

খুরক হাংদবা যোৎকি পৌরোল মনুংদা কৈশুমশংগী বন্দিগুম তুফক-তুফাই চল্লিবী, হে নোংইন (নোংয়িন/নোংঙীন), লাইবক থিরবী নহাকনি। শাগেনা নংগী লময়েননি। মহৌশা লোইনিংখোই/নোইনিংখোই কৌনরম্বসু নহাকপুনি। তম্রবা চীংনুংগী কৌজেং-হাবৌগী লৈবাক্তা নপাঙ জুবা থাদোক্লদবী নহাকপু শায়োকশংগী অপীকপা কানুংদা নতোমতা তবক তবক থম্বীরি। নহাক্তি লৈচিলগী য়াওল, নোংজুগী মতম খঙনা লোকচপ লান্না কোইপাই পাইদুনা হরাও তয়াম পামজবনি। অচিকপা চীংনুং থাবলদসু চাক্তাবী নহাক থাজগী মাযথোংদা তশেংনা ঙাওজবীরা ?

## নোংইন মশক-মতৌ

শকহেনবী লমলক্কী 'চেকশিংগী মবক্তা লময়েন নখোয়না অথোযবনি। লমদমসিগী ৱাবা থামুবী, ৱাবা কোকঙৌবী, লময়েন মরিকপী (ত্রাগোপান) লময়েন অঙাংবা, লময়েন ৱাহোংমান, ৱাহোং অশংবা পুম্নমক নোংইন নংগী চান্নবীনি। নংগী মরি-মতা ঙাক্তনি। অমা লৈবদা শিংথানবিবা, চাওথোক্লবিবা নখোয হেলোয তবেৎকি লৈবাকনি – কংলৈবাক। চুমথাংগী মচু মচুনা নংগী কুচুনি। নোংদম্বগী নোংদমনা ৱাবা কোকঙৌবী ৱাহোং অশংবা অনীবু ঐখোয় ইরক্তগী শেৎনা খাযননা খোঙ্গুল মুৎহনবিখ্রে। নোংইন কৌবী নংগী পুন্সিসু য়াচংলক্রে। ৱাবা থামুবী, লমযেন ৱাহোংমান্না মুৎলমদাই

* ১৯৮৯ দা মণিপুব জুলোজিকেল গার্দন্দা মপাঙ যাওদবা নোংইন অমোমগী মতৌ উকুবদা ইখিবা।




মৈবীগুম তনিক তনি[illegible] অদু[illegible] ([illegible]), নং[illegible] ওমহৎযাইদা ঙাওববা. এ ও হীযুমনা মাগী [illegible]গী নুংশিবদা নহাকপা **[illegible]সেস হীমুম বার তেল কেজত** হাযনা কৌব[illegible] [illegible]অইবংলক্কী শাবী [illegible]গী নুংশিনবা মতৌদো নহাক্কীগা তিন্নখি। নহাক [illegible]দি [illegible]বু শিংথাবম্মী ঃ

*নোংইন লাবনা ইঞ্চি ৩৩ শাংই। অমাংথোঙদগী মৈতোন (মমৈ মতু ১৬ পাল্লি) ফাওবগী ইঞ্চি ২১ নি। মশা (ব্লীং) উমশিনবা অমনা ইঞ্চি ৮৬ অদুগা, মশা অনি ফন্দোক্লগা ইঞ্চি ২৬ পাকই। মখোঙ খুজেংনা ইঞ্চি ২৭৫। মখযাৎ কাবক্তগী মচিন মতোন ফাওবনা ইঞ্চি ১৩ নি। হকচাংনা পাউণ্ড ২১ গা আউনস ৬ বোম লুম্মী। মখোঙ খোঙশা, খুজিল অমসুং খুমু (অকোনবগীসিনা ইঞ্চি ০ ৮৫) পুম্নমক ব্লাওথাংনবা কোনা মচুনি। মাযনা হকচিনবা নোংজাবী ওইবগা মীৎনহানা কোমলা মচুনি। শন মচীগুম কোনতক তৌবা মচীনদু শংলৈনবগা মচীন মথক্কী উনশা অমসুং চীনখোঙনা মুবৈনৈ। অদুগা মচীন মতোন নাকল অনিমক পাবননা নাপু মচু চংই।*

*মীৎকি অকোযবদা হাইফেৎ চিথেক শাবিবা নোংজাবী মচুগী তমোন-তমোনবা উম্সা মচেৎতুগী মাংলোমথংবা কোনা-কাচিন ওইবপ্রা অমুবনা ফিবান চল্লি। লুখমগী নাকলদগী লব্রাইগী শকক খবা ফাওবদা অকুপ্পা, অমুবা মতু পবেং অমনা ইকোয কোযশিন্দুনা হেক যেংবদা ঙা মকু পকপা মান্না থাগৎহল্লি। খদাং, খৌবি, খৌ, ঙক অকোযবা, থবাক্কী মাংলোমথংবা শকক্কা লোযননা নাঙ্গলগী অবোইবা ফাওবা মৈখুগুম্মী। খদাং অদুগা খৌবী মথক্কী মতুশিং নৎতনা অতৈ মতু পুম্নমক ইবং লংনা হকচিনবা হীগোক মচুগী ফিবান চল্লি। মসিনা খৌবিগী মাংলোমথংবা শকক নৎতনা হকচাংগী মযায চবুক অদুবাইদগী তুংলোমথংবা মতুশিংদি অমগা অমগা লোনশিন্নদুনা মচু অমতা ওইনা উইহল্লি। থবাক অদুগা নাঙ্গল মমাংগী মতুংশিংদা হীগোক মচু ফিবানগী হেক মনুংথংবা পবিংদগী চিথেক অহুম লোংবা নৎত্রগা তাজিন শাবা অমু অমুবা দাগশিংনা হকই। লেংজুম কাবক্কী অঙাংবা নোংজাবী নৎত্রগা অচাকপা মৈবীগুম ঙাকশং ঙাংনা লংখৎপা মতু খুদিংমক্কী মতোম্দা তেনজৈ শানা মুই। অশাংবা মমৈ মতুশিং নৎতনা নাঙ্গল মযায চবুক্তগী নিঙগোঙ ফাওবা*

শংবান্নবা ঈশিং মচুদা ইবং লংবগুম তৌই। মমৈ মথক্কী অশাংবা মতু অপুন্বা কোনা হাযফেৎ চংবা উৎ মচুনি। মযাযথংবা মমৈগী মতুশিংদা মবাক চপ্পা মচৌ-মচা নাইবা, হকচিনবা কোনা মচুগী দাগফম নিপালনা ফৈনা ফৈনা লাংই। হেক মথংগী মতু জুবা অদুনা ইঞ্চি নিপাল তেনশিল্লি, মথক্তা খবা হেন্না পাকপা দাগফম নিপালনা লৈতেংই। মতুশিং অসিদা যানশিন্নবা কোনা মচুগী দাগফমশিংসু মমি-শামি লৈ। মথংগী মতু জুবা অনিদা অমুক্কা হেন্না পাকচাওনা অমসুং মুশিন্না লাংই। মতাই ইথং থংবা মতু জুবা অহুমগী মতোনশিং পাক্লা মুই। অদুগা লেমহৌবিবশিং অদুগীনা উৎ মচুদা অমু অমুবনা শমবুগুম মকুপ মকুপ লাংই।

লেংজুম মনুংলোমদা, মশা মকগী শাইকুপ[১] মতুশিংদি লুপাগুম্মী। খ্বাইদগী মনুংথংবা মতুগী মতাই ওইবপ্পা মওং-মবিল নাইদনা ঈশিং মচুগী অপাকপা দাগশিং লৈ। অদুগা মতাই ইথং থংবা অদুগীদি ভৌকনবা মংগ্রা মচুনা মতোন্দা থুংফাৎতনা ফিবান চল্লি। লেংজুমগী মপানলোমথংবা শাইকুপ মতুশিংসু মনুং-মতুশিংগা ইমান মান্নে। খ্বাইদগী পিকপা শাইকুপ মতুশিংনা অরাওবা কোমলা মচু ওইবগা হকচাং মযাইগী শাইকুপশিংনা মচু কযা পান্দে। অদুগা খ্বাইদগী মযায ইথং থংবা শাইকুপশিংদি অঙাংবা কোনানি। প্রাইমাবী[২] অমসুং মযাযগী শাইকুপ অচৌবা, অদুগা রীংলেতশিংদি[৩] পোকহৌবা শমগুম্মী। অহানবা প্রাইমাবীগী মতোনলোমদা শকক অহুমথোকপগী অমা নৎত্রগা মপানলোমথংবা লাবাক[৪] অযাম্বা নাপু চংনা কোনা মচুনি। সেকেন্দবীশিংগী[৫] মনুংলোমথংবা লাবাক্লা মুবৈনবগা মপানলোমদা কোনা চংই; অঙৌবনা পৈবপ্পা মচীন তোপ্পী অমসুং মপাললোমদগী অহুমশুবা মতুদা অমুবা দাগ লৈ। তাবসবী[৬] অদুগা মাগী মথক্কী শাইকুপ অচৌবশিংদি মশক ইমান মান্নে, অদুবু

(১) শাইকুপ : মশ (বাং) মথক্তা কুপ্প মতু।
(২) প্রাইমাবী : উচেক মশাগী মপান ইথং থংবা অশাংবা মতু।
(৩) রীংলেত : প্রাইমাবী মতুশিংগী চৈখোক্তা কুপ্পা, খ্বাইদগী মথক থংবা অতেনবা মতু।
(৪) লাবাক : লফু জাগুম উচেক মতুগী মযাই ব্রাত্রেং যোৎকি নাকল
(৫) সেকেন্দবী: প্রাইমাবী মতুশিংগী মথংদা হৌবা খবা পিকথবা মতু।
(৬) তাবসবী : সেকেন্দবীগী মনুংলোমথংবা মতু।

*মনুংথংবা লাবাকশিংনা হেন্না কোনা চংই, অদুগা মতোনলোমদগী অঙৌবনা মযেক হেন্না শেংনা ফৈগাক ফৈনা লাংই। সেকেন্দবী মথক্কী শাইকুপ অচৌবশিংনা হেন্না মুশিল্লি অদুগা মতোন্দা অঙৌবনা পাক্লা লাংই।*

*হকচাংগী পুকলোমদা, থবাক্কী মাংওইননা হকচিনবা কোনা অদুগা, তুংওইনবা শকক, মসিগী নাকল মতুশিং, পুক্কী মাংওইবা শকক খবা যাওনা মৈচাকপগুম ঙাংবা নোংজাবী মচুনি (মচুসি উচেক খবদদি থৌওইনা উবা ফংদে) অদুগা মসিগী হেক মমাংদা শমব্রুগুম মুশুক মুশুক মুনা লৈ। অমাংথোঙ অদুগা মখোঙ ফৈগলগী মতুশিংনা কোনা ওইবগা মমৈ মৈখাগী অপীকপা মতুশিংনা মুই অদুগা ব্রাওবী বাওবী অশংবদা অবংবা কাই। মশা শাইকং শমনফমদি (মখাথংবা প্রাইমাবী শাইকুপশিং নংতনা, মখোযদি ইবং লংনা পাবাবা উং মচুনি) ঙাংলৈনৈ। মতুশিংশিদা কোনা মচুনা কুপ্পা কুপ্পা দাবী হংলি।*

## নোংইনগী খোঙ্গুল লীবা

তবামপলশুবা চহিচাগী লোইশিল্লকপদা হীযুমনা নোংইন নখোযগী নশাবী ওইবা অনীগা শকখঙনখি। মখোযগী মশক-মতৌদগী মহাক্লা নখোযবু ***কালোপসিস হীয়ুমী*** (৭) হাযবা বিগ্যানগী মীংথোন পীখি। মতমদুদগী হৌনা নখোয লমদমসিদা অব্রা মৈশা লাংলে। অতাঙবা উচেক মখল হাযবদু ওইবে। মহাক্লা নখোযগী খোঙ্গুল লীবকপগী অব্রা-নুংঙাই ব্রাবীদি(৮) ঃ

*ঐ জিবী তুবেল লাল্লক্কদৌবা নোংমা ব্রাংলি। তুবেল অসিনা বৃটিশনা খুদুম চল্লবা কাছাড় অদুগা মণিপুবরেশ্বব মহাবাজগী লমগী ঙমখৈবু মশক তাক্লি। নুমিৎসিদা মহাবাজগী ফমনাইবা অমনা ঐবু ওকপা লাকই। মহাক মতমচুপ্পা ঐগা লোযনদুনা ঐগী লমকোই খোঙচৎ খুদিংদা লমচিংবা ওইদৌবি। ঐবু ঙাক শেনগদৌবিবা মীওই কাঙলুপ অদুগীসু মহাক্লা লুচিংবা ওইদুনা মখোযবু যাম্না হৈথোই*

---

(৭) হৌজক্লা ***সবমাতিকস হীয়ুমী হীয়ুমী*** হাযনা খঙনবে।

(৮) স্ট্রে যেদব (১০৮১), ভোল্যুম মাপলশুবা, লামায ৮৬১ ৮৬৭।

শিংথোইনবা তাকাপ তম্বীগনি । মখোযনসু মাগী শিঙ্গা খুদিংমক যাগনি ।

মণিপুরদা সবকাবগী শিঙথানিঙাই ওইবা থবক তৌদুনা ইকাই খুম্নবা ফমথোন কাববা ফমনাইবশিংদা মনা ওইনা নিংথৌ মখুৎমক্তা ফজবা উচেক মতু হেক হেক পিনবম্মী, লোযননা নুমিৎতুদগী মহাকপু নিংথৌনা শকখঙলবা অমনি হাযবগী শক্তাক পোৎশক ওইনা শিজিন্নবা যাবে । অসুম্না সমাজদা চাওখৎপগী থাক নেমলিবা লৈবাকসিদসু ঐখোযগীগুম্না অথোইবা মীশক্তা ফমনাইবা, বৃটিশকী খ্বাযদগী রাংবা 'নাইট, ঐখোযগী জি সি ও, গ্রান্দ ক্রোশ'গুম্বা ইকাইখুম্নবা উৎনৈ । অসিগুম্বা ফমনাইবা অমনি হাযবগী শক্তাক লোযনববদা হবাওজবিবা মপুক-মপাউ ফববা লুচিংবা অদুনা শেৎলিবা নিংথিববা ফিজেৎ লৈতেং, মখোযদুগীদমক মহাক্তা হাযনিঙাই লৈতনা চাওথোকচবিবা অদুনা ঐবুসু শুমহৎলম্মী । মুন্না যেংশিল্লুবদা, মাগী লৈতেং মবক্তা ঐনা অমুক্তা খঙখি-উখিদ্রিবা লমযেন মখল অমগী অশাংবা মমৈ মতু অহুম মবি যাওবা উকই । ঐনা, মতুশিংদু পানবা উচেক্তু হংলুবদা 'মদু মণিপুরগী খা ইথং-থংবা ঙমখৈবোমদা, অদুগা নোংপোকথংবা লুসাইগী লমদা ফংবা **লো-নিন-কৌই** কৌবা অমগীনি' হাযনা খঙহল্লকখি । অদুবু ফমনাইবা অদুনা মপুন্সিদা উচেকসি অমুক্তা উখিদ্রি, অদুগা মানা খঙবগী মনুংদা কনাগুম্বা মণিপুর মচা অমতনা মদু উবগ্রগদ্রা খঙদেসু হায । মফমদো, খাগী ঙমখৈদা লম্বীফাও লৈতনা চীংগী অশুকপা উমংদা যাম্না মনুং হুনজিন্না চীংমী কাঙলুপ খবনা খুন্দাবি । কুকী কাঙলুপকি মনুংচনবা, যাম্না তমথিবা কোম হাযবা চীংমী কাঙবু (মখোয অশেংবা কুকি নৎতে) অমগী মতম কুইনা খুন্দাবক্রবা লৈফমনি । মখোযনা কনাবুসু কবিমতা খেন্নবা থমদনা উন্নবা খুদিংমক তাথি তাওইনা তৌই । পংহাৎতা হাৎলি । ঐখোয কনা অমতনা শকখঙনদ্রিবা উচেক্কী মমৈ মর্লসি অহানবদা কোমগী লমখৈ মনুংদা লৈবিবা খুঞ্জাশিংগী মবক্তগী খবা মপাল থোবক্রবা মীওই খবগী খুৎথাংদা মণিপুর যৌবকখিবা ওইবমগনি । হৌজিক মখোযদু মশাগী হান্না লৈফমদা অমুক হনখিবা কিবদগী মণিপুরদা ৮°জফম লৌদুনা লৈনবে । অদুবু মনুংদা লৈহৌবশিংগা লোন্না লোন্নদি চাবৌ মৌবৌনবি ।

*নোংমা নোংমা অসুম হৌখিবগা লোযননা উচেকশিগী মবমদা ঐগী লাংতক্লবা হেল্লকই। তোঙান তোঙানবা শিল্পাগীদমক নোং জাই-বন গী মনাক নকপা চীংগী মফমশিংদা চাইথোক্লুনা লৈবিবা সিফাইশিংগী অসুপ্পা ফমনাইবা ওইবিবা নৎত্রগা, লুসাইশিংনা লান্দাবকপগী ঙাকথোকনবা উযুং শম্বল চেকশিন্না খাবগা লানবনগুম শেমদুনা লানঙাক্লিবা মণিপুরগী ফমনাইবা অমনা চহি খবগী মমাংদা মহাক মশামক্লা জিবী তম্পাক্তা **লো-নিন-কৌই** অমুক্তং উখ্রে হাযনা ঐঙোন্দা যাম্না থাজনা পাওদমখি। মদো ঐনা জিবী তুবেল লাম্বোবকপা মফমগী খাবোমদা অদুগা, লুসাইগী ঙমখৈ মনাক্তনি।*

*মণিপুর যৌবে। 'মিনিষ্টরদগী হৌবগা নিংথৌগী চম্প্রাশী ফাওবা' অমতা খাক্তনা ঐনা **লো-নিন-কৌই** গী মবমদা রাহং-পাওহংনদুনা ঙহাক্তা ফাওবা লৈতাহল্লমদে, অদুবু কান্নবা অমতা ফংলমদে। কনা অমতনা উচেকশি অমুক্তা উই হাযদ্রে। মহারাজ মতোমতনা উচেকসিগী মমৈ মতু থম্বসু যাবম্মী। মহাক্লা যাম্না থৌজানবীবগা লোযননা ঐঙোন্দা মতু চবুন অমা খুদোল পিবীবে। অদগা খা মাইকৈ পুরিবা ফমনাইবশিংদা উচেক অসি মশিঙ খবতা ওইবসু ফংনবা চেনফদ্রবা যাথং পিবীবগা লোযননা মহাক মশামকসু মসি থবক ওইনবা ঙম্নমখৈ হোৎনবীবম্মী। অদুবু কান্নবদি ফংলমদে।*

*মতম্না অসুম অসুম হৌখিদুনা **লো-নিন-কৌই** হাযবসি নোংমা নোংমগী ভাবনা শাবা লাই তিনগী রাবী উচেক্লুম খন্নবক্লে। মীযাম হুপ্পা অসুক কন্না, অফংবা উপায শিজিন্নদুনা খি-হুম্রফাও ফংবা ঙমলক্তবনিনা, অসুম্না হাযনবকপাফাও যাওবে – 'অসিগুম্বা উচেক মখল অমা শুংলৈ লৈবজাৎ নৎতে, অসিগুম্বা মতুশিংসি উশিংদা পাল্লম্বা অমা নৎত্রগা যাম্না লাপখ্রবা লৈবাক্তগী পুবকপা ওইবম্বা যাই'। হাযনবা কযা লৈবগসু ঐদি **লো-নিন-কৌই** ফংখিনি হাযবা চপযুংনা থাজবি. লোযননা ঐগা লুনা চান্নজবা মকওইবা মিনিষ্টর অনিনা মঙগী উচেককুমলবা অসিগী মবমদা ঐনা খ্বাইগা মান্নদনা খনজবিবা. রাজবিবসি কোকনবা থৌজানবিগনি হাযনা খল্লি। হীবমশোমদা মহারাজ মশামকসু হেন্না থরাই যাওশিনবীবক্লে। ঐবু নুংশিবীবে। মণিপুরগী মযোল তম্পাক্তা তৌগদৌবা থবক থানা কযা*

*অমা লোইবগ্রগা ঐ খা মাইকৈগীদমক খোঙশাল্লম্মী। হীবম খুদিংমক্তা মহাবাজনা নুংশিবীবকপা মতৌ, অদুগা পোলিটিকেল এজেন্ত কর্নেল জোনষ্টোননা* ***লো-নিন-কৌই*** *ফংনবগীদমক মকপ মপাং ওইনা পুক্রিং থৌগৎপিবকখিবগা লোযননা ষ্টেটসিদা ফংলিবা খুৎশু খুৎলাই, শক্তি মপুঙ ফানা শিজিন্নবা যাহনবীবা, ঐনা থিজিন হুমজিনবদা খুদোংচাবা কযা পিবীদুনা খজিক্তুং মায পাকচবা ফংহনবীখিবা অসিগীদমক লমন তোনশিল্লে।*

*'মানকাব' হাযনা খঙনবা পাৎ অমগী খাবোম থংবা মপান্দা ঐখোয লোইনমক উন্নবে। অবাপ্পা খা মাইকৈ পুবিবা মকওইবা ফমনাইবশিংসু লাক্তুনা পুল্লবে। ঐবু লমজিং-লমতাকপিবীবা ফমনাইবা অদুনা মখোযদা উচেকশি তঙাইফদনা ফংদবা যাদে হাযনা চেকশিন্না হাযবম্মী। মখোযনা কবিগুম্বা থবকশি পাঙথোকপা ঙমদ্রগদি 'মকোক কক্কনি' হাযনা তশেং তশেংনদি হাযখিদে অদুবু তুংদা ফিভমসি ওইবকপা যাবিবা খুদোংথিবা অমগী ইংগিৎতি অমম্বা লৈচিল মকমদা মমী-শামীতমক উইহল্লগা হৈশিংনা লোৎশিল্লম্মী।*

*ঐবু লমতাক্লিবা অদুনা অতৈ ফমনাইবশিংগা কুপ্পা ব্লাতানবে। চৈযোল অমগী মতুংদা খুলগী অহলশিংগা অমুক উন্নদুনা ঐখোযনা লৈবিবা মফমসিগা খ্বাইদগী নক্লবদা উচেকশি ফংলিবা মফম অমা খঙলম্মী। খাবোমদা যাম্না মনুং হুনজিন্না লানবন ঙমখৈ ঙাক্লিবশিংসু কৌথোক্লে অদুগা মযাম পুন্না অসুম্না ব্লাবেপ্পবে – মফমসি মমিংতা ওইনা ষ্টেটকী ঙমখৈ মনুংদা লৈববনি। চীংশাং পবেং অমদা মহৌশা মণিপুরী খুঙ্গংশিংনা লকক-লকক খুন্দাবগ্রগসু, হৌখিবা চহি খবশিদা কোমহাওশিংনা অসুক্কী মতিক তমখিনা কিহন্দুনা মফমসি পুবা খুম্তাক লানসিবগুম্রে। কনাগুম্বা মণিপুর মচা অমতনা হৌজিক তশেং তশেংনা খুন্দাদুনা লৈনবিবা মফম্মসিদগী মাইল তবা লাপ্পা, মখোযবু তশেংনা হাৎলোই তুপলোই হাযবগী অকিবা পোক্তুনা মনুংলোমদা চংশিল্লুবা ঙমনদ্রে। ফিভমসিদা ঐখোযনা ইফোং ফোংনা চঙলুবা তাবগদি, অচৌবা লাম্নী কাংবু অমা ঐখোয ঙাক শেন্নবা লোযনবা তাই। লম্বীদা লানফম কযা লেপতনা মাযোক্লবকপা যাই। খাথংবা ঙমখৈ তুম্না মৈচাকহনবসু ওইবকপা যাই।*

*হাযনবিবা পুন্নমক অচুম্বা ঙাক্তা ওইবমগনি (মদুদা ঐগী চিংনবা অমতা লৈবমদে, মবমদি ঐনা মণিপুর তুরেলগী মকওইবিবা চকপী অমসুং ইম্ফাল তুরেলগী ঈতিনফমদা চৎলুবা খোঙচৎ অমদা খ্বাইদগী নকনা খুম্দাবিবা মফম যৌগদৌবা মাইল ৩০ মুক ৱাংলিঙেদা, খোংচৎতু যৈখায থিনগাই খোক্তনবা লাম্নী ৬০০ বোম শেম শাবম্মী)। **অদুবু-অদুবু** – ৱাহৈশি যাম্না হকচীন্না লৌবীবা তাই, **লো-নিন-কৌই** দি ফংদবা যাদে।*

*অদুদগী মমৈথংদা, 'তঙাইফদবা হাযবসিনা অনৌবা পুথোক্লবগী হৌবকফমনি' তোইনা হাযনবগুম নাম্বোক্লবা, থৈদোক্লবা যাবলোই খঙলকপদগী থবক ওইনা পাঙথোকপা যাগদৌবা শিংথানিঙাই ওইবা থৌবাং অমা থন্নবে। ঙমখৈ মযাদা শাইদাংদুনা লৈবিবা নৎত্রগা ঙমখৈ লান্না চৎথোক চৎশিন তৌবিবা কোম নুপা কাংবু অমা থবকশিগীদমক থাবা হাযনা ৱাবেপনবে। লোযননা, ঐনা নুপা অনিখক্তা যাম্না হৈশিংনা, উচেক্কী মওং মতৌ, ফিভম কবিমতা কাযহম্দনা মউল খোকপা তম্লীবে। থৌবাংশিগী মতুংইন্না, মশা-মউ ফববা নুপা ৬০ খল্লে। মখোযনা খ্বাইদগী নকনা **লো-নিন-কৌই** লৈ থাজনবিবা মফমদুদা চংশিনগদৌবনি। মীওই খবনা উচেক অহুম নৎত্রগা মবি ফাদুনা অনিনা মউল খোকলিঙেদা অতৈনা, মকওইনা মফমদুগী লমিং তুমিং মুন্না খঙলবশিংনা মাইকৈ পুম্নমক্ত চাযথোক্তুনা ঙাক শেনগদৌবনি। খঙহৌদনা লাম্দাবকপশিংসু মখোযনা থেংনগদৌবনি। হুবানবা অমা ফানবা হুবানবা অমা শেমগৎপগুম কোমহাও মশেন মবক্তা কবি থোক্লগদ্গে, অমসুং মদু কবম্না ঙাকথোক্কদগে হাযবা মখোযতনা খঙনৈ। মসিগী মথক্তা মখোযনা মফমদুগী লমিং-তুমিং, খোঙকাপ খুদিংমক মুন্না খঙই। শকখঙনদবশিংগী মবক্তা ওইবগদি তশেংনা হাৎনা শুনবা থোকপা যাবা কযা মখোয শিজিন্নববনিনা খুদোংথিবা থবমখৈ হুম্ববনি। অদুমওইনমক ঐবু ঙাক শেল্লিবশিংনা পাইবিবা এনফিল বাইফলশিংদু মখোযনা মিতাই হাযবা ঐ মুন্না খঙই। অদুনা, মখোযনা লমযেন ফংনবা তানবগী মহুৎতা হান্না খঙনববা মখোয মশেল মবক্তা ওমদুনা লৈবিবা মলোম পুথোকনদুনা মীকোক ককনবকদ্রা, মদুনা মণিপুরদা লমন খুমনবা, শাথিনা লাম্দানিংবগী লম্বী যাৎলকদ্রা হাযনসু অকিবা পোকই। ফিভমসিদা ঐনা মখোযদা নোংমৈ খুৎশিন্নবা কি। শিনসু শিন্নখিদে। ঐনা মখোযদা*

চেকশিন্না হায়বদি — নখোয় লান তৌনরুনবা চৎপা নৎতে। যেকনবশিংগা করিগুম্বা মায়োকনকরবসু তুং হন্দুনা চেল্লক্কদৌবনি। হৌজিক মখোয়রোমগী লানজবা মীশিংসু অমতা উদ্রে, অশেংবা মপু খঙনবা খৎনরিবা লমগী অসোমথংবা নাকলগী লমিৎ-তুমিৎসু কোমশিংদগী মখোয়না হেন্না মমুৎতানা খঙলবনিনা, মফমদুদা মখোয়না চংশিল্লুবদা শাথিনা খুদোংথিবা খোকনিঙাই ওইদে। অদুবু, মতমসিদা মখোযসি খ্বাযদগী লৌনমচাওবা, নুংশিবা খঙদবা কাংবুনি। ঐবু লমজিং-লমতাক্লিবা মানদি কবি খল্লমগদৌনো, ঐগী থাজবদি, মখোয়না ঐখোয়গীদমক লমযেন পুরকনিংবগী ব্লাখল শম্না অমা পকলমলোই। মখোযনা য়াম্না হৈশিংনা থবক শিন্দোক-শিনজিন তৌরিবগী মরমদি মখোয়গী মহৌশাগী লৈফমদা চংদুনা লান্দানবগী খুদোংচাবা লৌবা অদুগা নোংমৈ, খুৎশু-খুৎলাই খোমজিন্দুনা লৈফম মুনখ্রবশিংগী মথক্তা লমন খুমনবগীদমকনি। অদুনা, মখোয়না কান্নগদৌবা মওংদা থবক চৎথবা য়াদ্রে হায়বা খঙলকপদগী নুমিদাংদা লোন্না কেম্প থাদোক্লগা চেনখি। ফিভমসিদা ঐখোয়না, মখোয়গা খরা নকশিন্ননা শকখঙ-মায়খঙনরবা মোইরাংগী মী খরা খল্লগা খিহল্লুই — চেনখ্রবা মখোয অমুক হল্লক্কদৌবনি, লোইননা লময়েনশিংসু ফংনবা খিরক্কদৌবনি; নৎত্রগদি মখোয় মণিপুরদগী তাষ্লোক্কনি হায়না কিহল্লুই। অদুদগীদি মখোয়না থাইনদগী লমদম অমতগী ইঁরেবাক মচা ওইবগী নুংশিনবা ব্লাখল ফাওনরক্তুনা য়াম্না থুনা মখোয়গী মথৌ পাঙখোকনরকখি।

ইকুই কুইদনা মখোয় অমুক হল্লক্লে। অমুক হল্লক্লিবগী মরমদি, মখোয়গী খোঙচৎ অদুগীদমক অচা-অথক খবা লৌগে শিথশন্নরদুনা। মখোয়না হায়রিবদু অসুক্কী মতিক থাজহল্লি, মদুদি মখোয়গী মতৌদা মিনুংশি পোকলুই। অদুদগীদি মখোয়না পুং খরগী মমাংদা খুল্লক চংলগা য়াম্না তমথিবা শকফম উৎতুনা খুদক্তা মী হাৎপা ঙমগনি হাযনা কিহনখিবা, অদুগুম্বা খ্বাইদগী মঙক কন্না, লমহেন-তুহেনবা শকফমদু অমুক উৎখোক্লদুনা খুদক্তা হায়রকই — খুৎলাই নোংমৈ পীদ্রবদি মখোয় তশেংনা চৎলরোই। মতৌসিদা ঐবু লমজিং লমতাকপিবিবা ফমনাইবদু ফ্রং শাওরকই। লমদমসিগী ঐগা শকখঙ-মায়খঙনরবশিংগী মরক্তা মহাক খ্বাইদগী ইংতপ্না, খাঙবা কনবা পুকচেল চাওবা মীশক্লি। মাগী শকফমদু ঐখোয থা তকক চুপ্না

লৈমিন্নবকপগী মনুংদা ঐনা অহানবা অমসুং অবোইবা ওইনা উখি (মতুংদা, মদু মহাক্কী যাম্না হৈশিংনা তৌশিন্নবা তাৎনি হাযবা খঙলকখি)। মহাক্না মীৎকুপ অমগী মনুংদা মখোযগী লুচিংবা অনী ফাজিল্লে। অদুগা লোযনবিবা লাম্মী নিপালনা মশা মশাগী বাইফল মক হালহল্লে। খুদক্তা মখোযবু মফম মতম অদুমক্তদা কাপ্পুনা হাৎহল্লগনি হাযনা কিহল্লম্মী। মতৌসিদা লৈহৌবিবা অতৈদু কিনদুনা কপ্পা লাওনবকই। হাযনকবা লৈতনা মখোয লোইনমক ঐগী খোঙদা তুবকই। মখোযগী মতৌসিদা ঐ লেংজুমতমক শুপকৎলম্মী। মখোযগী লোন্দা কবি কবি ঙাংনা-শকনখিবা হাযবদু ঐ তশেংনা খঙদে। অদুবু ঐনা মসিমদি মুন্না খঙই মদুদি মতম শাংনা তিন্নবক্রবা মকপ অসিনা হযিং অমফাও মাঙনবা তৌবোই। অদুনা মানা থবক মাযপাক্রবা শান্নবিবা লিলা অদুদা পেন্থোক্লুনা মখা তানা চৎথহল্লম্মী। মহাক্না অসুক শাওনা, তমখিবা মান্না চৈ-থাংলিবশিংদু অসুম্না হাযবনি হাযবা ঐ তুংদা খঙলকখি – 'নহাক মী ফৎতবনি। মমাংঙৈদা নংনা মীচেন ওইনা লাকখিবা মতমদা মণিপুব মচা কযা হাৎখি, অদুনা হৌজিক ঐখোযনা নংবু হাৎপা তাবনি। ঐ মতমদুদা মফমসি পান্নবা ফমনাইবনি। মহাবাজদা নংবু কনবীনবা হাযজখি। ফিভমসিদা মহাবাজনা নংবু অফবা থবক মচা অমা তৌদুনা লমন শিংহননিংই। মহাক্কী শোইফড্রবা যাথংসি নংনা যাম্না হাযবা ইনবা প্রজা অমগুম পাঙখোকউ। হুইনা মপু মশক খংবগুম। নৎত্রগদি নং শিবা তাই। হৌজিক মখোয অনি চেৎনা পুনশিল্লু অদুগা অহানবা ওইনা কাপলগা হাৎলু।'

মযাম পুম্নমক খোঞ্জেল হৌনা কপ্পা-লাওনবম্মী। উপ্রাক্না উপ-উপতুনা লৈনবম্মী। অদুফাওবদা ফমনাইবদু ইতে তেথবমদে। ফিভমসিদা ঐ তশেংনা তৌফম খঙদবা হাযবদু ওইবে, মবমদি মখোয নিপালদি গুলি হানবা বাইফল পাযবি (মখোয কনাঅমতা মদু শিজিন্নবগী মওংদি শমনা মফৈ অমা খঙদে)। মখোযনা শাওনিংদুনা, কিহনবগী মওংদা নোংমৈদু কোইহাই হাইবক্রবদি খুদোংথিনিঙাইনি।

পুকচেল চাওববা অদুনা শগোল মথক্তগী খোঙনেৎফম অব্রাংবা নুংফাল থিবি হাযবা খঙলদুনা ঐনা মনাকতা চংশিল্লগা হাযবম্মী – কবিগুম্বা মখোযনা অমুক চৎলগা হাপতা অমগী মনুংদা লমযেন খবা পুবকপা ঙমলগদি মখোযগী মথরাই কনবীবসি। ঐনা হাযবদু

মহাক্না ইকায়খুম্নবগুম উই । অদুবু য়াম্না কন্না য়ানিংদবা উৎশিন্নে । হনগৎ-হন্দা চৎতুনা মখোয়গী লোন্দা হায়রকই – 'নৎতে, মখোয় শিবা তাবনি । মখোয় হেক্তা কাপ্লগা হাৎপনা মতিক চাই । হুই অঙাওবগুম্না । হৌজিক মহারাজনা ইকাইখুম্নরিবা, মহারাজমক্কী অতিথি য়াওরি । করিগুম্বা মহাবাজ মশামক্না হায়রম্বা ওইরগদি, মখোয় অসাইনা কাপলগদৌবনি । অদুবু ফরে, রাবিকরনু, মথংদা মখোয়না খুদোংথিবা খজিক্তুং থোকহল্লকপদা ঐ মখোয়বু শোয়দনা কাপলগা হাৎকনি ।' মতুংদা মহাক্না মখোয়রোমদা ওনশিল্লম্মী । অদুগা 'ঐনা হায়জবদগী মহাক্না নখোযগী থরাই কনবীরমনি । তৌবতবু নখোয় খুদক্তা মফমসি থাদোক্লগা চৎকদৌবনি অদুগা লময়েন খবা পুরক্কদৌবনি' । মানা করি হায়খিবগে হায়বা ঐ কোন্না খঙলকখি ।

খুদক্তা মখোয় চৎপা য়ারে । মখোয়গী মরক্তা চিংনবা, য়েৎনবা অমতা লৈত্রে । পুংখায়মুক্কী মনুংদা মখোয় লোয়নমক য়াম্না হরাওনা নোকখেরম্মী । হাৎকনি হায়না ফাজিনলুরবা অনিদুদা ইকোয-কোয়শিল্লগা ফাগি-জুগাই তৌনা লকনরম্মী । মখোয শিবমগদৌবা শম্না লিৎলি থাজবগা লোয়ননা থোকখিবা থৌদোক অসি পুন্সিগী কাওবা ঙমলরোই খন্নখি । মখোয হৌজিক চেৎনা থাজরগা চৎনম্রে, অদুবু ঐদি ফাগি ওইনা খল্লি । মখোয় অমুক উবা ফংলরোই হায়না চিংনরি । ঐগী মতৌসিদা লমজিংবা অদুনা ঐঙোন্দা চিংনদনবা হায়রম্মী – 'মখোয়সি মী নৎতগুম্মী । শাগা পাঙখকনৈ । করিগুম্বা খঙ-লাওহন্দ্রগদি মখোয়দগী নংনা করিমতা অশা তৌনিঙাই লৈতে । মখোয়না মতমচুপ্পা তৌনিংবা উৎকনি । অদুবু মদু পুম্নমক ঐখোয়দগী করিগুম্বা খরা ফংগনি হায়বা অশাদনি । মখোয় হৌজিক হায়ঙমদনা নুংঙাইরে । অদুনা মখোয়না করিগুম্বা খুদোংথিবা অমতা মায়োকনদনা ইরাই লাইনা লময়েনশিং ফংলনি । করিগুম্বা মখোয়না নমদুনা লন-থুম খরা খোমলকপা ঙমদ্রগসু নংনা মখোয়দা রাশকখিবা অদুদি ঙাকপা তাই । নংঙোন্দদি লুপা খাও অমনা কবি তৌরুদৌবা । মখোযগী পুন্সিদদি অদুক য়াম্বা শেনফম উবা অমুক ফংলরোইদৌবনি ।

মানা হায়বদু চপচানা চুমলম্মী । চৈয়োল অমগী মনুংদা মখোয়না তগৎ-তগৎ তেক্লা খোকপদা ঙাইরিবা মউল অমগা লোয়ননা মশাদা অশোক-অপন অমতা লৈত্রিবা উচেক অমসু পোন্দা হাপলগা পুরক্রে । অদুবু লাইবক থিবদি উচেক অনিমক লাবা ঙাক্তনি । মখোয়না হায়বা

মতুংইন্না, অহানবা নুমিৎতা উচেকশি তশেংনা লৈবে খঙলবা মফমদা লাং থাকই। অদুগা মখোযগী হুইবোইনা অবাপ্পদগী অসুম অসুম তানশিন্দুনা পাইশিলহল্লি। পাওদমসি চুমলম্বা যাই। মবমদি উচেক অমগীদমক মখোযদা পৈশা যাম্না পিগদৌবিবনি। অদুনা মফম অমদা খুদোংচাবা অমবু ফংলবদি উচেক অনিখক্তা ফংবনা মখোয খক পেল্লোই। ৱাবীশি অচুম্বা ওইববনিনা মখোযবু অমুক হন্না মফমদুদা থাকুবগী থোইনা কান্নববোই। হৌজিক্কী ওইনদি উচেক অনিমক ফংবা অসিদা ঐ পেম্বোকপা তাবি।

ঐনা উচেক মউলদু নিংখৌগী কোনুংদা পুবগা উহনবদা মহাবাজ হাযঙমদনা হবাওবম্মী। মহাক, অদুগা মফমদুদা লৈবিবা কনা অমতনা উচেক্তু অমুক্তা উনবমদ্রি। খুদক্তা মহাক্না ঐঙোন্দা অমোমসু যাওনা অতৈ উচেক খবসু ফংহনগনি চেৎনা হাযবম্মী। হৌজিক ঐনা উচেকশি তশেংনা লৈ, মখাতানা থিজিল্লবদি মশিং খবা হেন্না ফংবা ঙমগনি থাজবে। মহাবাজনসু মতুংদা মশিং খবা ফংহনগনি হাযবগী থাজবা পিনবীবে।

মপুংফানা চাওববা উচেক লাবদু নুমিৎ খবনিগী মনুংদা যাম্না তেবে, ঐখোযগী কেম্পতা নুংঙাইনা লৈমিন্নবে। মহাক্না তল, চাক, লৈশৌ মপী মুকথুবী, মৈবাম্বীশিং পাম্না চায। অকি-অখঙ কবিমতা পোক্তুনা খুবাক্তুগী যাম্না চেকশিন্না তাপ-তাপ লাকই। অসুম্না শাযোকশঙদা থম্বদা মতিক চাবা, মমল লৈববা পোৎশক অমা লৈবে খল্লুবদা নুংঙাইবা পোকই। অদুবু খ্বাইদগী লাইবক থিবদি, ঐনা খা নোংপোক চীংনুংদা লৈবকপগী অবোইবা নুমিৎতা, চাওবাক্না অহিং নোংযাই অদুৱাইদা ঐগা লোযনবকপশিংনা তুমলিবা অদুগা মবাইবক থিববা লমযেন অদুসু লৈবিবা থাংপোকশংদু ইখঙ-খঙহৌদনা মৈহৌ-লাংপোক থোক্তুনা তুম্না চাকখি। মৈ হৌবকপগী মবম, লিখুন ঐখোয কনা অমতা খঙনদে। অদুবু নুংশিৎ কন্না শিৎলকপা নৎত্রগা কবিগুম্বা মবম অমদগী অকনবা নুঙঙৌশিংনা কন্না তকনকুবদগী থোবকপা মৈবীক্না মকঙ ফানা কংলবা থাংতুপ, লি মনাশিংগী মথক্তা তাকবদগী মৈবী থোকলক্তুনা কনক্রক চাকপগুম যাম্না থুনা মৈৱাইবকপা ওইবম্বা যাই। মী পুম্নমক তুমলুবদগী, খোংউপ তোংবা নংদনা, ফী ফাও থোংদনা, নুমিদাংদা ফমুং থাদোকনদুনা কোযচেন চেন্নবম্মী। মখোয খবগীদি হকচাংগী তু চাক্তুনা উনশা পোকখোকলম্মী। অসুম্না

খাংপোক্কী পোৎ কবিমতা খাকপা লৈহৌদনা মৈনা তুম্না চাকখি। মখোযদুগী মবক্তা ঐখোযগী নুংশিনা যোকচবিবা মহাকসু যাওখিবম্মী। কাবক ঋবক চাকপা অচৌবা উ ফৈবা অমগী মখাদা উচেক্তু লৈকবদগী মাগী মতু খবা চাকখিবা নৎতনা হকচাংদি পুবা চাকলমদে। মহাক্না শিখিবসি মৈখু মবক্তা শোব ফুনবদগী ওইবগ্না যাই।

ঐগা লোযনবিবশিংনা হাযবগী মতুংইন্না উচেকসি ফুত ২৫০০ দগী (মণিপুর তম্পাক্কী খ্বাইদগী নেম্বা মফমনি, নৎত্রগা অবাংবগী চাং লান্না পাবা ওইবগ্না যাই) ফুত ৫০০০ ফাওবা বাংবা চীংগী মপুং ফানা কুণ্ডথাববা উমংশিংদা ফংই। মখোয ঈবম খোংলম মনাক্তা লৈবা পাম্মী। মফমসিদা মখোয যাম্না তাঙনা নৎত্রগা চেকশিন্না লোৎতুনা লৈগনবা উচেকসু নৎতে। মখোয খবদি নোংপোকথংবা লুসাইদা কোমহাওশিংগী লৈবাক, অদুগা মনিং মখা তমলিবা ব্রমাগী অবাং নোংচুপকী মফমশিং ফাওবদা লৈ।

মখোযনা জিবী তম্পাক্তগী মণিপুরগী মনুং হুনজিনবা মফমশিং ফাওবদা লমুকনববা উচেক ওইনা মবক মবক্তা শোইদনা ফংলমগনি। অদুগা ঐখোযনা ষ্টেত অসিগী খা খমখেংবা ঙমখৈদগী ফংখিবা অদুতা নৎতনা মখোসি নোংপোক-,ংবা চীংগী খাবোমথংবা শকক্তসু লৈবগ্না যাই।

**কালোপসিস ইলোতি** হাযনবা লমযেল মখলসিনা মশক মতৌ ফজববী উচেক অসিগী খ্বাইদগী নকনবা মবি মতা ওইগনি। অদুবু ঐখোযগী উচেক অসিগীদি মযাযথংবা মমৈ মতুশিংদা মবাক চপনা চাওবাং লাংবতা নৎতনা (শকফম অসিদগী ঐনা খুদক্তা কনা অমতনা শকখঙদুনা মমিং খোনদ্রিবা উচেক অমা লৈবে হাযবা খঙখি) মহাক্কী মঙক অকোযবদা মুই। পুকলোমথংবা হকচাংগী শকক্তা **ইলোতি** লমযেন মখলগুম্না ঙৌবোক ঙৌনা উবগী মহুৎতা ঙাংলৈনবা কাংচেৎ মচুগুম্না ফজে।

উচেক মখলসি অশেংবা লমযেল মখল **(কেসিত্রনস)**, অদুগা লমযেন অঙাংবা **(গালোকসিস)** মখল অনীগী মবক্তা লৈবা

*ওইগনি। ঐগী ব্রাখলদা **কালোপসিস** কৌবা অনৌবা জেনস অসিনা মখোয় অনি তশেং তশেংনা খাইদোকহল্লনি।*

## ৱারোইশিন

ৱারীসি লোইশিল্লগে। অদুবু হে নোংইন মসিমদি তাখো। নহাক্না ঐখোয়বু শোয়দনা ৱাবৌরম্লগনি। ৱারৌবগী মরমসু অচুম্বনি। য়েলহৌঙেদগী লমদমসিগী ঈশিং-নুংশিৎতবু খোয়দাজবী নহাক্না নরাইবক থিরকপগী মরুদি মীওইবনি। মাংলমচৎতা ঐখোয়না নফমদা চৎখিবা শাজৎ, য়েংখিবা মীৎয়েং ময়াম্না নহাকপু কপহনবনি। অদুবু, ঙসিদি নংগী অশেংবা নশক, নতিক নগুন খঙনরকপগুম তৌরে। ১৯৮৯ দগী নহাক্না কংলৈ (মণিপুর) শক্তাকপা চেক ওইরে। নমান্নবা পোম্বী-চেক্না মরক্তা নহাকপু অথোয়বীনি হায়না শকখঙলে।

মহৌশা লমদমসিগী ঈশিং নুংশিৎনা ফরিঙৈ, চীংনুংগী অচীকপদা মীওইবগী নিলখোংবা য়ৌদ্রিঙৈদা নখোয়না মকু-গ্বায়-ইবং পরিংদগী কাইলাম-তিপাইমুখ; ইরিল-থৌবাল তুরেলদগী শীরোই-কাশোমগী চীংদোল, চীংমায়, লোকচপ, থেলশিংদা (মিটর ৯০০-২০০০) হরাও-তয়ামলম্বগী ৱারীদি কাওনদ্রি, অদুবু, ঙসিদি ... ? ১৯৯২-৯৫ দা অৱাং-নোংপোক্কী চীংনুংদা ঐসু নখোয়গী খোঙ্গুল লীরুই। মীওই কয়াদা অয়েকপা লাই/ফোটো উহন্দুনা নখোয়গী নশক হংলুই, লৈফম থিকই। মহৌশা নখোয় উখি/লৈখি হায়নবা মফম কয়া য়ৌরুই, অদুবু নখোয় কনামতা লৈরমদে। লৈরম্মী হায়বগী খুদমসু মশেম মরাংলম্মী। লমদমদুগী চীংশাং নাপোম অয়াম্বা ইকোক কোকলম্মী। নারক-মোংশোঙশিংনা মুৎশি মুৎশি হিংলম্মী। নখোয়না পামজবা খিকলোই-লাংনা তাকহৌরে। হৈজামপেৎ-কাংগ্রৌসু হৌরমদে। চীংমায় লোকচপশিংগী তুমনৌ-লাংগোমশিংনা লমজাউ লাম্মৈগী মৈশা খঙনহৌই। ঙহাক্তং পোৎথাকবদা উজাও-উকগী মৈচাকখাক্না অৱাবা ৱাবী লিরকই। কাহৎলবা মখোযনা নিঙাইদনা য়েংহৌই। লাম্মৈনা মরুম মচা চাকথোকখ্রবা 'চেকশিংগা কপমিন্নরকই[১]। মাইকৈ খুদিংদা য়েক্লবনা লাঙ্গোই চল্লবী হে নোংইন, নহাক তশেংনা ঐখোয় ইরক্তা লৈরিব্রা ? নংবু মঙগী চেক হায়বদু ওইরব্রা ? ❑

---

(১) অইবগী সনামানবীগী মীৎযেং লাইবিক্কী *'নোঙীন খিবা'*।

# থরাইগী মমল

ঐখোয়না **থরাই** হায়বা রাইহেদি তোয়না হায়নরে। রারী লাইবিক্তা ইনরে। অদুগা মাগী মশক-মতৌ খঙলরা হায়বদি নৎত্রি। কনা'মতনা মাবু উনদ্রি। মুনি-ঋষি, দার্শনিক, বৈগ্যানিকশিংনা মাগী মতিক-মগুন শিংথানরি। অদুবু মখোয়সু **থরাই** মশক উরে, খঙলেদি হায়নদে। মাগী মশক-মতৌ মচুনচিংবা তাকপা ঙমনদে। ঐখোয়না **কজবা** হায়বা অমা উবে। অদুগা **অখিবা** হায়বসু উরে। অদুবু **কজবা** করিনো, **অখিবা** করিনো ; অনিসিগী খেন্নরিবা লংদাইদু কদায়দনো হংলক্লবদি কবি খুমগনি ? **কজবা-খিবা** হায়বদি য়েংলিবা মীৎয়েং, মফম মতমগীসু মখা পোল্লি। মীৎনা শং-শংনা উরবা পোৎকি মশকফাও তাকঙমদ্রিবা ঐখোয়না শকউদবা থরাইগী মশকপুদি কবম্না খঙলুনি ? শকউদবা পোৎনিনা থরাইবু লৈতে হায়রসিরা ? মদুসু লানগনি। থরাইগী কায়দোংফম থরাইপানবা মশিং লাকঙমদনা লৈরি। শকউদবা নৎত্রগা শকউবা পাম্বী, তিন-কাং, শা-উচেক ওইনা মতমচুপ্পা ঐখোয়গা ইরোই লোইনরি। ঐসু থরাই অমগী মপুনি। থরাইপানবনি হায়না চাওখোকচরি। অদুবু চহি অসুক শাংনা মপু ওইরক্লিবা ঐনা ঐগী অশেংবা ইরল থরাইবুদি অমুক্তা উদ্রি। শকউদ্রিবা মাবু ঐনা অসুক্কী মতিক নুংশিরি। লুনা তৌবি। মাগী পেন্নবা হোৎনবনা ঐগী ইথৌ ওইরি। ঐগী পুন্সি কৎথোক্লি। ঐনা ফনমক চেকশিন্না মশক উগে তাল্লগসু উদ-উদনা মহাক ঐবু থাদোকলম্ল্রগা অসুম মাঙখিদৌবি।

লেংলি পাল্লিবা জীবশিংতা নৎতনা সাহিত্য, কলা-সংস্কৃতিগী মচাক-মথুম, সমাজগী থৌদোক-রাথোক, চৎনরোলশিংদা থরাইগী মফম চাওনা লৈ। কলাকার অমনা মশাগী মাঙদা তরং-তবং উরিবা কলাগী মচাক

অদুতমক শৈশক-শৈথাবগা পেন্দে। পোৎতুগী মকম থুপলিবা শকউদবা মগুনদু পুথোক্লবা হোৎনৈ। মাগী কলাদা মমী তাহল্লি। মদু কলাগী থৱাইনি। লাইযেকপা অমনা মানা যেক্লিবা শক্তমদুগী মতিক-মগুন পুম্নমক শিজিন্নবিবা মচু-মচু মবক্তা তিনশিন-যানশিন্নখি। থৱাই হাপখি। ঈশৈ শকপশিংনা মাগী খোল্লৈ-খোন্দা, শৈহেক্লো; লিলাগী শক্তম লাংলিবা লাংলিবীশিংনা মীৎযেং নাযেং, শাথেক, তৌথোবকপা থবক্লা অতাবা/অযেংবশিং শুমহৎনবা হোৎনৈ। অসুম্না থৱাইবু মফমচানা হাপ্পা ঙস্রিবা কলাগী পোৎথোক্তু অফবনি। থৱাই পাল্লি। অহিংবা অমগুম মতম কুইনা পুন্সি। অদুগা থৱাই হাপ্পা ঙমহৌদবা কলাশিং অদুনা কুমগী অহানবা ঈশিং ঈচাওগী কৌশিং-কৌবাংগুম মাযকৈ শলাই খঙদনা তাওবগ্লগা মতমগী ঈবোলনুংদা লুপখি। শিজিন্নফম খঙদনা মাঙখি। মমিফাও লৈহৌদে। লীওনাবদোগী কল্পনাগী মমি মোনালিসাবু মীযাম্না শক্লা-শোন্নবি। লাইযেকপনা যাম্না হৈশিংনা, মফম চানা থৱাই হাপখিমালে। অহিংবা অমগুম মাগী মীৎযেং, মাগী মীনোক, মাগী ইঙ্গিৎকা মীৎচানকবশিংগা পাও ফাওনৈ। লোম্নোক্তনা ৱাবী শানৈ। চহি চা কযাদগী যমুনা খোঙবান্দা নুংঙৌ তাজমহলগী থৱাইনা অবাকপা খুদিংদা শহাজহান-মমাতাজগী নুংশি ৱাবী লিবি।

ঐখোযগা খ্বাইদগী নকননা, মতমচুপ্পা লোযনদুনা লৈবগা মশক্তি খঙদবা পোৎশক অমা হাযবগদি মদু থৱাইনি। মালেম শিন্থুংনা শন্দোক্লিবা মঙালনা পোৎ নৎত্রগা লৈমাযদা হেক থেংলুদ্রিবমখৈ মশক উদবগুম থৱাইসু কাযদোংফম উফম চাবা ফংদ্রবদি লৈ হাযবা খঙনদে। অতিযা মকোযগী চুমথাংনা মখোঙ লোৎশিল্লগা মচু তবেৎ তশেং-তশেংনা পুথোকপগুম, মশক-মতৌ খঙদবা থৱাইনা যাওফমদি তাক্তনা জীবশিংগী মতিক-মঙাল হাপ্পী। থম্বাল খোইমু অনিমক থৱাই পাল্লি, অদুবু থম্বালগী লৈকোন্দদি থম্বালনা হকচাংনি, খোইমুনা থৱাইনি। খোইমু যাওদবা থম্বাল পিকথন্না হৌবা পুখ্রি, পাৎ-কোমশিং ইহাং হাংবগুম, থৱাই যাওদবগুম তৌই। লানজাবা খোইমুনা[১] হেক মোংলবদগী পোমশাৎনবম্বী লৈ কযাগী থৱাই মিহুল

---

(১) মীওইবা মবক্তা যুম, লৈকায, খুঙ্গং নাইনা পুন্না লৈমিন্নবগুম খোইবা মকোন অমদা মপী মযাম পুল্লপ পুল্লপ লৈমিন্নবা ককচেং, খোইশিংগী মবক্তা মপী খবদি ঙহাক্তা পোত্থাদনা কোইচৎ চৎতুনা, কোইপাই পাইদুনা লৈ। অচা অথক লৈযম, লৈশাৎফম কোইথি থি। মখোযদো লানজাবা মপীনি।

চোংলকই। লৈকা ফন্না শাৎকাযবকই। লৈনা শাৎকাযবা উবদা খোইমুসু মযাই কাবকই । লৈতাবা ঙমলক্তে । থম্বালদা তোংলুই । শকহেনবী কনাগুম্বীগী মাযখোংদা অমুবা শন্থুগুম । থম্বালদো, মাগী তনৌ-তনৌবিবী লৈকাদা খোইমুনা খোঙনেৎনৈ হাযবগী ৱাবৌকদে । খোইমুগী কাহেনবা শাজৎনিসু খল্লুদে। অহোইনদুম হবাওজৈ। খোইমুনা লৈকা ফিজোল হাইদোক্লা লৈহী-ঈফুৎ থিবকপদা তনিক-তনিক খাঙজৈ। খুদক্তুগীদি থম্বালনা মাগী লৈজবা অপূম্বা থৱাই খোইমুদা শিন্নৈ । খোইমু যাওদবা থম্বালগী পুন্সি অহাঙবনি । থমচেৎ মক চংঙমদনা খাঙুথক্তা কেনখিনি। থম্বালগী লৈহী ইফুৎ কংখিবগা খোইমুনা মাবু মীতাদে । অতোপ্পা লৈদা তোংখি । থৱাইগী কাযদোংফম হোংখি । মিৎকুপমুক্তা ওইবসু খোইমুনা থম্বালগী থৱাই ওইবম্বগুম থৱাইনা হকচাংদা কাযদোংফম লৌই । অদুগুম্বা হকচাংদু থৱাইপানবা কৌই । আধ্যাত্মিক্কী মীৎযেংদা লৈহী চেন্দ্রবা লৈ অমদগী হযিংখোই, কুবাক, খোইমুশিংনা অতোপ্পা লৈ অমদা তোংখিবগুম, পুন্সি চেংজেল লোইববা হকচাং পোলাং অমদগী থৱাইনা মপাল থোকখি। অদুগা অতোপ্পা পোলাং অমদা থৱাই মিহুল লাংলুই । মসিবু বৈগ্যানিকশিংনা এনর্জিগী যাওল ৱাহম্বোক্তা, নুমিৎকী এনর্জিবু অশংবা পাম্বীশিংনা চুপশিল্লগা কেমীকেল এনর্জি ওম্বোক্তুনা প্রকৃতিনা যাৎলবা চিঞ্জাক্কী লম্বীপবিং খুতুং ইন্না পাম্বীশিংদগী শা-উচেকশিংদা মথং-মথং থংথখিবগুম তোঙান-তোঙানবা এনর্জিগী শক্রোন, কাযদোংফম হোংবনি হাযবোইদ্রা ? এনর্জিগী লম্বী পবিংসিনা হেক তৎখিবদা হকচাংদগী থৱাইগী মৈবী মুৎখিনি । মালেমদা এনর্জিনা শেমনকবা লৈতনা, লোইবা-খম্বা নাইদবগুম থৱাইসু পোকপা শিবা নাইদে, লোইবা লৈতে হাযগদৌবিৱা ? অমুকসু, থৱাইপানবশিংগী মবক্তা পাম্বী কয়া অমনা মউ, মনা, মক-মবাংদগী অনৌবা মতোল চোংলগা চাদা-নাউদা শন্দোকই। কযা অমনা লৈ শাৎলি। লৈদা য়াওবা পা-মক, পী-মক তিন্নবগা উঁহৈ মক ওইবকই। মচা পোকই। শা-উচেকশিংগী মবক্তসু অপীকপা মখল কযানা মশাগী হকচাংবু মকুপ-মচেৎ মচেৎ কাযবগা মচেৎ অমমম্না মচা ওই। তিম্ব্রোক মশাং অমা মকক অনী থোক্লা ককথৎলবসু মককতু অমুক মশাং ওইনা চাওবকই । হাযদ্রা(২) গী পিকখ্রবা হকচাং মচেৎ অমনা মপুঙ ফাবা

---

(২) মচিন অকোযবদা মকোই মযাম মবেং মবেং শ্লনবা ঈশিংদা লৈবা অপীকপা জীব (শা)।

হকচাং অমুক ওইরকপা ঙম্মী। অচৌবা শাশিংগী মরক্তদি'য়েৎ-ওই খাই। পুঙবা শেম্না য়ুম্বান্নে। চাবোক মথল খুদিংমক্তা মপা মমাগী মতিক-মগুন পুন্নমক মচা-মশুশিংদা মথং-মথং থংথে। মসিবু থবাইদি লোইবা খম্বা লৈতে, পোকপা শিবা নাইদে, মাঙবা লৈতে, হকচাং পোলাংতমক হোংই হায়রিব্রা? লৈ অমদগী পাইথোকখিবা খোইমুনা অতোপ্পা লৈ অমগী থবাই খোইমু ওইরুবগুম মপা মমাদগী ফংহৌবা থবাইগী মতিক মগুন্না মচাশিংগী ওইহৌই।

থবাইগী মওং-মতৌ, মচু লৈতবা ওইরমগনি। অদুবু কায়দোংফম উফমগী মতুংইন্না মাগী মওং-মতৌ কয়া খোক্লা উহনবগুম তৌই। তিন-কাংগী থবাইনা পিশক পিক্রুগা শামুগী থবাইনা হায়ঙমদনা চাওরমগদৌবোই নিংই। লিনগী থবাইনা শাংদ্রোং শাংলগা হাইড্রা, ওক্তোপস, নৎত্রগা উ-রাগী থবাইনা মশা-মরেং পাল্লমগদৌবোই খল্লি। অদুঙৈগী মিসোজোয়ক দাইনোশোরশিং নৎত্রগসু মতমসিগী কৈ নোংশাগী থবাইনা হিংচা য়াইতম্বা ওইরগা তিম্ভোক, কুরাক্কী থবাইনা উনগুম ইংলমগদৌবোই নিংই। মীওইবা মরক্তসু লানফমদা খুৎলাই পায়রিবা মখোয়না মিনুংশি খঙদবা, হিংচা-যাইতম্বা ওইরগা কলাকারশিংগী থমোয়না লৈগুম খোৎনা উই। মসিবু শিনফমনা ওইহনবনিসু হায়নিংগনি। লানফমদা লৈশি-লৈথোন, শৈরেংগী রাহে-রাতাগী কান্নফম কৈদনো? শিনফম অমসুং অকোয়বগী ফিভমনা রাঙাং, লোনচৎ, থম্মোয়গী মচু হোংহল্লি। লোন, চৎন-লোনচৎ তোঙান তোঙানবা মফমদা চায়োক-নাওয়োকনখিবা মমা অমতগী মচা ফাইবোক অনি মফম মফমদুগী হৈনবীদা অদুমক চাশিন চুশিন্নখি। মনিং-মখা তমলম্বা লমলক্কী শা-উচেকশিংনা মীওইবগা নকশিন্নরুবা, তোৎন-তিন্নরুবদগী হিংচা-য়াইতম্বগী লিচৎ কাওখিদুনা ইং-তপলকই।

থবাইগী গুন অমা ওইরিবা মীওইবগী পিথোরকপা প্রতিভা অসিদি মী মীগী মবক্তা অসুমক খেন্নে। মসিদি শিনফম অমসুং অকোয়বগী ফিভমনা পাক হোংহনবা ঙমদে। কবিগী প্রতিভা পিনরকপা কনানা য়োৎপাক লাঙ্গোলসু পায়সনু, শীংয়ান উয়ানসু তৌসনু, লানফমগী মনাইসু ওইসনু, মানা থারকপা কবিতাগী ছন্দ ইফ-ফজে। ইনৌতা নৌই। অদুগা কবিগী প্রতিভা য়াওদবা কনানা পামজনা শেমজবা কবিতাগী থবাই অদুমক হামচৎনৈ। মফম মতম পুন্নমক্তা ইনৌতা নৌবা, চৎনবা য়াবা কলাগী পোৎথোক ওইঙমদে। লৈকোন

অমদগী লৈশিংনা শেমলকপা লৈগী নাচোম, লৈগী পরেং অমতা মান্নরোই। লৈরাংবী খেন্নবগী মতিক তোঙান-তোঙানবা মগুন হাপনরক্কনি। লৈশক লৈচু খনবদা হৈথোই শিংথোইবা কনাগীনা হেন্না ফজবা, জুম-জুম লাওরগা মতিক-মগুন ৱাংলবী কনাগীনা লৈচু থোক্তবা লৈশিংগী শীকংনরবা পবেংগুম উগনি। নংনা চপ মান্নবা লং মচু-মচু পিদুনা ফিশাবী কয়াদা ফি শাহল্লু। মথোয়না পুথোবকপা ফিগী নোমুনা, ময়েক, রাশী-গুন অমতা মান্নবোই। তোঙান তোঙানবা লংগী ফি ওইনফাও উবা য়াই। ফিশাবীশিংগী হৈনজবা, পামজবা, থমোয়গী ইহুল পুন্নমক কলাগী পোংথোক ফিদুদা মমি তাহন্দুনা থৱাইগী মতিক-মগুন খেন্ননা উই।

প্রকৃতিনা থৱাইপানবশিংদা অপাম্বা, নুংশিবা, কল্লক-মীহৌবনচিংবা থৱাইগী মতিকশিং ইমান-মান্ননা হাপ্লীরম্মী। অদুবু মফম মতমগী মতুংইন্না থৱাইগী মমল খেন্নবগুমসু উই। লম্বী শোরোক, মীয়াম মবক্তা খুৎলাই পাইবশিংনা ঙাকশেল্লিবা অমগী থৱাই, মাবু ঙাকশেল্লিবশিংদুগী থৱাই, মথোয়না তাথি-তাওই লাওহৎপিরিবা লম্বীগী চাকনিবদুগী থৱাই, ... থৱাইগী থৱাই ঙাক্তনি। মমলদি কয়া খেন্ননা উরিবা ? সমাজগী ইথিল নৎত্রগা করিগুম্বা মবম অমদগী মমাগী সিয়োমনুংদা মীতপ্রিবা থৱাইবু মমল লৈতবা ওইনা মাঙহম্নবা থৌরাংলপ্রিবী অমনা অদুগুম্বা থৱাইদুনা তাইবং ফাওরক্তুনা **ইচা** হেক ওইখিবদগী থৱাইগী মমল কাউখৎখিদুনা মীনোক-মীৱা অমতা নাচুংলক্তে। মচাগীদমক মথৱাই ফাও থাঁদোক্কে হায়না লিন অমুবীগুম থৌনা ফনা মায়োক্নরকই। চাং খেন্নরবসু থৱাইপানবা খুদিংমক্তা মচা নুংশিবা খঙই। উহৈগী অথাবা মকু কুয়োম্না পাম্বীগী মতোন-মনৌ ওইরক্কদৌবা মরু থৱাইবু য়োমশিল্লি। অপীকপা ককচেংনা মরুম-মচা শোকলুবগী মীওইবা ফাওবা শিংনরকই। পুন্সিগী অহানবা তাঙ্কক, মথোং কারকপগী অপাম নুংশিদা খোঙদারিবা শাবী শানৌশিংনা মপা মমা হেক ওইখিবদগী মচাগীদমক্তা হাকন্নবা, কল্লক-মিহৌবগী ঈবৈদা উক-উক লৈবম্রগা অবোইবা পুন্সি শকক্তা নুংশিবগী ঈপাক কুমলকই। থৱাইপানবশিংগী মবক্তা মমীৎতা মচা উদবা কনানা জীববু নুংশিবা খরদি মৱাংলি। মরুম কোনবগী অৱা-অনা মায়োকনরুদবা য়ুমগী ঙানুনা মচা নুংশিবা খঙদে, মাগী মরুমবু মচা ওলহল্লিবা যেম্বী অদুনদি মচাদা মচাগুম লুনা তৌই। শিবা কিদনা হাকন চংই। মানা চাগদৌবা চিঞ্জাক ঙানু মচাশিংদা পিজৈ। মচাশিংনা চাবা উরগা মহাক

হরাওজৈ। থৱাই পেন্না য়েংজৈ। অতোপ্পা ৬৮৮ক্কী নরুম মচা চাথোকপদা হালেংদবা ৱাকনা থাবুম অমা চুপ্পা চাদ-থক্তুনা অৱা অনা খাঙনা কোল্লগা তাইবং ফাওহল্লকখিবা কোকিল মচাবুদি মানা পোকচবা মচাগুম্না লুনা চান্না য়োকই।

পৃথিবীদা মীওইবনা ৱাখল মপুঙফানা খুন্দা লৈতাদুনা লৈবা হৌনরকপদগী থৱাইগী মশক খঙগে থিনরি। মতম মতমগী লাইপোকশিংনা মাবু ফংনবগী মঙলান্দা তাওদুনা লাক্রি। সংসারগী অৱা-নুংঙাই পুম্নমক কাওথোক্লগা মাগীদমক অঙাওবগুম পুন্সি লেন্নবসু কয়ানি। নিংথৌ তুবেলগুম হৌবকফম-লোইফম লৈতবা মাগী অরোল-অথুপশিংবু বৈগ্যানিকশিংনসু খঙগে, উগে তান্নরি। অকক্লবা চৎন-পথাপ খরদা থৱাইগী হৌরকফম থিরি। লেপতনা হোৎনকবগী মতিক চহি মিলিয়ন কয়া লাপখ্রবা থৱাইগী হৌরকফম, কেমিকেল রিয়াক্সন, য়াওলগী ৱারী ৱাখোঙ খরমখৈ ফংলে। অহানবদা, মীওইবগী সভ্যতাদা ধর্ম্ম, লাই-তিন্দা হকচন্না থাজবশিংনা খুদুম চল্লিঙৈ, শেম্বীবা মপু (ঈশ্বর) অমনা মালেম লৈশেম তুশেমখি, লোয়ননা পৃথিবীদা লৈরিবা পাম্বী, শা-উচেক পুম্নমক মা-মানা ওইরিবা ফিভমসিদা অদুমক শেমলকখি থাজনৈ। খৃষ্টানশিংগী ঈশ্বরনা, হিন্দুশিংগী ব্রহ্মানা, মৈতৈশিংগী কুরুশিদবনা মালেম শেমখি হায়বগী তোঙান-তোঙানবা ৱারী-শীংবুন লৈনবগুম পৃথিবীগী মী জাৎ, কাঙলুপশিংগী মরক্তা মা-মানা থাজনরুবা লাইগী শক্তম লৈনৈ। থাজনবশিং অসিগী মায়োক্তা লৈরুবা মতম মতমগী দার্শনিক, বৈগ্যানিকশিংবু **অঙাওবা** হায়না লকনখি। মীযাম্বু লান্না নমজিংনবা হোৎনবনি হায়দুনা নিংথৌগী চৈরাক, শিবগী অহকপা দন্দিফাও ফংহনবা য়াওখি।

থৱাইগী মমল থিরিবা অমা ওইনা পৃথিবীদা থৱাইপানবশিংনা লৈবা হৌবকখিবগী মবমদা অখঙ-অহৈশিংনা য়াৎলম্বা শাংলবা ৱাবী-ৱাখোঙ শুপচিন্না পল্লম্বা চুমগনি। পৃথিবীদা লৈরিবা থৱাইপানবশিং অসি শেম্বীবা মপু অমনা আপান্ননা শেমখিবনি হায়বনা মহৌশাগী থাজনবনি। নাইল তুরেলগী লৈখোমদগী নুংশানা য়ৈরগা হঙোই, চুম, লিন, গুম্ভীর ওল্লি; শগোল অঙৌবগী মমৈ মতুনা ঈশিংদা তারগা শরেং তিল ওল্লি; অমোৎ অকায়, ফি-ফুরিৎ মতম কুইনা কাচীন্দা নমশিন্দুনা থম্রগা উচি, খরম্বী পোকই; অপুম-অশা

ঈশিংদগী কাং পোকই; শা-ঙাশিংনা পুমথরগা হল ওল্লি, ... হায়বনচিংবা কয়া থাজনৈ। অয়ুক্কী লীক্লানা তিন ওল্লি; শাশিংগী অমাংবদগী তেপ ব্রার্ম পোকই, চোৎ-চোৎ লাওবা লৈবাক্লা ব্রাইখু পোকই হায়নসু এরিষ্টোটলনা (৩৮৪-৩২২ বিসি) থাজরম্মী। ব্রাহী, পুকশ্রিনা শিরগা শীংনাং ওল্লি; উফক্লা ঙাক্রিজৌ, ঙামুশিংগুম ওল্লি হায়বা লমদমসিগী থাজনবসু লৈ। অতোপ্পা গ্রহ, উপগ্রহ, থৱানমিচাক নৎত্রগা শুন্দ্রংগী মফম মফমদগী পাইরকখিবা থৱাইগী মরুনা পৃথিবী য়ৌরক্তুনা মখল-মখা থৱাইপানবশিং লৈহনখিবনি হায়বসু ব্রাৎতে।

তরাতরেৎশুবা চহিচা লোইরকপা অদুৱাইদগী থৱাইপানবা অমবু অতম্লনা শেমলকপগী ব্রাহঙোক্তা তশেংনা য়ানিংদবা বৈগ্যানিকশিং লৈরকখি। মখোয়না পৃথিবীদা থৱাইপান্দবা পোৎচাকশিংনা চহি যুগ কয়া চংনা তপ্না তপ্না ওল্লক্তুনা থৱাইপানবা ওইরকখি, অদুগা মতুং তারকপদা থৱাইনা থৱাই পোকই হায়বনি। রুসিয়াগী এ. আই. ওপারিন (১৯২৩) অমসুং ইংলেন্দগী জে.বী. এস হালদান (১৯২৮) অনিনা ব্রাখললোনসিগী অচুম্বা কয়া চাংয়েং তৌদুনা উৎখি। ফিভমসি তারক্ত্রিঙৈ পৃথিবীনা চহি মিলিয়ন লিশিং মরি চামঙা অদুৱাইদগী লৈরকখিবনি। অদুগা চহি মিলিয়ন লিশিং অহুম চামঙা অদুৱাইদগী পৃথিবীদা থৱাইপানবা লৈবা হৌরমগনি থাজনরি। মরক্কী শাংখ্রবা চহি মিলিয়ন লিশিংমুক্কী ব্রারীদি শকনাইদ্রিবা প্রকৃতিনি। মতমসিদা মৈহৌনা শারম্বা পৃথিবীগী লৈমায়না অসুম অসুম ইংথরক্তুনা থৱাইগী মচাক ওইরক্কদৌরিবা পোৎচাকশিং তপ্না তপ্না লৈরকখি। পৃথিবীগী অকোয়বদা এদমোসফিয়ারগী লৈরোল লৈরোল নাইরকখি। হাইড্রোজেনগুম্বা অয়াংবা এলিমেন্তনা হান্না লৈরক্লগা ওক্সিজেন, নাইট্রোজেন, কারবোননচিংবা য়াওরকখি। নুমিৎতগী রেদীএসন, কোসমীক রে, নোংথাংকুপ্পা, মৈগী চীং পোকথায়বনচিংবদগী থাদোরকপা এনর্জিনা পোৎচাকশিংদগী পোৎয়ানশিং ওইহল্লকখি। হাইড্রোজেন-ওক্সিজেন তিন্নবগা ঈশিং, হাইড্রোজেন-নাইট্রোজেননা এমোনিয়া, হাযড্রোজেন-কারবোননা মিথেন গ্যাসনচিংবা মথং মথং লৈরকখি। পৃথিবী ওইরকপগী অহানবা তাঙ্ককসিদা চহি কয়া লেপ্তুনা নোং চুদুনা পাক চাওরবা সমুদ্র ঈপাক শেমখি। এদমোসফিয়ারদগী পোৎচাক কয়া নোংগী ঈশিংগা লোইনরকখি। সমুদ্রদা তুঙখি। লোয়ননা অনৌ অনৌবা পোৎচাক, পোৎয়ান কয়াসু মাইকৈ

পুম্নমক্তগী ঈশিংনা চেহ্নরকখি। নৌনা পুরকপা পোৎচাকশিংগা হান্না লৈরম্বগা হন্না-হন্না পুনশিন-য়ানশিন্নরগা হেন্না হেন্না মতিক-মগুন লৈরকখি। থবাইগী মতিক মগুন চেল্লক্তুনা থবাইপানবা ওইরকখি। অসুম্না সমুদ্রগী ঈশিংদা অহানবা থবাইপানবা পোকখি।

চাংয়েংগী পাম্বৈনা থবাইগী হৌবকফম রারী-রাখোঙ খরমখৈ খঙলগসু থবাইপানবা অমসুং থবাইপান্দবা অনিগী লাংদাইবুদি তশেংনা খঙনদে। থবাইপান্দবা পোৎয়ান্দা প্রকৃতিনা হৈশিংনা হাপখিবা থবাইগী মতিক কনাদসু খঙহন্দে। উহন্দে। পা-মরু, পী-মরু তিন্নবদা হাপখিবা থবাইবু মপা-মমা ওইবা কনানা খঙহৌ-উহৌবগে ? অঙকপা বিগ্যানগী থৌরাংনা থবাইপানবা অমগী হকচাংগী অরুম্বা চপ চানা ওনবা ঙ্গ্রবসু হকচাংদু মচেৎ-মচেৎ কক্লগা (মচেৎ অমফাও মাঙহন্দনা) মচেৎ ময়ামদুগী অরুম্বনা মপুম ওইরিঙৈ অরুম্বগা খেন্নবা অদুমক লৈ। মসিবু বৈগ্যানিকশিংনা কবি হায়দৌরি ? দার্শনিকশিংনা করি খুমদৌরি ? ঐখোয়না অমম্বা অমসুং অঙানবদি উরে, মখোয় অনিগী কাখল লাংদাই অদুদি উরব্রা ?

থবাইনা অহানবদা সেল অমতগী হকচাং ওইবা পাম্বী ওইনা পোকখি। শকনাইবা প্রকৃতি ওইরকখি। মখোয়দো মতমসিগী বেক্তেরীয়াগুম্বা ওইরমগনি। মতুংদা প্রকৃতিগী পুংলোন-তাম্বাদা তপ্না তপ্না শকমান্নবা, শকমান্নদবা সেল কয়া লৈরকখি। সেলশিং মথং-মথং পুনশিন্নদুনা হেন্না চাওবা, হেন্না মতিক-মগুন লৈবা থবাইপানবা ওইরকখি। শকনাইরবা প্রকৃতিগী তম্পাক্তা লৈশাৎতবা, লৈশাৎপা মখলগী পাম্বীশিংনা মালেম ইশং শংলকখি। প্রকৃতিগী শিঙ্গা অমদা অশংবা পাম্বীশিংদা ফোতোসিন্থেসিস(৩) গী মতিক হাপ্তুনা থবাইপানবশিংদা থবাইগী তঙাইফদবা মচাক ওক্সিজেন পিনবা থৌবাংখি। নুংশিৎতা ওক্সিজেনগী চাং অসুম অসুম হেনগৎলক্তুনা শাশিং লৈবকনবগী পোবম যাৎখি – অহানবদা যাঙলেন শক পান্দবা অদুগা যাঙলেন শক পানবা মখলশিং লৈরকখি। য়াঙলেন শকপানবশিংগী মবক্তা, চহি মিলিয়ন চহুম য়াঙ্খ্রে অদুবাইদগী ঙা মখলশিং; চহি মিলিয়ন চহুম-কুন

(৩) অশংবা পাম্বীনা নুংশাগী মঙালদা নুংশিৎতা যাওবা হুচেনবা কাববোনদাইওক্সাইদ লৌশিল্লগা অফবা চনাংগী পোৎচাক (গ্লুকোজ) ওহ্লোকপা লোইননা ওক্সিজেন থাদোবকপা।

অদুরাইদগী হঙোই কাঙলুপকি শাশিং; চহি মিলিয়ন চনি য়াঙ্খে অদুরাইদগী চুম-লিনশিং; চহি মিলিয়ন চাম্মা হুমফু অদুরাইদগী উচেকশিং; অরোইবদা চহি মিলিয়ন চাম্মা অদুরাইদগী খোমথকপা শাশিং লৈরক্তুনা ইকুই কুইদনা চহি মিলিয়ন অমরোমদগী ***হোমো সেপীয়ান*** হায়না খঙনরিবা মীওইবগী থরাই লৈরকখি।

প্রকৃতিগী তম্পাক্তা মীওইবগী মীৎনা উবিবা, নাকোংনা তারিবা, খৌজেংনা শৈখাবা ঙগ্রিবা থরাইগী মশিং, মখলদি খরতনি। কুনশুবা চহিচাগী বিগ্যান্না থরাই মখল মিলিয়ন অমা তঙ্খাইমুক্তি শিংথানরে। অসিগুম্বা শরুক তরা হেন্না খঙনরমখিরোই। লৈশৌবুংগী অমম্বা সংসারদা লৈশৌ, মুকথুবীনা হৈনবগুম অঙানবা সংসারগী অমম্বা মবক্তা থরাই মশিং লাকঙমদনা লোৎলমখিনি। মীৎয়েংনা তাপ্রিবা মালেমগী ফজবা মরক্তা ওইথোক্তুনা ওইথোকপা মঙলানগী শক্তমগুম্বা থরাই কয়া লৈরমখিনি। থৌরান নোংজু অতিয়াদা ফৌশু ঈশৈ শিনবাংনরিবা তুমিৎ য়ুরালগুম্বা কয়া কয়া তাপ্রবা চীংনুং ঈশিংচায়বী ইরাওখোলদা ঙাওজরমখিনি। তুমিৎনা হৈবোং মনুংগী সংসারবু মপান নাইদনা নুংঙাইবা মফমনি খনজবগুম শুক্রবা লোকনুংগী পুন্সিদা খোয়দাজবা থরাই কয়াসু য়াওরমনি। অমুবা অতিয়াগী অরংবা চুমথাং মকোয় মরক্তা; তারমদাই নুমিৎকি মচু মচুগী নোংজাবী লৈকোন্দা; থাবল্লে লৈকোনদা লৈরাং খোইমুগী সংসারদা; লোইনাইদ্রবা অতিয়াগী নুংশিৎকি কুয়োমনুংদা ; নুমিৎনা উঙমদবা ফমজিল্লবা উনপাক মরক্তা; ... মশিং লাকঙমদা থরাই মশিং লাকঙমদনা লোৎলমখিনি।

ঐখোয়না শা-উচেকশিংতবু থরাইপানবা ওইনা উরগা পাম্বীশিংবুদি থরাই য়াওদবগুম লৌনে। মখোয়সু থরাই পাল্লি হায়বা কাওনরি। থরাইপানবা অমগী মতিক পোকপা-শিবা নাই, অরাবা-নুংঙাইবা পুম্নমক মখোয়সু খঙই হায়বসি খঙনা খঙনা খঙশিন্নদে। উনা-উনা উশিন্নদে। মখোয়গী মক্ক-মবানা অঙানববু কি। অদুগা মউ, মশা-মরোং, মনা, লৈশিংনা অমম্ববু। অঙাওবা শনগা পাঙখকলবা কনানা ইনথুবীরম্রবা গম্রাগী পাম্বীনা নুংঙাইতবা ফাওই। তেল্লবা পুংজা খরগী মনুংদা মাগী মনা, মতোন্না নোংথকলমদা য়েংলকই। অদুগা মক্ক-মরানা লৈনুংলোমদা কুমথখি। অমম্বা কা মনুংদা বন্দিগুম ফাজিল্লিবা পাম্বীনা তাইফেৎ তাইনা অরাবা খাঙলিঙৈ করিগুম্বা খোং,

থোংনাও, ফক্লাং অহোবদগী মণ্ডালগী তেনজৈ কাপশিল্লক্লবদি মাইকৈ অদোমদা মায়ওনশিল্লি। য়োংচাক, খোক, হৈক্রুশিংনা নুমিদাংদা মনা থুপচীন্না তুম্মী। অয়ুক নুংশা মণ্ডালদা মশা খিঙনা মনা ফন্দোরকই। অকনবা নুংশা মৈশাদা পাম্বীগী অরাম-খৌরাংবা, নুংঙাইতবা পুম্বা মনা খুইথনা খঙই। শিকংনরুরবা মখোয়দো নোংদোল লিক্লা ফংলগা হরাওজৈ। মকালাম্না তেকখৎলি। থাবল্লে, থম্বালনা অহিংগী অচীকপদা খোইদাজৈ অদুগা থরো, থরিকথানা অমম্ববু খোইশাওনৈ। মরুভূমীগী মৈপোকপী, তেংনৌনা অহিংগী পুংজা খরদা হরাওজৈ, নংহৌররোই মতাগুম অয়ুক্কী মৈশা লাংদ্রিঙৈ লৈশাৎলি; নুমিৎনা কোকতোন লাল্লকপদা লৈমন চল্লি। শজিবু-লৈরী, কোম্বীরৈ, কবোকলৈ; কালেন-লৈহাও, লৈপাকলৈ; ইঙা-লৈসনম, কুমদমলৈ; ইঙেল-ইঙেল্লৈ; থৱাল-থরো, থারিকথা; লাংবন-অমুরৈ, কাঙপাল; মেরা-শনারৈ; পোইনু-কুন্দো; ৱাকচীং-হৈখা, মালহৈ; ফাইবেল-য়েনিংথা, হৈনৌ মপাল; পুম্নমক মতমগী খোঙলৈ কায়দনা থৱাইগী মতিক উৎলকই।

মীওইবগী হকচাং কয়াৎশিংনা অৱা-অনা, চৈখেং কয়া খাঙবগুম তগৎ-তগৎ তেক্লিবা হৈখোক-লৈখোক্তগী হৈ, লৈশিং হেক্তোকপীবদা মশাদা চৈনা ফাওরমনি। হয়িংখোই, কুরাক, খোইমুশিংনা লৈকা ফিজোল হাইদোক্লা লৈবুক-সিয়োম থিবীরিবা লৈশিংদু ইকায়জরমনি। ইকায়খিবী অমনা 'শোকপীরক্কনু' হায়না ইকাইবা খাঙবগুম খাঙলমনি। শমজিরৈ চরোংনা লুতুং শমজীগী লৈতেং ওইরিবী শকহেনবী কনানা চেংলৌগী নিংথিবা হেনগৎলে খন্না হরাওজরগসু লৈখোক্তগী হেকতৎপিরবী লৈ চরোংদুনদি অৱা মৈশা খাঙলমনি। কনাগুম্বীগী মায়খোংদা মুনা মায়হীং কাবগুম, নাপ্পগী লৈতেং ওইরিবী লৈহাও লৈরেলনা থুনা লৈমন চনবদি ৱাখলনা পোৎলুমনবনরা? ফুগায়না লৈশাৎ তমলিবী খোঙ্গুমৈলৈ চরোং পৎ থৎলগা তনৌ-তনৌরিবী অমগী হকচাংদা শেৎ কল্লুবদা নিংথিবীদুনা ফাওরিবা চৈনাদুমক লৈ চবোংদুসু ফাওবমলোইদ্রা?

থৱাইপানবশিংগী মরক্তা অকুপ্পা, মীৎনা উবা ফংদবা মখলশিংনা অচৌবা মখলশিংদগী মশিঙ খিঙমদনা হেল্লমগনি। নোংজুখাদা লৈপাক মরুম, উয়েল, চেংগুমশিং নেৎখায়-থুগায়রুবদা মখোয়গী লৈরিক মরুশিংনা ঙাংলৈনবা মৈখুগুম 'ৱা' পাইখোরকই। অসিগুম্বা পাম্বীশিংগী লৈরিক, স্পোর

মশিং লাকঙমদনা অহাংবা অতিয়াগী নুংশিৎকি কুয়োম পঙ্খে মনুংদা কোয়তাও তাওনা শান্নরি। থল্লাইপান্দবা উফুল মরিক, মৈখু, বোম-তোপ, খুৎলাই চাংয়েংশিংগী ফৎতা-হৌদিশিংসু অতৎপা লৈতনা হাপচিল্লি। খুবীমুক্তা চাওবা লৈপাক মরুম অমদা মরু লাক্ষ কয়া য়াওরমনি ? পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্কুগী মশিং লাকঙমদনা লৈরিবা লৈপাক মরুম ময়ামসিদগী নুংশিৎতা য়াওরমগদৌবা মরুসি কয়ানো ? অতৈ পাল্বী লাক্ষ-লাক্ষকীসু লৈরি। মখোয় ময়ামসি করিগুম্বা শক্তি অমনা পুন্নপ তাশিন-খোমজিন্দুনা পৈশিনবা ঙম্নবদি হিমালয় কয়ামুক ল্লাংলমগনি ? নুংশিৎতা য়াওরিবা মরু-মরাংশিংনা মফম চানা তারুরগা মতোন-মনৌ চোংদুনা অনৌবা পাল্বী ওইরকই। মতম কুইনা ঈশিং লৈদুনা নাপী হৌবা ঙমলূদ্রবা পুখ্রি, খোংবানশিংদা ঈশিং হেক কংখিবা ইকুই কুইদনা নাপী মখল-মখা হৌরকপবু কনানা থারুবগে ? মসিবু কনাগুম্বনা লৈপাক্লা পোকপনি হায়। তেনখ্রবা নুমিৎ খরনিগী মনুংদা লৈপাক্লা মখল-মখা থল্লাই পোকপা মতিক্লা ? থল্লাইদি থল্লাইতনা পোক্কনি। লৈপাক্লা থল্লাইগী কায়দোংফম ওইবনি। থল্লাইগী মখল-মখা মতিক-মগুনশিং ফোঙদোকপা ঙম্নবা মচাক পিবনি। লৈপাক্তা নৎতনা নুংশিৎতগী মহীক-মনাইশিংনা থল্লাইপানবগী হকচাংদফাও তোঙশিল্লি; থল্লাইগী উফম, মচিঞ্জাক লৌই। খুদম অমদা, কোকফাই সুজা মখল খরগী মরুশিংনা ঐখোয়গী অমোৎপা উনশাদা পকখ্রগা মতোন-মনৌ চোংই, মীৎনা উঙমদবা পাল্বী মচা কয়ামরুম ওইনা হৌই – 'ফি লাইকোয় থুংবা (পকপা)' হায়নৈ। থল্লাইপানবশিংনা শিরগা পৎথ-পুমথরিবসু মহীক মনাইশিংননি, অপুম্বা হকচাংনা মখোয়দু পোকহনবা নৎতে। অপুম-অশাবু পামজবা হয়িংনা মরুম কোকশিল্লগা হল ওল্লি। লৈ ওইনা শাৎলিঙৈদা লৈবুক সিয়োমনুংদা মরুম কোকশিলহৌবা তিন্না মচা ওন্দুনা হৈনৌ মনুংদা চংই। হৈনৌগী মহাওনা তিল, ওলহনবা, অপুম-অশাদগী হল ওলহনবা খক ওইথোক্কে। মখোয়দি লৈপাকুম্না থল্লাইগী কায়দোংফম, মচাক হুল্লবতনি।

চহি মিলিয়ন কয়াদগী প্রকৃতিনা থল্লাইগী মমল লেপ্পা চাংয়েং কয়া তৌদুনা লাক্লি। লোয়ননা থল্লাইগী য়াওল কয়া লৈরকই। চাংয়েং অমদা, চহি মিলিয়ন চাম্মরোম অদুল্লাইদা মরাং কায়রম্বা দাইনোশোরশিং লোইনমক মায়খিখি। ফুত য়াঙ্খে-চাম্মা শাংলমগদৌবা হিংচা য়াইতম্বা মখোয়গী চিঞ্জাক ফংলকখিদে। লৈফম লৈরকখিদে। প্রকৃতিনা লাকঙম ফাঙমদ্রবা মখোয়গী

থৱাইদগী অপিকপা শা-উচেকশিংগী থৱাইনা হেন্না মমল কাওখৎহনখি। মীওইবনা পাঙথোক্লিবা চাংয়েংশঙগী চাংয়েংদি খরতনি, অদুগা প্রকৃতিগী তম্পাক্তা প্রকৃতিগী চাংয়েংদি মশিং লাকঙমলোই। মহাক্কীদি চীং, পাৎ, তুরেল, উমং-ৱামং, লবুক-লমহাং পুম্নমক চাংয়েংশঙ ঙাক্তনি। অদুগা মশিং লাকঙমদ্রবা থৱাইপানবা-থৱাইপান্দবশিংনা চাংয়েংগী মচাক। চাংয়েং খুদিংমক্তা মতম-মতমগী য়াওল, ফিভমগা চাশিন-চুশিন্নবা ঙমহৌবা থৱাই অদুনা মায়পাকহৌই। হিংহৌই। অদুগা চাশিন-চুশিন্নবা ঙমহৌদনা মায়থি-হৌরবশিংবুনা শকউদবা প্রকৃতিগী খুৎ অমনা শাগল লাক্লা চীংথোকখি। মখোয়বু মাঙহনখি। খোঙ্গুল মুৎহনখি।

প্রকৃতিগী অরোনবা চাংয়েংবু শরুক মচেৎ অমতং খঙউ উরুবা ঙমহৌবা কনাবু মীথোয় মীহেনবনি হায়না শিঙথানরি। অদুৗঙে, ফ্রনসিসকো রেদী (১৬২৬-১৬৯৭), লাজারো সপ্লানজানী (১৭২৯-১৭৯৯), লুউস পাসচরগী (১৮২২-১৮৯৫) চাংয়েংশিংনা থৱাইনা থৱাই পোকই হায়বা উৎখি। চার্লজ দারৱীননা (১৮০৯-১৮৮২) চহি মঙারোম সমুদ্রগী মফম খুদিং শিনবা থুংনা কোইরুরগা শকখঙনরকপা থৱাইপানবশিংদগী প্রকৃতিগী অরোন-অথুপকী পারা কয়া তমলকখি। খঙলকখি। অদুবু, মহাক্লা 'প্রকৃতিদা থৱাইনা থৱাই পোকই, মাগী মশিং লাকঙমদনা লৈরিবা পাম্বী, তিন, কাং, শা-উচেক্কী শক্লোনদি মতমগী য়াওলনা তপ্লা তপ্লা পুরকই, শেম্বী শাবীবা কনা অমতনা মখোয়বু অসুম্না-সুম শেমলক-শারকখিবা নৎতে' হায়না মীয়ামদা পাওদমলুবদদি **অঙাওবা** হায়না লকনরকখি। গিগোর মেন্দলনা (১৮২২-১৮৮৪) লবুক্তা মখল অমগী হৱাই মঙ্গল মরুনা মচু-মচুগী লৈ শাৎলকপা উখিবসু প্রকৃতিগী চাংয়েংননি। অমুক্তদা মরুম য়াঙ্খে-চাম্মা কোকপা ঙম্বা লবুক থরোই অমগী পুন্সিদা মকম কয়াম কোকলমগনি ? পৃথিবীগী অদুগুম্বা থবোই মপী ময়াম্না কুম অমদা কোকলমগদৌবা মকম কযানো ? মহাক্কুম্বা থরোই মখল কয়াগী মশিং লাকঙমদবা মপী মযামসিনা কোকলমগদৌবনা কয়া ? ভাবনা লাম্বফাও ৱারগনি। মকম ময়ামসি লোয়নমক মচা ওন্দুনা মপী ফারবদি পৃথিবীগী লৈমায়দা থরোই মকুতনা মরোল কয়া লোল্লম্রগনি। অতৈ জীবশিংগী লৈফম লৈরমলোই। মসিমক প্রকৃতিনা থোকহনখিদে। থোকসু থোকহল্লোই। মাগী চাংয়েং কয়ানা অমুক্তদা মচা অমতা পোকপা থৱাইগা

মকম-মচা লিশিং লিশিং পোক্লিবা থৱাইশিংগী মবক্তা খল কাযহন্দনবা থৌবাংলি।

থৱাইপানববু ওইববসু, কলাগী পোৎথোকপু ওইববসু মখোযদা থৱাইগী লৈফম/যাওফম কদাইৱাইদনো ? উশাদগী উঁহৈগুম পানববা ? তুবেল ঈচেলগুম চেনববা ? চীংমায নুংবীগুম খিনববা ? ঐখোযনা অকংবগুম উবিবা পিকখ্রবা হংগাম মরুগী মনুংদা থৱাইনা যাতাবি হাযববু কনানা উবগে ? অদুবু, মতিক চানা ঈশিং-নুংশিৎ নুংশা লাংলগা মহাক অদুমক মিৎকপ থোকলকই। মতোন চোংলকই। মনা পাল্লকই। মশা-মউ মথং-মথং লোংলক্তুনা লৈশাংলকই। মহৈ যাল্লক্তুনা হান্নগী হঙ্গাম মকম শক্তমদা অমুক হল্লকই। অসুম্না হঙ্গাম পাম্বী অমগী পুন্সি যাওলদা থৱাইগী মতিক মগুন তোঙান তোঙান্না উৎলবসু মাগী পুন্সি তাঙ্কক অমদা মচেৎ-মচেৎ শেৎলগা যেংলবসু থৱাই যাওবম্বদি থক থেংনদে। শাশিংগীসু অদুমঙাই – হকচাংদা তোঙান তোঙানবা তোংশা, কযাৎ মচা-মচা যাওবি। মখোযবু বিগ্যানগী অনৌবা পাম্বৈ কযানা নুংজাও-চীংমাযমুক চাওথোক্না উহল্লবসু থৱাইবুদি উবা ফংনদে। অচৌবা শা-উচেকশিংদা **হার্ট** পাল্লি। হকচাংগী কাচীন-কোইযা শিনবা থুংলিবা ঈচেলগী হৌফম-লোইফমনি। **থমোয়** হাযনা শক্তাকনবসু যাওই। হার্টতি মীৎনা উবা হকচাং কযাৎনি অদুগা থমোযনা মীৎনা উঙমদবা নুংগী গুননি। থমোযনা থৱাইদগীসু তোঙাল্লি। থৱাইনা থৱাইপানবা পুম্নমক্কীনি, থমোযনা থৱাইগী লৈতেংনি। মফম মতমগী মতুংইন্না থৱাইপানবশিংদা থমোযগী মতিক-মঙাল থৈন্নে। ঙাশিংগী হার্টত্রা কা অনি; হঙোই, চুম, লিনশিংগীনা কা অহুম; উচেক অদুগা মীওইবা যাওনা খোমথকপা জীবশিংগীনা কা মবি মবি পাল্লি। হোয় যুগ কয়া শাংখ্রবা য়াওল লম্বীদা অসুম অসুম মবাই চাযথখ্রবা হার্টকী কা অমা যাওবগদি মঙানি হাযবসু যাই। কা মঙা শুবিবা হার্ট নৎত্রগা থমোয হাযনববু থৱাইবা ? মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈপাক, অতিযা হাযনবিবা থৱাইগী মতিক মঙালবু হার্টকী কা মঙা অসিবুবা ? মসিনা থৱাইগী অশেংবা শক্তম ওইবগনা অপীকপা জীব, পাম্বীশিংগীনা কবি ?

মীওইবনা মশাগীতা খনবা ৱাখলনা মশাগী থৱাইতবু থৱাই ওইবগা অতৈগী থৱাইবুদি থৱাই ওইনা খনলক্তে। পাম্বী, তিন, কাং, শা-উচেকশিংবু

থরাই পান্দবগুম হেক হেক কাওথোকনৈ। মশাগী থরাইতবু মমল কাউহল্লগা অতৈগীনা মমল লৈহন্দে। মখোযবু তাথি-তাওই তৌবী। নৈহৎপী। মখোযগী থরাইবু মস্তিকনৈ। ইশাগী থরাইগী মশকফাও খঙজদবা ঐখোযনা অতোপ্পগী থরাইগী মমল লেপনবি। অপীকপা জীবশিংবু নুংশিবীবোইদৌবা ওইবগা নশাগী থরাইবুদি কবিগী নুংশিবি? নংনা নশাগী থরাইগী মমল খঙনিংলবদি শা-উচেক্কী থরাইগী মমল খঙফম থোকই। নংগী অশেংবা থরাইগী মমলদি পাম্বী, শা-উচেকশিংগী মবক্তা লৈবমগনি। শা-উচেকশিংগী থরাই মমল খঙলূদবদগী প্রকৃতিনা যেংলকপা অশাও মীৎযেংবুদি নংনা কবিগী রাবৌবি? ❑

# ক্বাক-কোকিল

ক্বাক-কোকিল কনা-কনানো ? উচেক অনিসি মশক তোঙান-তেঙান্না তাক্লগদি অদুক হাক্লা ব্লাগদৌবা মান্দে – অমগী খোঞ্জেলনা খোইবাং খোইশাওহনবনি, অদুগা অমনা শুমহৎযাই পুবিনী। কোকিলদি ক্বাককুম্না যেলহৌঙেদগী লমদমসিদা লৈবক্তে। মহাক অশেংবা মীবমগী উচেকনি। অদুমওইনমক লমদমসিদা অমুক্তা উদ্রিবা উচেক অমবু ফজনা শক্লা শোন্নবা হাযবগদি মদু কোকিলনি। ক্বাক্তি ঐখোয ইবক্তসু লৈ। মীবমদসু ব্লাংতে। কুনশুবা চহিচাগী মযাইচল্লকপা অদুব্লাইফাওবদা খ্বাইদগী নুংশিনদবা উচেক অমা হংনবকপদা চামগী মনুংদা তঞ্জায হেনবনা ক্বাকনি শোযদনা খুম্নবক্কনি। কবিগীনো ? মশক থি, কুচু মুই, মবম৮ৎ ফজদে হাযবগীবা ? শেম্বীবকপা প্রকৃতিদদি খেন্নবসি লৈবমলোই। মঙোন্দদি তুমিৎ-যুবালদগী অচৌবা পাম্বী, শা-উচেকশিং ফাওবা চপ মান্নবমগনি। মহৌশাগী খল কাযহন্দনা লৈনবগীদমক মখোয খুদিংমক্কী থৌদাং চপ মান্ননা হাপলমগনি। মসিবু খঙলূদবা ঐখোযনা থব্লাইশিংগী মবক্তা খেন্নবা থম্রি। থব্লাইপানবশিংগী মবক্তা অথিবা-ফজবা, নুংশিবা-নুংশিদবা, মবম কযা পিশিন্দুনা থৈদোক-থৈজিন তৌবি। কান্নবা-কান্নদবা হাযনা খন্দোক-খঞ্জিন তৌবি। কান্নবনি খনবশিংনা লুনা তৌবা অদুগা কান্নদবনি খনবশিংনা তাথি-তাওই তৌবিবি। ওৎপি নৈবীবী। হাৎতোকপিবি। অসুম্না মবাইবক থিববা থব্লাইশিংগী মবক্তা ক্বাকসু অমনি। মাবু উবগা নৎত্রগা মানা খোংবা তাবগা থিনা থিনা চৈবীবতা মথংই।

**ক্বাক মখল ঃ** কোকিলগী মপাও তমদ্রিউঙে, জীবশিংবু কাঙবু-কাঙলুপ খাযদোক্লগা খন্ন-নৈনবশিংনা ক্বাকপু ***কোরভীদি*** (শাহীং-ঙাহীং, অপুম-অশা পান্বা) অদুগা কোকিলবুনা ***কুকুলিদী*** (খৌজেংদগী নুংশিবা খোঙ্গোক থোকহনবা) উচেকনি হায। বাবেন[১], কক[২], মেগপাই[৩] নচিংবা ক্বাক্কী নকনবা ইমুং মনুংনি। অদুবু মবম খবদা ক্বাক্কা মখোযগা খেন্নে। ক্বাক্তি ক্বাকনি।

লৈফমগী মতুংইন্না মশক-মতৌদা খবা খবা খেন্ননা উবগসু পৃথিবীদা ক্বাক লৈতবা মফম তাঙই। লাক্ষাদীপকী কাভাবাতী কৌবা ইথৎ মচা অমদদি মহাক লৈতে। ব্রাবীদা, অদুউঙে, উজাও অমগী মখোঙদা লাইনিংলিবা অমগী কোকথক্তা ক্বাক অমনা মাঙশিল্লুই। মতৌসিদা মৈহৌনা শাওববা মহাক্লা শাপ তৌখি। ক্বাক লৈবা ঙমখিদে। ভাবত্তা ক্বাক মখল অনি লৈ – অমনা যুমগী ক্বাক (বিগ্যানগী মীং ঃ ***কোরভস সপ্লেনদিন***) হাযনে। ফুতমুক্তা শাংবা মহাক্কী মঙক-মখৌবীদা উফুল পকপগুম ঙৌকনে। যুমলক্তা লৈবগা চাকখুম, কৈথেলগী হুন্দোকখাক, অবেম-অপাশিংনা হিংই। অনিশুবনা জঙ্গলগী ক্বাক (বিগ্যানগী মীং ঃ ***কোরভস মেক্রোরিনকোজ***) কৌই। মখোযনা লমলক্তা লৈবগা যুমলক্তা মচিঞ্জাক থিবা তোযনা চংলকই। ফুত অমা মখাইমুক চাওবা উচেকশিগী হকচাংপুম্বা অবংবা কানা মুশুক মুই। মণিপুবদা লৈবা ক্বাকসু মহাকনি। মাগী মচিন কোনতক তৌবগা চাওই। মতোন তুম্মী। মকোক-মচিন তাইনফমদা অপৌবা মতুনা শমমান্না হৌই। মতৌসিনা মণিপুবগী ক্বাক্লা 'বাবেন' মখল মালহল্লি। অদুবু বাবেন্না নোংপোক ভাবত অদুগা জঙ্গলগী ক্বাকনা নোংচুপ ভাবতকী লমদা চংনদে।

**ক্বাক্কী লোনচৎ ঃ** মীওইবনা খঙলু-উকদবা প্রকৃতিগী অবোন-অথুপ লোন কযা শা-উচেকশিংনা খঙই। চাং খেন্নববসু মখোযগী হকচাংদা অইং-অশা, অহোংবা কযা খঙনবা উপায শাগোন্নবকই। নুংশিবা লৈনমনা (নৎত্রগা

---

(১) *বাবেন ঃ* নোংচুপ ভাবততা লৈবা অচৌবা ক্বাক মখল। মণিপুবদা ফংদে।

(২) *কক ঃ* বাবেনগা লৈফম পুল্লি। মপি যাববা উচেক্কী মকোক মচীন তাইনফমদা অঙৌবা মতু হৌই। মণিপুবদা লৈতে।

(৩) *মেগপাইঃ* চীং উচেক মৈশাংবী। মণিপুবদা মখল অনি লৈ।

চিংহী মনম্না) হায়নরুবা নাইদনা মীওইবগী ৱাখল লৈয়োল চোংহন্দুনা পুক্লিং ইরাং ঈথক হৌহনবগুম, মীৎকুপ পুংজাগী হোংলক্লিবা প্রকৃতিগী পুংলোন তাম্বানা শা-উচেকশিংবু লাংতকনহল্লি। লাইতোংলবা মাইবীগুম লৈতাহন্দে। থমোয়দা ফাওরকপা ঈথিলদুমক মখোযগী শাজৎনা উৎথোকই। মখল মখা খোম্বোক্লা ফোঙদোকই।

প্রকৃতিগী অরোন-অথুপ খঙনা পাওপুবী উচেক শিংথানবদা ক্বাক অথোইবনি। মীওইবা মরক্তা ওইরবদি মহাকসি অফাওবা মাইবী, পাঞ্জিনিকা হায়ননি। পুক্লিংদা ফাওরকপা প্রকৃতিগী ইথিল কয়া মহাক্লা মশাগী লোন্দা হন্দোকই। খোম্বোক নাইনা পুথোকই। খোম্বোক কয়া, সুর কয়া থোকহনবা ঙম্বা মাগী খৌজেংনি। মাগী 'কা-আ-ক, কা-আ-ক' হায়না চিংলপ চিংলপ নৎত্রগা 'কা-ক, কা-ক' নৎত্রগা 'আ-গ, আ-গ' হায়বগুম্বা খোম্বোক্তি অকি-অখঙগীনি। অদুগা 'কা, কা' হায়বগুম অতেনবা খোম্বোক্লা অচা-অথক থিবনি। পুন্সিদা লাব-অমোম ইথা-থাদোকনগন্দে। মখোয়না উশা কাবোংদা তোংমীন্নরিঙৈদসু তুমিন্না লৈগন্দে। চারিঙৈদসু ৱাবী শানবগুম করিগুম। করিগুম্বা ক্বাক্লা মচিঞ্জাক চারিঙৈ, অতোপ্পগী পোৎ মিতারিঙৈদা মরৈ লৈতোন ৱারকপা ঙমলত্রবদি মহাক মপূক থন্না চাবা ফংলমগনি। পুন্সি নুংশাংলমগনি। অকি-অখঙ লৈতবা মফম, মতমদদি মহাক্লা 'ক্বার্ক-ক্বাক' হায়না থমোয় মকা লাম্বা ফোঙদোকই। লাব-অমোমগী লৈফমসু খোম্বোকসিনা তাকনৈ। অয়ুক অঙনবগী পাওজেলসু খোম্বোকসিনি। নিংতম্বা, হৱাও তয়াম্বগীসু পাওজেলনি। খোম্বোকসিখক্তনা মশাগী মশক তাকচৈ। মমিং কৌজে – **ক্বাক**। (ইংরাজীদা **ক্রো**, হিন্দিদা **কৱা**, সংস্কৃততা **কাকা**, কনারীদা **কাগা** কৌনবসু মাগী খোম্বোক্তগীনি)।

অতিয়াদা নুমিৎ, থা, থৱানমিচাক্কী মায়কৈ, লৈচীল-নোংফাইগী যাওল, নোংজু-নুংশাগী ফিভম তাকনবা মহাক্লা খোংই। নোংঙাল্লক্কদৌরে খঙহনবা মাগী পাওজেলবু **ক্বাকখোং অহানবা** হায়নৈ। অয়ুক অঙনবদা কোয়পাই পাইদুনা তুম্বা হৌদোকপবু **ক্বাক্কী লানবাও চেনবা** শৈশকনৈ। মাগী লমচৎ মতৌগুম্না অয়ুক অঙনবদা লৈকায় কোয়গনবী, অদুগা ৱাহৈ খোনফম থীবী, নুংশিদবী কনাগুম্বীবু **নুপী ক্বাক**; চবেং চবেং খৎনগনবী মনি-মমৌ নৎত্রগা নিঙোল-মৌ নৎত্রগা লোন্নবী নুপীগী মতৌবু **ক্বাক্বা-চরোইগা**

হায়নৈ। কনাগুম্বনা মফম মতম চাদনা ঙাং-শকপবু **ক্বাক্লা খোংবগুম তানিংদে** পাওরৌনৈ। মীগী অৱা-অনা উরগা হরাওবা কনাবুনা লেংলাই থুংবা শনগী লূশমদা তোংবা ক্বাক্কা চাংদমনৈ। ক্বাক য়ুম্বান্নবা উরুবা ফংতে থাজনৈ। অরুবা থবক চৎপা লম্বী-লমখাঙদা উরুরবদি য়ুমদা অমুক হনজিন্দুনা ইরুজনৈ। শেংলু-ইল্লুবা ফীরোন ফাওবা শুদোক-চামথোকনৈ। নুমিৎ চপয়ুংবদা ক্বাক্লা লাক্লা-লাক্লা খোংবা নৎত্রগা অহিংদা ক্বাক খোংলবদি (লমদমসিগী ক্বাক্তি লমলক্তা লৈবা মখল ওইবনা অহিংদা য়ুমলক্তা য়ারেক্তে। মীরৈবাক্কী য়ুমলক্তা লৈবা ক্বাক মখলদি নুমিদাংদসু খোংই) অফবা খুদম নৎতে, অৱা-অনা থোক্রনি নিঙনৈ। ইঙ্খোল মনুংদা ক্বাক্লা তোংবা মফম, মতম, মায়কৈ-মায়োন, খোঙ্গোক তারগা/উরগা থোক্রবা য়াবা থৌদোক-ৱাথোক হায়নৈ। *'... অৱাংলোমগী ইঙ্খোলদা ক্বাক অমা নুংখিল পোবোবতা লাক্লা-লাক্লা খোংই। নুমিদাংদা য়ুম্বুরেন অহলদু মংলাক-হংলাকননা শি; ... তোম্বীনৌ মতৈ-মনাওসি হাযফেৎ পৈশা পায়জৱ্রবনি, মরাইবক্লা থীরিবদি মমীৎতা মচা অমতা উদে। কৈদৌরুনি। তৌবগীদি মখোয়গী মরালনি। লৈকায়নদি হায়বীবনি মানা য়ুম শাগদৌবিবসি ক্বাক যুম্ফমদমনি, মহৌশাসু মফমসিদা হৌরম্বা উজাও অমদা ক্বাক য়ুম্বান্নখি ...'* লৈকায় লৈকায়গী ৱারীনি। ভারতকি মফম খরদা মসিনা (য়ুম ক্বাক্লা) লাফু লাদা তোংলগা খোংলবদি কনাগুম্বা খরা থুংলরনি, অচা-অথক তৌররনি থাজনৈ।

**মণিপুরদা ক্বাক ঃ** মণিপুরদা ক্বাক্কি ফিভম কমদৌরি ? অককনবা খিজিল হুমজিনবগী ফলনা মাগী মশিঙ চপচানা হায়বা ঙমদ্রগসু লমদমসিদা উচেক অসি য়াইফবা হায়বদুদি ওইদ্রে। অয়ুক নোংঙাল্লকপদা ক্বাক্লা য়াকৈবা তানদ্রে। চরোইনা ক্বাক মতু ফোইবগী কুম্মৈ উনদ্রে। য়ুমদগী ঙা, ঙানু-য়েনাও মচা ক্বাক্লা লাকখিনি হায়বগী মিপাইবা পোকনদ্রে। মতম অমদা ক্বাক খোংবা তারগা 'ওঙ্গোক্লা নুংশিখিদ্রে' হায়নবম্বদু হৌজিক্লা 'ক্বাক খোংবা তাদবসি কুইরে, নুংবু নুংশিরে' অসুম্নাফাও হায়নরে। কুনশুবা চহীচাগী ময়ায় চল্লকপা অদুৱাইফাওবদা মণিপুরদা ক্বাক মরাং কায়রম্মী। ক্বাক্কী ক্বাক ঙাক্তা। মাগী 'গা গা' খোঞ্জেলনা পূমনিল নিল্লম্মী। পূম্নমকসি ৱারী ওইনরক্রে। মহাক লৈরবসু লৈত্রগুদ্রে।

ক্লাক মবায চাযথবকপগী মবম কযা লৈবমনি। মবমশিংদু ঐখোযনা খঙনদ্রবসু মহাক্লদি তশেং তশেংনা খঙলমনি। মবম পূন্নমক মীওইবননি খঙলদ্রবা, মহাক্লা ল্লাবৌবমনি।

ক্লাক্লা মবাইবক থিবকপগী মকওইবা লম্বী অহুমথোক্লা নৈনবা যাগনি। অহানবদা, পৃথিবীগী মফম পূন্নমক্তা ক্লাকপু 'নুংশি' হায়না খক শোন্নদে। থাযনা ইংলেন্দগী নিংথৌ নিপালশুবা হেনবীনা ক্লাক পাক-শন্না মাঙহন্নবগীদমক চহী ১০ চুপ্না অচৌবা থৌবাং তৌখি। লমদমসিদা ক্লাক হাংতোক্লবগী অকক্লবা থৌবাং লৈত্রগসু মাবু উবগা হেক্তা হাংতোকপীনবা হোৎনৈ। লমলক্তা লৈবা উচেক মখল ওইবসু মহাক অযুক নুংথিলদদি যুমলক্তা অযাম্বা লৈ। উতোন-ল্লাতোন, শম্বলদা তোংলগা শুমাং-থেলোং, যেনখা-লুখাদা মমীৎ ক্রোক ক্রোক ওৎলকই। শুমাংদা ফৌবিবা ঙা; লোংউপ যেন্দাইনা উপলিবা ঙানু মচা, যেনাও; যেনখা লশিং পোলাং মনুংদগী যেকম; মানা পামলুবা চানিংলুবা পোৎশক শেন্নদুনা লৈ। খুদোংচাবা হেক ফংবগা তাপ লাক্লুনা পুখি। হীবমশোমদা মহাক যাম্না হৈথোই-শিংথোই। মাগী খুথোং-লাকখোংসু কনামতনা তানিংদে। মবম কযাসিনা ক্লাকপু নুংশিনদে। কুচু মুবী পুকফৎতবী উচেকনি খন্নে।

ক্লাক তশেংনা হুবান-চিঙ্কি তৌবী, থমোয ল্লাবকপা ঙমদবী উচেক ওইবমগদ্রা ? প্রকৃতিগী থৌদাদা মহাক চহীগী নোংজুথা মাংওইননা পা-পী তিন্নে, অদুগা নিমমচুদা চেক মচুনা কুপলাং লাংবা মকম ৩-৫ কোকই। নুমিৎ কুননিমুক মমাগী শেগাদা মৈশা ফংলগা ওল্লকপা মচানা চযোল ৩-৪ গী মনুংদা মপুঙ ফাই। থুনা চাওবগী মতিক মচাশিং মপূক লাওই, ইল্লিবমথৈ চায, পিজবিবমক্তদা পেল্লক্তে। ফিভমসিদা মচাশিংগীদমক মমানা অল্লা-অনা থিবক্তে। অকিবা পোক্লক্তে। চেকশিন্না ঙাক্লিবা মীওইবগী যুমলক চংলুই, হুবান লমচৎ চৎলুই। উতোন-ল্লাতোন অমতদা মহুম শামিন্নবিবা চবোইগী মকম-মচা হুবাল্লকই। মচাগীদমক চবোইসু শিবা নাবা কিদনা পাম্বোম তিংলকই। **ক্লাক্লা-চল্লোইগা** পাওবৌনৈ। ক্লাক্লী অবোনবা শাজৎ-লিচৎ কযাসিনা ওইবমগনি। **ক্লাক-ক্লাক** নৎত্রগা ক্লাক তানবী, ক্লাক মাঙজোংগী ল্লাখললোল, লাইওইখ্রবশিংনা হৌদোকপিবম্রিবা।

অনীশুবদা, হৈক্রেং, নোংলৈশং, উয়ুংগুম্না অচৌবা পাম্বীশিংসি ক্লাক্লা পামজৈ। মখোয়গী মশা কারোংদা অকংবা উশা-ব্লাশা তরল-তরল খোমজিল্লগা মকোন শাই। মতমসিদা পাম্বীশিংসি মমীংতা ঙায়রক্লে। তম্পাক্তা উমংলাইগী লাইকোনুংনা মরাং কায়বিঙে, চীংদা মীওইবগী খুৎশেম চংদ্রিবা উমং-উজাও য়াম্না হৌরিঙৈদা ক্লাক মকোন শাফম, য়ারেকফম মবাং কায়না ফংলম্মী। পৃথিবীদা চহী খুদিং উমং হেক্তর মিলিয়ন ১৮-২০ লেপ্তুনা কোক্লি (ভারতকী হেক্তর লাক্ষ ১৫ অদুগা মণিপুরগী হেক্তর লিশিং ১৪ রোম য়াওনা)। মীওইবগী লৈফম পাকখোক চাওখোক্লরকপা, চাওখৎ থৌরাংগী মরম কয়ানা উমং মাঙহনবগী মরুওইবা মরমনি। ফিভমসিদা ক্লাক্কী মকোন শাফম ফংহন্দে। লৈফম লৈরক্তে। লৈফম-চাফম লৈরক্ত্রবা প্রকৃতিগী থব্লাইনা কয়ামকুইনা হিংবা ঙমগনি ? মসিগী মথক্তা মহুম-মকোনগী মরুম-মচা কয়াসু মরক মবক্তা লাম্মৈনা কোগোক-কোক্লা চাকথোকখি।

অহুমশুবদা, মীওইবনা পোৎথোক-চাথোক হেনগৎনবা পাক-শন্না শীজিন্নরিবা খুৎশেমগী হার, তিলহাৎ-হীদাকশিংনা শাহীংচাবা শা-উচেকশিংগী খ্বাইদগী চাওবা লাংফম ওইরি। মহৌশানা অপুম-অশা মীতাবা উচেক ওইবনা ময়াক কল্লবা **দিদিতি** (দাইক্লোরো-দাইফিনাইল-ত্রাইক্লোরোইথেন), **এলদ্রিন**নচিংবনা হাৎলবা তিন, কৌজেং, ঙা, হঙোইশিং মহাক্লা মিতারুই। চিঞ্জাক্তা য়াওরকপা শুনা হকচাং মনুংদা অসুম অসুম তাশিন-খোমজীল্লক্লুনা মাগী য়েক্লবা ওইরকই। খুদম অমদা, ১৯৪৯-৫৭ দা কালিফোরনিয়াগী পাৎ অমদা তিন-কাং খরা হাৎনবা দিদিতি অহুমলক্তং চাইরুবদা পাৎতুদা চাক্তাবা গেঁব (উপুম নৎত্রগা উথীৎ) হায়নবা ঙানু মখলদু দোরা তুম্না শিখি। থিজিল্লুবদা, পাৎতুগী ঈশিং মনুংগী ইশং-চরাংশিংদা তিনহাৎ হিদাক্কী চাং ০.০২ পিপিএম [৪]; ব্লাইখু, থরোইগুম্বদা ২ পিপিএম; ঙাশিংদা ১০০ পিপিএম অদুগা উচেক্লুগী চাবোক কয়াৎতা ১,৬০০ পিপিএম যাওবম্মী। প্রকৃতিগী তম্পাক্তা থব্লাইপানবশিংগী মরক্তা তঙাইফদবা চিঞ্জাক্কী লম্বী পরীং মশীং লাকঙমদনা লৈ। পরিংসিদা শা-উচেকশিংনা পাম্বী অদুগা পাম্বীগী পোৎথোকশিংদা হাকথেংননা নৎত্রগা নাকোয়ননা হিংই।

---

(৪) *পিপিএম :* পার্ত পাব মীলিযন

হাকথেংননা চাবা কাংবুবু প্রাইমারী কনজুমর, মথংদা সেকেন্দরী, তারসরী, মথং মথং হায়নৈ। চিঞ্জাক্কী লম্বী পরিংসিদা চংখ্রবা দিদিতিনা প্রাইমারী কনজুমরগী থাক্তা (মথক্কী খুদমদা : ব্লাইখু, থরোই) শরুক ২৫০, সেকেন্দরী থাক্তা (ঙা) শরুক ৫,০০০ অদুগা তারসরীদা (উচেক) শরুক ৮০,০০০ ফাওবা চাং হেনগৎহল্লি। অসুম্না, তিন, কৌজেং, ঙা, হঙোই চারিবা ক্লাক্কী মশাদা দিদিতি তুংনফম ওই। হুগী পোৎচাক অসিনা উচেক মপি অমা শিহনবা ঙমদ্রগসু মাগী হকচাং কয়াৎশিং, মরুওইনা চাবোক কয়াৎ মথৌ ফজনা তৌহন্দে। মরুম কোকপা হঙ্গহল্লি নৎত্রগা নাওশাবা মরুম কোকহল্লি নৎত্রগা মরুমদু মচা ওনবা ঙমহন্দে। কল কারখানাদগী থাদোরকপা সলফর অমসুং নাইট্রোজেন গ্যাসশিংনা নোংগী ঈশিংবু এসিদ ওলহল্লি। কুমগী অহানবা নোংজু ঈশিংনা মতমসিদা মরুম কোক্লিবা ক্লাকুম্বা উচেকশিং মরাইবক থিহল্লি। এসিদ নোংনা মখোয়গী মরুম মকু পাথহল্লি। মচা ওনবা ঙমহন্দে।

**ক্লাক অমসুং মীওইবা :** ক্লাক লৈবক্তবনা ঐখোয়দা মাঙজরিবসি করিনো ? অতেনবা ব্লাহংসিগী পাউখুমদি হায়ঙমদনা মশা মরোঙ-মরোঙই। শমজিল্লগা, উচেকসি লৈরক্তবনা ঐখোয়দা মাঙজরিবসি লম্বী অহুমদনি।

:

অহানবা, থায়নদগী মতিক লৈরবা নাৎকি চৎন-লোনচৎ কয়া ক্লাক্কা শাগোন্নরকই। মহাক লৈরক্তবনা অদুগুম্বা চৎনবীশিং মরায় চায়থরকপগুম তৌরে। মশেম-মরাং উরক্রে। খুদম অমদা, থায়নদগী চহী খুদিংগী **মেরা হৌ চোংবা, ক্লাকতানবা** চৎনরকই। গরিবনিৱাজ নিংথৌ হাতক্তা থৌরমসি লৈম-নিংথৌ অঙম্বশিং য়াওনা পাঙথোকই, অচৌবা কুম্মৈনি (**অরিবা মণিপুরী লোনগৈ**)। নুমিৎসি অঙম-অথৌগী ফিজেৎ তান্নবা অচৌবা কুম্মৈনি (**চৈথারোল কুম্বাবা**)। চহী খুদিংগী মেরা তরানি পানবদা চীংমী-তম্মী পুন্না নুংঙৌবীদা শন্দং অমসুং নোংগৌবী কৎপগী থৌরম অচৌবা কুম্মৈগা লোয়ননা মেরা হৌচোংই। মফম খরগী চৎনবীদা **উকায় কাপ্পা** থৌবমগা ক্লাক তানবগা পুন্না পাঙথোকনৈ (**ব্লাখুল পোমীৎ**)। মতমসিদা **ব্লাবন কাপ্পা** হায়বা অমসু ক্লাক তানবগা তোৎনখিদুনা ক্লাকতানববু **ক্লাক যাত্রা** হায়নরক্রে। ক্লাক তানবগী থৌরম অমদা মীয়াম্না কৈথেনগুম তিনখি **ক্লাক কৈথেল** – ক্লা কৈথেল; ক্লাক য়াম্না তাবা মফম অমবু **ক্লাক্তা** কৌনখি (**লমিৎলোন**)। ক্লাক তানবগী নুংগী ব্লাপুদা লৈবাক্কী মপী-মপা নিংথৌনা

মাইবা-মাইবী, অঙম-অথৌ, ফমনাইবশিংগা লোয়নরগা ক্বাক্লা পামজবা চিঞ্জাক মফম অমদা থাদোকনৈ। উচেকসিনা চিঞ্জাক খুন্নবা পাইরকপা নৎত্রগা অচাপোৎ খুল্লগা অমুক পাইখিবা মায়কৈ, অচাপোৎ খুনবগী মওং-মতৌনচিংবা অখঙ-অহৈশিংনা কুপ্না য়েংলগা কুমদুদা খোক্লবা য়াবা থৌদোক-ব্রাথোক, শা-লানগী পাউদম পি।

মীবোল কয়া পুন্সিরক্লবা মেবা হৌচোংবা, ক্বাকতানবগী তোপ-তোপ্পা শক্রোন শক্তম অসুম অসুম মরায় চায়শিল্লক্রে। নুমিৎসিদা কৎনরম্মী হায়নরিবা শন্দং, নোংগৌবীগী খোঙ্গুল মুৎখিদৌর। নোংগৌবীনা লোক্তাক অমসুং অকোয়বগী কৈবুল লমজাউ, মাইবম ফুমলাক, মোইরাংকোম, ক্যায়না চীংগোন্নচিংবা মফম খরদা তরক-তরক হিংলি। মহাক্লা লমদমসিদগী মাঙখিবগা লোয়ননা *'নোংগৌবী নোংগৌবী শারী কাম্বোং ...'* হায়নবা শৈশক; উচেকসিনা পাৎ, তুরেলদগী ঈশিং কক্লা অমতা থক্তে, মহাক্লা ঈশিং থৌরাংলগা অতিয়াদগী নোং কৌথে অদুগা ঈশিং থকই নোং কৌথবা ঙম্বী উচেকনি – নোং-কৌবী, নোংগৌবী, হায়বগী ব্রারী পরিং তৎখ্রনি। শন্দংসু অদুমঙাই, মহৌশা চীংগী মফম পূম্নমক্তা মরাং কায়নরম্বা; চীংমী অয়াম্বগী হরাও-কুম্মৈ, নিঙোল থাজ-য়োনজবদা তঙাইফদনা য়াওনরম্বা মহাক চীংনুং লৈবাক্তা ফংবা ব্রানরে। তিনকায় খুনৌদা মরাইবক থিরবা শা অসি লানবন মনুংগী বন্দিগুম হিংহন্নবা থৌরাংলি।

**ক্বাকলৈ** উথক্তা শাৎপী উরৈনি। লৈরোল ব্রারী অমদা, অদুঙৈ, ক্বাক য়াওনা উচেকশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী অহল ওইবা তান্নখি। মথোয়গী মরক্তা 'ঐনা হল্লি, ঐনা হল্লি' খৎনখি। মপাঙ্গল মথৌনা লৈবা, মশা শাইরুং কনবা লংজানা ব্রায়েনখি। মহাক্লা থিগৎলুবদা মকুনা খ্বাইদগী অহল অদুগা ক্বাক্লা খ্বাইদগী অঙাং ওইরম্রে। ক্বাকপু মরালগীদমক ব্রাকোংনবা হায়বদা মশাদগী মতু অমা থৎলগা 'লাল্লে' হায়জখি। থকশি-খাশি কায়বগী অচুম্বা ব্রায়েলবু তুংফাওবা খঙনহৌনবা ক্বাক্কী মতুদু উশা কারোংদা থেৎখি, উরৈ ওইনা লৈশাৎলকখি – **ক্বাকলৈ** কৌনখি ব্রারীনৈ।

হৌজিক্কী মীরোন্দা 'ক্বাকখোং অহানব'গী অর্থ মাঙশিল্লক্রে। 'ক্বাক্কী লানবাও শিল্লক্রে, চরোই তেতু খোংলক্রে' হায়বা শৈশক কাওনরে। 'ক্বাক

ক্লাক, কবি ক্লাকনো' ক্লাকতানবগী মশান্না, নুংগী অর্থ খঙনবক্তে। 'নুপী ক্লাক, ক্লাক্লা চবোইগা, ক্লাক খোংবগুম' হায়বনচিংবা পাওবৌ পাওতাক নিংশিংনদ্রে। 'ক্লাক য়ুমফম'গী মকওইবা খন্নবক্তবগুম তৌবে।

অনীশুবদা, ক্লাক্লা মীওইবগী এনভাইবনমেন্ত তক-তনানহনবদা লৌবিবা থৌদাংনি। মীওইবনা মতম, শেন যাম্না চংনা, অচৌবা থৌবাং পাযথৎতুনা হোৎনববসু ফংবা ব্রাবগৌদবা কান্নবা কযা উচেকশিনা ইবাই লাযনা পাঙথোক্লি। মহাক্লা ঐথোযগী মঁহে-মবেং মাঙহন-তাকহল্লিবা তিন, কৌজেং, উশিংশা, ঊচীনচিংবা ফাই। চাথোকই। নমথি-হানৈ পোকহনগদৌবা, লাযনা-তিন্না থোকহনগদৌবা যুম, কৈথেলগী হন্দোকথাক, পোৎথি-পোৎকুম কযা অমা চাথোক্তুনা মাঙহল্লি। ইপা-ইপু লাইওইখ্রবশিংগী নিংশিং উশোবশিংগী অবেম অপা হন্দোকপদা ক্লাক শংগু শংগু পাইবক্তুনা চাববদি লাইওইখ্রবা মখোযগী থব্রাইনা পেল্লবনি থাজনৈ। নাকল অমবোমদা পোৎথি-হন্দোকথাকশিং অসিনা পৎথ-পুমথবক্লগা এনভাইবনমেন্ত মোৎহনগদৌবিবা অদুদা উচেকশিনা লৌবিবা থৌদাংসি যাম্না মক ওই। কুচু মুববসু থমোযদি মীওইবগী যাইফনবা কৎথোক্লিবা মহাকনি। খা ভাবতকি 'খোন্দা' হাযনবা শাদানবা কাংবুসিনা ক্লাকপুদি খক হাৎতে। মপা-মপুগী ব্রাবীদা — লাইববা, কনা লৈজদ্রবা হনুবা-হনুবী মঁতে-মনাওগী অশিবা মচা পোৎলোইবীনিঙাই লৈতদুনা লমহাংদা কুইনা হন্দোক্তুনা থমখি। মমংদা লাই অমনা ক্লাক ওল্লগা 'অশিবা হকচাং হন্দোকপা তৌহৈদে' হাযদুনা লোযনমক চাথোকখি।

ক্লাক্কী মতেংদগী উপাল কযা হৌবি। অদুগুম্বা উপালশিংগী অশংবা ঊনানা প্রকৃতিদা শকউদবা ওক্সিজেনগী ফেক্তবী ওইবি। নুংশিৎতগী উফুল-ব্রাইফুল ফাজিল্লি। অহৌবা, অযাকপা খোঞ্জেল লাকশিল্লি। অইং-অশাগী ফিভম কাযহন্দবগা লোযননা লৈনুংদা ঈশিং তুংকোইনা তুঙহল্লি। ইকং থোকহন্দনা অকবা ঈশিং কুম কাঙদনা ফংহল্লি।

অহুমশুবদা, থব্রাইপানবশিংগী মবক্তা মতেং-ইতেং লৌনদুনা পুন্না হিংমিন্নবা হাযবসিনা প্রকৃতিগী থৌশিল-থৌবাংনি। থৌবাং অমদা শা-ঊচেকশিংগী মতেংনা পাম্বীশিংগী ধাবা-নালা শন্দোকহল্লি। কাঙখুল মুৎতনা হিংহল্লি। হযিংখোই, কুবাক, খোইমু, খোইনিংনা লৈকাদা তোংলুই। লৈহী

চুপলকই। লোযননা মশাদা, মতুদা পকলকপা লৈ অমগী লৈবিক অতোপ্পা লৈদা খিকথদুনা লৈদুগী উঁহে মক চংহল্লম্মী। ক্বাক্বা, হৈক্রেং, নোংলৈশং, ক্বাকচাবী, উঁবেবোম, উথুম, ঙাং, কাকযেলখুজিল, শ্বাইতিঋংশিংগী ধাবা মফম অমদগী অমদা শন্দোকই। পাখ্বীশিং অসিগী হোম-হোম লাওবা উঁহেগী কুযোমনুংদা মক যাওই। কুযোমসি যাওবিবমখৈ মক অমতা লৈপাক্তা মতোন চোংবা হৌবা ঙমদে। মখোযদো ক্বাক্বা পামজবা উঁহে ঙাক্তুনি। মাগী চাকখাও মনুংগী অশিন-অযাক মহীনা কুযোমসি তুমহল্লগা মকনা অমাঙবদা যাওবকই। অসিগুম্বা মকতনা পাখ্বী ওইনা হৌহল্লি। চেকপল, ফুবা-দলান মথক্তা খোংনাং পাখ্বী হৌবকপবু মালি কনানা থাকবগে ? মতম অমদা ক্বাক মবাং কাযবিঙে পখ্বীশিং অসিসু মবাং কাযবম্মী অদুবু ক্বাক লৈবক্তবগা ইবোইননা পাখ্বীশিং অসিসু হৌজিল্লক্রে। অযাম্বা কাংখুল মুৎলক্কদৌবে। লোযননা থাযনগী চৎনা-লোনচৎ কযাসু মশেম-মবাংলক্রে। মহৌশা মীশী-মীনাদা খুদক্তা ইঙ্খোলদগী হৈক্রেং যাল্লগা পোৎলোইনবম্বগী চৎনবী মাঙখ্রে। ইমাশিংনা উঁবেবোম শংবা ফীগী চন্নফমদি ঙাক্লি। অদুবু মচুদু পিবম্বা পাখ্বীদি? পাখ্বীসি কবিনো হাযবফাও মশক খঙনবক্তে। মিউজিযমগী মচাক ওইবক্কদৌবে। খুদম খবতনি, উচেকশিনা মাঙখিবদা নাৎকি চৎনবী কযামসু তুংইন্নখ্রনি।

**কোকিল কনানো ঃ** ক্বাক্বা পাখ্বীগী চাদা-নাওদা শন্দোকপদা মতেং পাংবতা নৎতনা মমান্নবা উচেক্কী মমাসু ওই। ব্রাবীশি মখা তাবক্লিঙে, কোকিল কনানো ? ক্বাক্কা মাগা কবি থোকনৈ ? কোকিলদি তিন, কৌজেং চাবা উচেক ওইববসু ক্বাককুম্না অপুম-অশা হৈনবা, ফৎত-হৌদি শেংদোকপা উচেক নৎতে। মখোযনিগী মবক্তা মান্নবিবা হাযববু, কোকিল লাবগী কুচুসু ক্বাককুম্মী (অমোমদি অব্রাওবা চেক মচুদা ঙৌকনবনা মফুৎ-মফুৎ লাংই)। ক্বাক্বা মীওইবগী থমোয খোযশাওনহনবী ওইবগা কোকিলনা থমোয ইংহনবীনি। কোকিলগী খোঞ্জেলদি এক্স-বেগুম মচিন থৌই। শকউদবা মাগী মশেক-মঙালনা উন্সা ফাওনা চংখিবগুম কোকিলগী খোঞ্জেলসু ফাওজিনখি অদুগা থমোয লাইযুমদা যৈকই। অনীসিগী খেন্নবা অমা হাযবগদি, এক্স-বেনা হকচাং মনুংগী কযাৎ-তোংশাশিংগী মমী ফোতো ফিলমদা তাহল্লি। অদুগা কোকিলগী খোঞ্জেলনা অপাম-নুংশিগী মমী থমোয লাইযুমদা তাহল্লি। ক্বাক্বা এনভাইবনমেন্তকী পাও পুবী ওইবগা কোকিলনা থমোয ইবাং পোকহনবী

উচেকনি। তুংওহোক্লরিবা ঈচেলগী পাঙ্খককুম্বা উচেক অনীসিগী মরক্তা ক্বাক্লা কোকিলগী মরুম-মচা য়োক্লবা থৌরাংলমলিবা মহৌশাগী খুৎশেমনি । ওইথোক্তনা ওইথোকপা হায়বসিমক প্রকৃতিদা অনৌবা নৎতে হায়বসি ক্বাক-কোকিলগী.লোনচৎনা পাউখোংনি।

খৌজেং নানবা উচেকশিংবু কুকো (কোকিল) হায়নৈ। পিথাদোই, তিংগোংকাংগোং, উফকচাবী, নোংগৌবী পুম্নমক কোকিলগী নকনবা মরি-মতা ঙাক্তনি। লমদমসিদা কুকো মখল য়াম্না লৈরগসু অশেংবা কোকিলদি (হিন্দিদা – কোয়ল, বঙ্গালিদা – কোকিলা; আসামীদা – কোকিল সোরাই, কুলি) থায়নদগী লৈরক্তে। মহাক্তি অশাবা খোঞ্জেল নৌবীনি। চাবোকথাদা মহাক্লা ভারতকী মফম কয়া শিনথুংনা মরুম কোকফম, মচাগী য়োকচবী থিরকই । আসামগী উমংফাও হেক হেক য়ৌরকই । মণিপুরদদি খক লানশিনলক্তে । করিগুম্বা লানশিনলক্লবসু মহাক মপাঙ কায়নখিবদগী কঙাওনরবা অমা নৎত্রগা লম্বী লমুকনরবা কনানা মতম খরগী শাইদাংলবনি। লমদমসিদা কোকিলগী অইংবা খোঙ্গোক্লা কৈদৌনরুনি ? কোকিলনা ঐখোয়গী ইরক্তা লেংদনা লৈবা উচেক নৎত্রগসু লমদমসিগী কবি অশৈবশিংনা মাবু থায়নদগী শৈশক শৈথানরকই। অদুঙৈ, কবি কমলনা কাঞ্চি উমংদা খোংহনখিবা কোকিলদু মশা লৈত্রবসু মশক থোকই। বসন্তগী হৈনৌ মপাল শাৎপা মতমসি মহাক য়াম্না হরাওজৈ। চবুল চবুল শাৎলিবা হৈনৌ মপাল মরক্তা তোংবা অপীকপা তিনশিং খোয়দাজবা মহাকনি। মতমসিদা লাবনা অরাপ্পা অনকপদা লৈবা অমোমশিং লৈফম খঙনবা খোংই। মসিবু কবিশিংনা হৈনৌ মপাল খৌবোম থন্না উম্রগা মঙাশুবা, তরেৎশুবা খোঙ্গাংদা খোংবনি শৈথানৈ।

**কোকিল শৈথা :** ক্বাক্লা অরিবা চৎনরোলশিংগা শাগোন্নরকপগুম কোকিলনা সাহিত্যগা লোয়নরকই। থায়নদগী ভাবতকী মমিং লৈরবা ৱাবী লাইরিকশিংদা কোকিলগী মফম চাওনা কল্লি।

রামায়নগী মতাঙ অমদা : *নোংঙাল্লে,*
*অহিংগী লাইরেম্বীনা তুমিন্না নাথেম্লে,*
*উচেকশিংগী ইশৈদা, কোকিলগী সুবদা।*

কোকিলবু অপামনুংশিগী অথোইবা লাই কামদেবগী পাউপুবা উচেকনি শিংথানৈ। কালিদাসনা ঋতু সাংহারদা ঃ পোমশাৎনরিবা হৈনৌ মপালবু কামদেবগী তেনজৈ, অঙাংবা লৈবুনা লিরুং ওইরগা থোইমু পরেংনা লিরী ওইবি। মালাচলদগী হুম্রকপা নুংশিৎনা মাগী মচুম তারবা শামু, থাজনা মাগী লুহুপ ওইরগা কোকিলগী শৈহেক্লা মাগী শুমহৎয়াই ওইনা শৈথাই।

*অনৌবা যোনংলক্তা*
*য়েংলক্লে অনৌবা লৈগী চরোং*
*লোযননা,*
*নিল্লক্লে খোম্বাং কোকিলগী।*

*— কালিদাস ঃ রঘুবংশ*

মুসলিম কবি জমালনা নুংশি ইথৌ লাংবনা কঙাওনরবী নুপী অমগী মতৌ থাবদা ঃ কোকিলগী খোঞ্জেল, থাবলগী ঈপোম, নামীবা নুংশিৎ, কামদেবগী শুমহৎয়াইনা মহাকপু ঙহাক লৈতনা ওৎপিরে। মাবু ওৎলিবা মখোয়বু করিগী দন্দি পীরোইদগে ? মনা মতমচংনা লৈমায়দা ক্বাক, রাহু, লাইরেল অদুগা শিবগী শক্তম য়েকচরে। করিগীদমক ? ক্বাক্লা কোকিলবু তুমিন লৈহনখিনি, রাহুনা থাবু য়োৎশিনখিনি, লাইরেলনা নামীবা নুংশিৎ থকচিনখিনি, অদুগা মহাদেবনা কামদেব তাম্থোকখিনি। মোমোন নোকচৈ নুপীদু। অদুবু মীৎকুপতা থবাই য়াওনা য়েকচবা লাইশিংদু ময়ী অমতা পকহৌদনা অমুক মুৎথৎলে, মাগী মপুরোইবা থুনা হল্লক্লনি; থমোয় ইরাং হৌহল্লিবা মখোয় য়াওদনা মপুরোইবগা মায়োক-মীৎচানরুবগী অর্থ লৈখিদ্রা ?

অপুঙবা উনারক্তা শকলোৎলগা নুংশিবা ঈশৈতবু তাহল্লিবা কোকিলবু শিংথারদুনা অথোইবা কবি ব্রোর্দব্রার্দনা ঃ মহাক উচেক নৎতে, শকউদবা অমগী শুমহৎয়াই পুবা নুংশিবা খোঞ্জেলনি হায়নসু শৈথারম্মী।

*লৈনম্লা হাববা নামীবা নুংশিৎনা হুমলি কাইদা-কাইদা*
*অবংব পোহাম্লা লৈশাৎপা পাম্বীবক্তগী*
*তেনব্রা শঙ্গুগী লৈকোন্দা*
*খোইমুনা পাইরি লৈহী থিনা,*
*কোকিলনা যাকাইরি অঙনবা অয়ুকপু।*

*— দোগলস ঃ বার্দ কেলেন্দর ফোর নোর্দন ইন্দিয়া।*

বসন্ত (কালেন) লোইখিদুনা কোকিলনা তুমিন লৈখিবা মতৌদা ঃ

*অতিযাদা লৈচীলগী নোংহৌ উবকপদা*
*লোংখবে কোকিল তুমিন্না*
*মতমসি হঙোইগী কুমদমনি*
*কনানা তাবীকনি কোকিলগী ঈশৈবু ?*
*– বাহীম অমসুং তুলসিদাস*

**ক্বাক্কী মচা-কোকিল ঃ** প্রকৃতিগী শিঙ্গা অমদা কোকিলনা মশাগী মকম কোনবা, মচা যোকপা হৈতে। ক্বাকপু যোকচবী মমা ওইহল্লি। মকুম-মথা ওইবক্তুনা ঈযেক-নাওযেক ফাওবক্লবী কোকিলনা ক্বাক মকোন খিবকই। উচেক অনীসিগী মকম মচু, মওং-মতৌসু ইমান মান্নে। ফিভমসিদা ক্বাক্কী মকম অমা অনী চাথোক্লগা কোকিলনা মশাগী মকম কোকশিল্লি। মতৌসিনা কোকিলবু খৌজেংতমক নানবী থম্মোয হু ফুম্বী ওইনা উহল্লি। ক্বাক্লা মশাগী মকমনি খঙলমলোইদ্রা, অদুমক কোল্লি। নৌনা তাইবং ফাওবক্লিবা মচাশিংবু মানা হেক পোকচবগুম যোক-থাকই। অবিবা পুবান **মার্কণ্ডেয়নি সমহীতা**দা কোকিলবু অতিয়াদা থাগী খোঙচৎ চুপলি পাযবিবী মতিক লৈবী লাইবেম্বী অমগা চাংদমনৈ। থাজনা মশাগী অঙৌবা মাযথোংতমক উৎথোক্লগা তঙ্খায অমদি শুংউ উহন্দনা লোৎশিনবগুম কোকিলনা নুংশিবা ঈশৈতমক তাহল্লগা অতোপ্পগী মকম মচা মাঙহনবা হিংচাবীগী লমচৎতুবুদি লোৎশিল্লি। কোকিলগী লুজদবা লমচৎ শিংথাবদুনা মহাভাবতকি মতাং অমদা – 'মচিন-মনাওগী লোইনবীদা মীৎতাকবা কনানা মথং মপোক্তা কোকিল ওইগনি, মমাংমক্তুদা মাগী লোইনবীবু অতোপ্পনা মীৎযেং কাবললকপদা কবিমতা হায়জবা ঙমলোই' হাযনা পল্লি।

ক্বাক-কোকিলগী মান্নবা মশক-মতৌ, লৈনবিবা মবিনা মখোয অনী যাম্না নকশিন্নবা ইমুং-মনুংগুম উহল্লি। অদুঙৈ, মীওইবগী থৱাই মচিন-মনাও অনীনা ওনখিবা উচেকনি হাযবা ৱাবী থাজহল্লি। 'মমাংঙৈদা শামলো কৌবা নুপা অমগী তালোই উপেমনুবু লাফোঙ লৌওনবা কৌবা লাই ফৎতবা অমনা তুমিন্না পান্নদুনা মচানুপা অনী পোকখি। মতৌসি খংলক্লবা শামলোনা লাই

নিংদুনা অঙাং অনীদু উচেক ওলহনখি – অহলনা কোকিল অদুগা মনাওনা ক্বাক ।' ক্বাক্বা কোকিলগী মকুম কোল্লিবসি মযাম্বগী থৌদাবা ?(৫) মহাকবি কলিদাসনা কোকিলবু ক্বাক্কী মনে (মন্দোল) ওইনা চাংদম্নৈ।

১৯৮৮ দা মাইসুবদগী মকপ অমনা পাওদমলকখি । মানা থেংনবকখিবা ৱাবীনি হায – *ক্বাক অমনা মকুম কোল্লিগৈদা মকোন শুংথা থাদোক্তে। নোংমা ক্বাকুম মুবা উচেক অমা মাযোক্লবা উশা অমদা তোংলবে। বাইনোকুলবদা উচেক্কুগী মশক ফজনা খঙলে। কোকিলনি। মাবু উকবদা মকুম কোল্লিবা ক্বাক্কু মকোন থাদোক্লগা পাইশিনখি। হাংলুবগে মতাগুম। কোকিলদু হান্না তযাবী তৌদুনা লৈবা ওইবমালে। খুৎলৈ থুনা পাইখি। মতুংদা ক্বাক্বা তান্নখি। মতমসিদা কোকিল অমোম অমা ক্বাক মকোন্দা পাইশিনখি। কদাযদা লোৎতুনা লৈবম্বনো ? ক্বাক মকোন্দা মিনিত অনীমক কুন্দুনা পাকথবগা লৈ। মকুম কোকলিমালে। খুৎলৈ থুনা অমুক পাইথোকখি। পাইখিবদা মচিন্দা যেকম অমা চেনখি। ক্বাক্কী মকুম ওইবমগদ্রা ? মিনিত মঙামুক লৈবগা ক্বাক মপীদু হল্লকই। মকোন্দা লৈবম্বা মকমশিংদু নিংঙাইদনা কোনখি।'*

মহৌশাগী ফিভমদা থাইনদগী লমদমসিদা খোন্নৌবী কোকিল লৈবক্তে। চুডাচান্দ মহাবাজনা মীঁবৈবাক্তগী কোকিল জুবা খবা পুশিল্লক্তুনা যোকখি। লমদমসিদা তুংকোইনা লৈহৌনবা থৌবাং তৌখি। অদুবু মায পাকখিদে। কনানা হায – কোকিল লৈতবা লমদমসিদা কোকিল খোংলবদি অফবা পাও নৎতে। ১৯৯৩ দা তম্পাক্কী মফম অযাম্বদা কোকিল খোংবা তানখি। মতম কুইনদগী চান্ন-চীন্ননা লৈমিন্নবিবা মৈতৈ-পাঙলশিংগী মবক্তা উংখৎনখি। ফাইবেল লৈচীলগুম। থৌদোক্তুনা মতা চাকবা ওইবগসু লমদমসিগী উমং-ৱামংগী শক্তম অঙকপা ফংনা হোংলে। ঈশিং-নুংশিৎ-নুংশাগী ফিভম কাযবক্লে হাযবদি অশেংবনি। নোং খজিক্তং মংবদা চুবনা হাল্লে। ফুদিৎ ফুনা চুবনি থাজনবা নোংহৌ কযানা মবিক অমতা চুবমদনা মাঙখি। কুমগী অখাক-অবাও হৌবকপদা নম্বো হান্না যোম্নবে। ঈচাওগী মিপাইবা কোক্ত্রিগৈদা ঈকংগী অৱাবা মাযোক্লবে। খুনাইসিগী চৎন-লোনচৎ কযাগা শাগোন্নবক্লবা পাম্বী,

(৫) অইবগী **সনামানবীগী মীৎয়েং** লাইবিক্তো 'তুম্বা যাদবা অহং অমা'।

শা-উচেক মশিং লাকঙমদনা মাঙখ্রে। মীওইবগী যেক্লবা তিন, কৌজেং, ঊচিশিংনা মনিং মথা তম্রক্লে। মীওইবগী চাওখৎ থৌবাংশিংগা মহৌশা শক্তমগা খুৎশিন্নখ্রে। সভ্যতাগী অবং অবাক মবক্তা কোকিলগী খোম্বাং যৈবকপা অদুগা মতম অমগী নাকোং শিংজা যৈবম্বা ক্লাক্কী খোঞ্জেলনা অসুম অসুম মশেম মবাংলকপগুম তৌবে। ❑

# মণিপুর লিলী

অদুগৈ, কিংদোন ৱার্ডনা শক্তাক্লম্বা মণিপুব লিলীবু শিবোই চীংজাওদা শাৎপীনি, মণিপুবগী ৱাংমদা খক ফংদে হাযবগীদমক শিবোই লিলী হাযনা খঙনৈ। বিগ্যানগী লোলদা লৈসিবু ***লিলীয়ম মেক্লিনি*** কৌনৈ। পোক্লফম লমদমগী খুঞ্জাশিংনা 'শিবোই তিঙাবাউ' হাযনা নুংশিনা কৌনবিবা লৈসি থবো, থম্বাল, থবিকথাশিংগী মচিন-মনাওনি। অদুবু মণিপুব লিলীদি শিবোই চীংথক্তা হৌবীনি, কংফালদা শাৎপীনি। শিবোই চীংগী লৈকংথবোনি। শিবোইগী লৈচীল পক্লবা চীংমায চীংদোন্না মাগী অমতা ঙাযববা মযুমনি। ৱাশক চেৎপীনি শিবোই লিলী। লৈসিগী লাঙওন ৱাবী অমদা অদুগৈ, মীওইবা মপোক্তা শিবোইগী মচানুপী শকহেনবীনা কাশোঙ পাঙ্গলবগা লৌনসি লৈনসি ৱাশকনখি। কাশোঙনা শাফা-লানফা চৎথিঙৈ, মহাক্লা শিবোই চীংদোন্দা মবুংঙো হল্লকপা ঙাইখি। পাঙ্গলবদো ঙসি ফাওবা হল্লক্লি অদুগা মহাক্লা লৈকং থবো ওইনা শাইওন্দুনা মবুংঙো ঙাইবি। কযাম কুইনা ঙাইখিদৌবি ? মীওইবগী খুজিল থৌবাং কযানা শিবোইগী অচিকপা, অবোল-অথুপশিং অসুম অসুম খুদুম চনশিল্লক্লবদা লিলীনা ৱাশক ঙাকপা ঙমখিগদৌবিবা ?

শিবোই লিলীবু মালেমদা অহানবা শক্তাকখিবা কিংদোন বার্ডনা লৈসি থেংনকবগী অবা-নুংঙাই ৱাবী পাওদমলি [১]ঃ

---

(১) এফ কিংদোন ৱার্ডকী **'প্লান্ট হন্টব ইন মণিপুব'** লাইবিক্কী ১২শুবা পন্দুপ। মতাং মতাংগী মতুংইন্না মণিপুব লিলীবু শিবোই লিলী নৎত্রগা মণিপুবগী লৈকংথবো নৎত্রগা শিবোই চীংগী লৈকংথবো হাযনা শিজিন্নজবি।

নুমিৎযুংবা অদুরাইফাওবা নোং লেপতনা চুবি । কাকফেসু মহানি । নোং লেপখিদুনা নুমিৎ রাউবি রাউবি উবকপগা লোযননা মচু মচুগী চাওবাং লাংবা হযিং মযাম পাইথোক্লবকই । মখোযনা চিকথ্রবদি মফমদুদা ঈশিং হানবগুম চাওনা চাওনা পোমখৎলি । হযিংসিনা খুজেংদা, কমলাক্তা তান্না তান্না চীককল্লি । হুমহালোঙ হাযনবা মফমদদি অসিগুম্বা হযিংসি মীযাম্না যাম্না কিনৈ । মখোয পাইবা উবগা খোইদৌ শাওগৎনৈ । মবম অমা নৎত্রগা অমদগী ঐখোয ঙহাক্তা লৈতাবা ফংহল্লমদে । ফুক ফুক হৌগৎতুনা কাতু কাবল চৎহল্লি ।

শিবোই চীংশাংগী লোইপানলোম থংবা চীংমাযদা উচান খব খবতমক হৌবম্মী । ঐখোযনা পুশিঙ হাযবা মফমদু থাদোক্লম্বা অদুগা অমুক হল্লকপা ফাওবদসু ফিভমসি ইকায কাযবমদে । মখোয অদুমক তবল তবল উই । মফমসিদা নোং মবাংকাযনা চুবনা ফিভমসি ওইবম্বা যাই । মহৌশাদগী খাশীগী উচালদি নোং যাম্না চুবা মফমদা হৈনদে । মসিমক্তনা পাম্বীসি তম্পাক্তা নিংথি নুঙাইনা হৌবা ঙমলমদবা ওইবমগনি । মাওলেন্দ চীংগী অরাংবা মফমদা নূং, চেনবাক মবাং কাযবা চীংমায, চীংচেপ্তা পাম্বীসিগী চানবা হৌফমনি । অদুবু মফমসিদসু উচান ইহৌ হৌদে । মখোযগী মহুৎতা কোনা অমসুং থাংতুপ পাম্বীশিং মবাং কাযবি । মাওলেন্দা নোংজুগী চাং ইঞ্চি ২০০ দগী তাবমলোই ।

হুমহালোঙদা ঐখোযনা লৈবিবা খাঙপোক্ত নোং যুই । অদুবু হযিং অবাংবী কিবদগী ঙস্তানা ইমুং চংলগা লৈ । হৌজ থেঙ্খোং কযাদা অহিং নোংযাইদা যুবকপা নোংলিনা ঐখোযবু হেক হেক মিৎকপ থোকহল্লি । ফুক ফুক হৌগৎহল্লি । খোঙদগী চেনশিল্লকপা ঈশিংনা ইমুংগী মচি মচিদা তুঙশিন্দুনা কোঙ্গুত কোঙ্গুত তুঙই । ঐনা ফমুংদগী কুমথবকপা খুদিংদা খুজেংমুক লুবা ঈশিংদা হেক হেক কুমলুই । তশেংনা ঐখোযগী ফমুং অমসুং চৌক্রি মখাদু সমুদ্রগী দিপ দিপ লৈবগুম উগনি । অদুবু লাইবক ফবদগী মফমদুদা ঐখোয লৈবাক্তদি অমুক্তা তুমলক্তে ।

হুমহালোঙদগী ঐখোয অমুক উখ্রুল যৌবে । লৈক লৈকবা মফমদা ঐখোয অদুমক নুংঙাই । মফম মফমদুগী নিংথিবা কযানা

*ঐখোয়বু থমোয় মথুম-মরাং হৌহল্লি। শেম্বাং মমৈগুম কাচপ পানবা কুরাকশিংনা নোংলিক মরক্তা চিৎ-চা লিৎতুনা ঐখোয়বু লকনবগুম কোইপাই পাইরম্মী। অমুক্তা শকউদ্রিবা পাম্বীশিংদা ফজ ফজবা লৈশিং ফুগাইনা শাৎলম্মী। অনৌ অনৌবা উচেকশিংসু মরাং কায়রম্মী। ত্রৎ-ত্রৎ চিংশিনবমখৈ ইংলিবা অরুবা লোকচপ মপান মপান্দা* ***বেগোনিয়া***[২] *পাম্বীশিং মরাং কায়না হৌরম্মী। পাম্বীশিংসিগী অঙকপা মতিক মগুন অমদি, আসামদা মখোয়গী মখল নিফু-য়াইথ্রেমুক ফংবগী মরক্তা মনাশিংগী মওং মতৌদা খর খর খেন্নরবসু লৈশিংদি ঙৌরুননা ইমান মান্নে। অদুমওইনমক লৈশিংগী সিয়োম অদুগা অমুনবা উঁহৈগী মওং-মতৌদি অমুক খেন্নে।*

*নুমিৎ খুদিংগী ঐখোয়না চীংগী মফমশিংদা থেককোই থেককোই কোয়রিঙৈ; লোকচপ খোঙলম লাম্থোক্লবা চীংমায়দা চপ-ঙম্না কুমথরিঙৈ; চীংদোন, চীংদুম শত্রগা মাঙগী অঙম্বা চীংদা অমুক কারিঙৈ; ঐখোয়না চৎলিবা খোঙলম্বীদা অমুক্তা শকউদ্রিবা লিন, চুম, হঙোই, শাবৌ, উরেম্বীনচিংবা জীব মখল মখা থেংনরকই। চীংখোঙদা ফৌগী লবুকশিংদা ফিথোংদবা মীশিংনা থবক কন্না শুরম্মী। লৌরী-পন্দোন শারম্মী। অদুগা লৈপাক লৈখোম লৈনাং হৌহন্দুনা লৌলিংনবা থৌরাং তৌরম্মী। চীংমায়, চীংনাপোমশিংদা মোৎতাই শুদাইনবা মান্না ঙৌবা* ***তৌরনিকোরতিয়া***[৩] *কৌবা পাম্বীশিংগী অপীকপা লৈশিংনা কৃক কৃক ইন্ননা শাৎলম্মী। লোয়ননা খোই-খোইনবা* ***ক্রোজির***[৪] *লৈশিংসু সমুদ্রগী* ***সি-পেন*** *হায়নবা অদুগুম্না মকা ফল্লম্মী। মফমসিগী নারক মোঙশোংলক্তা অচৌ-অশং ইমুংগী শকহেনবী কনাগুম্বীগুম মপা লৈতনা তরু-তরু চঙখোনবা লৈশিং শাৎলি হায়বসি থাজবা ব্লাৎকনি। মখোয়শিংসি ঐদি* ***কোরগেৎ-মী-নোট***[৫]*,* ***এনটৌশা***[৬]*,* ***ভাইপরস বগলোস***[৭] *অমসুং* ***লিখো-পরমস***[৮] *গুম্বা লৈশিংগা চাংদমননিংই। শিবোইদগীনি হাযববদি ঐখোযগী অপীকপা* ***ওনোসমা***[৯] *ফাওবা মপা লৈতনা ফজবা পাম্বীনি।*

---

(২) লৈহাউ মখল অমা।

(৩-৯) ফেমীলি বোবাজিনাসিগী মনুংচনবা মোংশোঙ নৎত্রগা অদুক হাক্লা চাওদবা অদুগা লৈদি ফজনা শাৎপা পাম্বীশিং।

*পুশিঙদগী হাইথবকপা চীংমাযগী উচান মবক-মবক্তা **এননেসলিয়া ক্লাগন**[১০] কৌবা পাম্বীগী লৈশিংনা খুবক হাংদনা শাৎলম্মী। মাগী অঙাংবা মহৈশিংদু হৌজিক মপুঙ ফানা মুল্লে। কুমগী নোং অদুক হাক্লা কল্লক্লিঙৈদা ঐখোযনা মাগী লৈপাক্তা কেল্লকপা মকশিং খুলহৌনবা মতম খবা লৈথবম্মী। মথংগী অযুক যাহৌবকপদা নোং পুমমম মমলম্মী অমসুং নুমিৎতুমা নোং শুংলেপ লেপলমদে। অনীবকশুবা ওইনা শিবোই চীংশাং যৌবকপদা মফমদুগী ফজববা দৃশ্যনা ঐখোযবু হোইদুনা পুবম্মী। মণিপুরগী ফজববা লৈকংথবোসি উবা ফংলনি হাযবগী লাংতক্লবা ব্লাখলদা ঐখোযনা লম্বীফাও খিকদনা নাপীনা কুপলিবা চীংমাযদা হুৎ হুৎতুনা কাকুবনি। অদুবু লৈশিংদুগী মহুৎতা নোংজু ঈশিংনা হল্লম্বা অক অকবা ঈবম-খোংলম, লমহুই মখুল কযা থেংনকবদা নিংবা কাযখি। লম্বীদা, লান মনুংদা পোকখাযহৌদ্রবা বোম অমসু নিঙাইদনা তুম্রম্মী। মফমসিদা লৈকংথবো অমতা শাৎলমদবদা থোইদোক্লা নিংবা কাযখি। ইঙক ঙকখি। মবমদি মফমসি সমুদ্র ঈমাযদগী ফুত ১০০০ গী মথক্তা ব্লাংই শিবোই খুল যৌগদৌবসু মাইল অহুমলোমদা ঙাইবে। অদুগা মফমদু যৌবা ফাওবদা মীনম তাদ্রিবা জঙ্গল নৎতনা কবিমতা লৈতে। ফিভমশিংদু শিবোই লিলীনা খোযদাজবা মফমগা যাম্না মান্নদবা নৎতে হাযবসি মদুদা নেমনা লৈশাৎপা **আইরিস**[১১] , **ওনোসমা**[১২] অমসুং লবুক লমহাংদা হৌগনবা নাপীশিং মবাং কাযবম্বা অদুনা তাকই। শিবোই চীংগী লৈকংথবোনা শিবোইদা ফুত ১০০০ কী মখাদা লৈশাৎলবসু মহাক তশেংনা অব্রাংবা মফম পামজবনি।*

*জঙ্গলগী অবোইবা ফিবানদা নাপীশিং পাবানবকপগা লোযননা মনা পুঙলবা উথম্বাল পাম্বীশিং উবকই। মতমসি মখোয অযাম্বগী লৈ পোত্রি অদুবু পাম্বী অমগীদি কপ মওং মানবা লৈশিং মপুঙফানা ফজনা শাৎকাযবম্মী। পাম্বীদু চপঙম্বা চীংচেপ্তা হৌবগা মশানা লৈপাক শোকনিং-শোকনিং হাইথহৌই। ফিভমসিদা ঐনা পাম্বীদুগী মনাক নকশিন্না চংলুবা ঙমলদ্রবদি লৈশিংদু খুৎনা ইবাই লাইনা ফংদুনা হেকনিংবা হেকপা যাবমগনি। ঐনা অব্রাংবা নাপী অমসুং মোঙশোং*

(১০) ফেমীলি **থিয়াসি** মখলনি। পাম্বী যাইমবপ চাওবগা চহীচুপ্পা মনা ইশং শংই। ঙাংলৈনবা লৈহাউ মচুগী উসি থোং, থোংনা ৭. লৈতেংগী পোৎ শাবদা ফজে।

(১১ ১২) কোম্বীবে মখল।

*হাইদোক-হাইদোক্তুনা চংলগা লৈ খরদি য়াম্না রানা হেকলকখি। মংগ্রামচুগী গুলাপকুম ফজবা লৈশিংদু* ***মেগনোলিয়া কেম্পবেলি*** *হায়নবা উথম্বাল অচৌবা মখলদুগী লৈগুম চাওই। মপুঙ ফানা শাৎকায়বা লৈ খরদি ইঞ্চি নিপাললোম পাকপা য়াওই। লৈ খুদিংমক লৈনা মাপল-মাপল শুই। লৈনা অহুম-অহুমগী লৈয়োম অহুম অহুমনি। খ্বাইদগী মপাল থংবা লৈনা অহুমগী লৈয়োমনা অশংবা নৎত্রগা হায়ফেৎ মঙ্গ্রামচুদা কোনা চংই, সেপালগুম্মী*(১৩)*। ময়ায়গী অহুম্না ঙাংলৈনবা গুলাপ লৈগুম্মী, অদুগা মনুংগী অহুম্না শংগোম মপাল মচুদা হায়ফেৎ ঙাংলৈনবগুম তৌই। ময়ায় অমসুং মনুংগী লৈনা তকক্না পেতালগুম্মী*(১৪)*। খবা অরাপ্পদগী উরকপদা লৈ অমগী মশাপুম্বা মঙ্গ্রামচুনি হায়নিংনি। ঐনা মমুৎতানা য়েংলকপা পাম্বী অহুমগী মনুংদা অমদি ফুত ১০০ বোম ৱাংলমনি। মহাক্কী পোমলিবা লৈ ময়ামগী মরক্তা কয়া অমদি মপুঙফানা শাৎকায়হৌরে। শক্তমদো খ্বাইদগী ফজবা দৃশ্য অমা নৎত্রগসু য়েংবদা পুক্রিং হুনা ফজহৌই।*

*উথম্বালশিংগী মবক্তা* ***মেগনোলিয়া ইনসিগনিস*** *হাযবসিগী লৈনা খ্বাইদগী চুঙ-ফিরাল চানা ফজে। লৈকোন শেমদুনা হৌহল্লবদি অমুক্ক হেন্না ফজনি। মাবু য়েংনিংবনা ঙাওরবা, লমলক্তা শাৎপা উবা ফংঙমলরোইদৌবা মীওই লিশিং লিশিংনা যাম্না হরাও-নুংঙাইজনি। মরমদি অসিগুম্বা অতাঙবা দৃশ্য অমা উবসি জিবাফ কৌবা শানা লমহাংদা চেনবা উবগুম পেননগনি। মথংগী অয়ুক, লৈ খরা য়াম্না শাৎপা মতমদা অমুক লাক্কে, চীংজাউ কারগে, ফোতো নমলগে হাযনা চপয়ুংনা নিংখি। অদুবু নুমিৎতুদসু লৈ খবতমক শাৎলম্মী। নোংসু ফুদিৎ ফুনা চুরম্মী।*

*শিরোইগী অখুবা চীংলম্বী মতুং ইন্না ঐখোয উখুলদা অমুক হল্লম্মী। খাঙপোক্তগী মাইল অমরোম চৎলগা ঐখোয়না হান্না খঙলবা হৈজুগা পাম্বী অমনা মমুল ফানা, ঙাকশং ঙাংনা মহৈ চবোং-চবোং*

---

(১৩) *সেপাল ঃ* লৈ অমগী মপাল ইথং থংবা লৈনাগী কুযোম। মহৌশানা মচু শাংই। মনুংগী অনৌবা লৈনাশিং ঙাক শেল্লি।

(১৪) *পেতাল ঃ* সেপালগী মনুংদা পানবা লৈনাশিং। মখোযগী মচু, লৈনম্না অউবশিং শুমহৎলি।

পাল্লমগদৌবদু যেংনিংদুনা লেপলুই। অদুবু পাম্বীদু লৈমাযদগী ফুত ১০ নৎত্রগা ১২ মুক ৱাংনা যানথৎলম্বা মশা-মবেংনা শীং ওইনবা মতেক-মতেক ককথৎতুনা পৈশিল্লম্বা উকবদা পুক্রিং থুক লাওখি। ঐখোযগী অসিগুম্বা অফগ্না মখলগী পাম্বীশিং নিংখিনা ঙাকপী শেনবীদবা হাযবসি খ্বাইদগী ফৎতবা অমনি। পাম্বীগী মবমদা ঙাওজবা অমনা মানা পামজনা খল্লিবা পাম্বীদুগী চাদা নাওদা তুংকোইনা লৈহৌনবগীদমক প্রকৃতিগী শিষ্বাদা মথৌ মঙম পাঙখোক্লিবা উচেক, খৈবোই, খোইদোক-হেন্দোক্লা তিন-কুবাকশিংগুম্না চপ মান্ননা ৱাজৈ। ফিভমসিদা মানা খোযদাজবা উ অমগী উঁহৈ (মক) মপুঙ ফানা যান্দ্রিঙৈদা মীওইবনা মাঙহন-তাকহনবীনবা তৌবা হাযবসি থমোয কাযনিঙাইনি। অদুগা, ঐখোযনা পামদবা উ অমা মাঙহনখিবা ওইবদ্রবদি, পাম্বী মখল অদুনা অতৈ মফমদা হৌহৌবগসু ঐখোয অদুক হাক্লা নুংঙাইতবা তৌবমলোই।

ঐখোযনা ইম্ফাল তাবা লম্বী যৌবকপদা মফমদুগী কনা অমতনা খৌওই ৱাওইবীদ্রবা, লাযেংনবীদ্রবা লাযেংশং অমা পান্নবিবা ডা মুখর্জীনা মাগী খাঙপোক্তগী হবাও হবাও চেঙ্গোবকই। ঐখোযবু তবাম তবাম্না ওকলম্মী। ঐখোয অনী ঙহাক ৱাবী শানদুনা অমনা অমগী অৱা-নুংঙাই পাওদমনবকই। ঐখোযনা যুমদা হনখিঙৈ উখুলদা নোং লেপ্তনা চুখি। মানা খঙবদা নিংথম মমৈগী খ্বাইদগী অকনবা নোংজুনি হায। ঐখোযনা মঙোন্দা যাম্না নুংঙাইতবা মফমনি হাযনা মাংজৌননা হাযখ্রবফাও মহাক নুমিৎ খবা চামমুদা লৈকইসু হাযবকই। মদুদগী ঐনা মতমচুপ্পা নিংশিংদুনা লৈবিবা, মহৌশা ঐখোযনা শিবোইদগী পুবক্রগা মাগী খাংপোক্কী শুমাংদা থাখিবা পাম্বীশিংদু লৈশাৎত্রিৱা হাযনা খোইবাংনা হংলম্মী।

— হোই, মতম খবগী মমাংদা পাম্বী খবদি লৈ শাংখ্রে, হৌজিক লোইবু লোইবদ্রনি। নোংমা নিনিসি মখোযবু যেংলুদ্রে। কবিগুম্বা চিংথা নাম্বা লৈহৌবমখিদ্রা ? নোংসু ।

মাগী ৱাদু অমুক মখাতানা তাকদ্রে। লৈদু উনিংবনা অঙাওবগুম মল্লবা খাঙপোকশঙ তম্না চেল্লম্মী। খল্লুই, ঐখোয অদুক হাক্লা খেংথবমদবা যাই। ঐখোযনা মফমদু থাদোকলম্বা চযোল অহুম

*খবতমক হেল্লি । মসিগী মথক্তা হৌজিক মে থানি । শিবোইগী লৈকংথাবোদি জুন মাংওইননা লৈ ইশাং শাংতে। ওহ্লোকপা হাযদুনি, উখুলনা শিবোইদগী ফুত ২০০০ হেন্না নেম্মী অমসুং নুংশা যাম্না লাংদে হাযবা কাওখোকলুবে । মুখজীনা হাযবিবদু অচুম্বনি। মতা চাকবদগী ঐখোয় লৈদু শাংপা উহৌনবা লাকপা হাযদুনি । নুংশিংনা হুমদোকপিববা, অচৌবা নোংলিক্লা লৈনা মচেং-মচেং শেগাইবীদুনা মশক-মশা ফজনা খঙদ্রবা লৈ খবা তবক-তবক শাংলম্মী। মকা-ফন্না থোইদোক হেন্দোক্লা শিংথানিঙাই ওইবা লৈদি অমতা যাওবমদ্রে ।*

*ঐ লৈ মখলসি **লিলিয়ম**[১৫] কাঙলুপকী মনুংচনবা অশেংবা থবো মখলনি, যেংননিঙাই লৈতে হাযনা ইখ্রে । অদুবু চিংনবা খবদি ইবৈ লৈবম্মী । হৌজিকফাওসু । চহী তবামুক্কী মনুংদদি মণিপুবগী লৈকংথবো মখলসিনা **লিলিয়ম রেগালি** নৎত্রগা **লিলিয়ম উব্লাতম** হাযনা খঙনবা থবো মখলগুম্না খ্বাই পুম্নমক্লা শকখঙনদ্রগসু, খবমখৈদি খঙনগদৌববনিনা ঐনা লৈসি থেংনকবা, মাগী শক্তাক রাবী তেনতক্লা লিবা ফংবসি যাম্না লাইবক ফববনি ।*

*লাইবিক্কী[১৬] অহানবা তাক্কক্তা হাযখিবগুম, ঐনা ১৯৪৬ জনুযাবী থাদা লৈ অসিগী মহৈ খবা ফংখি । মতমদুদা ঐনা মসি **লিলী**[১৭] নৎতে, **নোমোকাবিসনি**[১৮] খনখি । পংখন খনখিবা নৎতে। লৈসিগী উহৈ-কুযোমগী মশক-মতৌ, পাম্বীগী মউদা চেৎনা নপশিন্দুনা পাল্লিবা অকংবা মনাশিং, থোইদোক হেন্দোক্লা ইঞ্চি তবানিথোই তবামঙাবোম রাংবা পাম্বীদা লৈ অমা অনীতমক শাংপগী মতৌ (নুমিৎতুনা ঐনা অপীকপা পাম্বীঙাক্তা উখি), মবম কযাসিনা যুম্ফম ওইবগা লেপখিবনি। ঐনা পাম্বী তককখক লৈপাক তৌখোক্লগা যেংলুবদা লিলীদগী হেন্না নোমোকাবিসকীগুম্না মরু-মবাদা পানাও-শীংনাও শাবম্বা থেংনখি । মখোযদো মপুঙ মবৈ ফাদ্রিবা পাম্বী ঙাক্তনি । অদুনা লৈ মখলসি লিলী ওইবম্বা যাবগী থাজবা লৈবগসু ঐদি মাবু নোমোকাবিসনি খনখি ।*

---

(১৫) থবো, থবিকথা কাঙলুপ ।

(১৬) **প্লান্ট হন্তব ইন মণিপুব** — অইবা এফ কিংদোন ব্রার্ড ।

(১৭) *লিলী* থবো থবিকথাগী মখল ।

(১৮) ***নোমোকাবিস*** লিলীগুম লেশাংপা পাম্বী ।

*অয়াম্বা লিলী উনরম্লগনি। মাগী মরমদা খরমখৈ খঙনরম্লনি খল্লি। অদুগা নোমোকারিস হায়বসিদি করিনো ? পাম্বীগী মরমদা মুন্না থিজিনবা অখঙ-অহৈশিংনা নোমোকারিসসু লিলী মখল অমনি হায়না খন্নরে। মখোয়গী ব্রাহল্লোকসি চুমগনি। অসুক্কী মতিক চুমগনি মদুদি সেক্সন K[১৯]গী পাম্বীশিংগী মরমদা অখঙ-অহৈ মরক্তসু লৈসি নোমোকারিসগুম্বা লিলী নৎত্রগা লিলীগুম্বা নোমোকারিস অনীগী মরক্তা করম্বনা হেন্না চুম্বগে হায়বা চপচানা লেপথোক্লবা ঙমদ্রি। অসিগুম্বা চয়েৎনবসি ইভোলুসনগী থিওরীগী মতাঙদসু হেক হেক থোকই। প্রকৃতিনদি পামলক্তবা জীবগী স্পেসিজ অমবু খৎতোক্তুনা মাঙহল্লি হায়না বাবানা হেক হেক হায়খি।*

*পৃথিবীগী লৈমায়দা নোমোকারিসনা চিন-হিমালয়গী লমদমদা হৌই। অদুগা মফমসিগী ফুত ১০,০০০ গী মখাদদি পাম্বীসি ফংদে। অদুগা মথক্তুনা লিলীয়ম হৌদে হায়বসি খঙজিনবদা নুংঙাইনি। লৈ মখল অনীসিগী মরক্তা অসুক্কী মতিক মান্নবা মওং-মতৌ লৈবা অসিনা নোমোকারিসশিং অসি অরাংবা উনগী লৈবাক্তা হৌবা লিলী মখলনি হায়বসু য়াই। অদুবু অসুম্না ইরাই লাইনা খন্দোকপা ব্রাপু অসিদগী অনৌবা ব্রাহং কয়া থোরকপা য়াবগী অঁকিবা লৈ। মদুমক্তি মতাঙসিদ নৈনদ্রে।*

*মতাঙসিদা পাম্বী কাঙলুপ অসিগী মবমদা হকচীন্না খন্ন-নৈনবা, কুপ্পা খেন্নবা তাকফম নৎতমালে। লৈকোনগী মালী খুদিংমক্তা অমসুং ঐসু য়াওনা পাম্বীগী মখল থিবিবা কাঙবুনা নোমোকাবিস অমুক্তং উখ্রবদি মতুংদা অমুক উবদা অদুমক মশক খঙগনি। অদুবু মখোযদা কবম্না খঙবগে হংলুরগদি অদুমক মকোক ঙাওগনি।*

(১৯) মবি লৈনবিবনা **বৃটিশ এসোসিএসন ফোর এদভান্সমেন্ত ওফ সাইন্স**, খ্বাইনা **বৃটিশ এসস** হাযনৈ।

*ইং ১৯৪৬ জনুয়ারীদা ঐনা মণিপুরগী নোংপোক মাইকৈদগী শিরোই নোমোকারিস মরু, মকু পাল্লিবা মহৈ কয়ামরুমক, মরূ-মরাগী পাননাও-শিংনাও তরুকখক, পাম্বীশিগী মরমদা মশাগী হৌফম-লৈশাংফমদা মীংনা শং-শং উরকপা মরম কয়া ইশিল্লগা পুরকখি। মখোয়দু লণ্ডনগী রোয়েল হোরতিকলচরেল সোসাইতিদা শিন্নখি। খুদোলসিনা মফমদুদা লিলীগী লৈকোন শেমলিবা কাংবুশিংনা মথুম-মরাং হৌনা হরাওখি। পাননাও-শিংনাওশিংগী শরুক তঙ্খাই অমা ইম্ফালদা লৈবা ঐগী মরুপ বৃটিশ পোলিটিকেল এজেন্ট, মিস্তর সি. জীমসন্দা পিখি। অদুগা অতোপ্পা শরুক তঙ্খায় অদুনা শিলোংদা লৈবা শ্রীমতি এল জি হোলদারগী মফমদা য়ৌহনখি। মহাক অপীকপা লৈকোল শেম-শাবদা থরাই য়াওজে। য়াম্না হৈথোই-শিংথোই। মহাক্না আসামদা লৈরিঙৈ লমহাং-তুমহাংদা পংহৌ হৌজবা পাম্বীশিং খোমজিল্লগা খ্বাইদগী চংখোন্না ফজবা লৈকোন শেমখিবগীদমক শিংথানৈ।*

*মতমগী মতুংইন্না পোৎ খুদিংমক হোংবা নাই। ১৯৪৬ এপ্রিল-মেদা ইম্ফাল অমসুং শিলোংদা থাখিবা পাননাও-শিংনাওশিংদু হৌদুনা লৈ অমমম নৎত্রগা অনী-অনী শাৎলে হায। অদুবু ঐদি লৈশিংদু শাৎলিঙৈ নৎত্রগা হেকলগা ওইরসু উখিদে। ঐগী খঙনিংনা ইখিবা চিঠিগী পাউখুমদা শ্রীমতি হোলদাব অমসুং জীমসন অনীমক্না লৈদুগী মওং-মতৌ, মখোযনা হেক খঙবমখৈ ইরকখি। মখোয়গী ব্লারোলশিংদু চিরোল অমতা নৎতে। লৈশিংদু ইফ ফজদে, থাগৎনিংঙাই ইরৈ লৈতে, নৎত্রগা মখোয তুকচনিঙাই ওই, থাগৎনিঙাই শুংলৈ লৈতে হাযনসু ইবকখিদে। ঐদি, জীমসননা মণিপুর নোমোকাবিসকী মরমদা ঐ পেন্নবা লৈশি-লৈখোন্না ইরক্নি থাজবম্বনি। অদুবু তৌরকখিদে। থোইনদুম ওন্ন-তৈন্ননা ইরকখি। ঐগা পাও চৎনরিবা মখোয় অনীমক্না লৈসি মোৎতাই-সুদাইননা ঙৌই হাযবকখি। লৈগী মওং-মতৌদু অশেংবা* ***বোতানি***[১০]*গী*

(১০) পাম্বীগী মবমদা নৈনবা বিগ্যান।

লোন্দা-পুদাদা হায়রক্লগসু মহাক অহুমশুবা থাক্কী নোমোকারিস ওইগনি হায়না তশেং-তশেংনা ইরকখি। মখোয়গী ব্রা তারগা হৌখিবা বসন্ত মতমদু মহৌশাগা মান্নখিদে, পাম্বীশিংদু অকনবা লৈপাক্লগী ফুকপা মতমদা মওং তাখিদে হায়দুনা ইশা ইতোমতা পুক্লিং ফাজিন্নবা হোৎনখি।

মথংগী লংলা-লংজীন ওইনা ইংলেন্দগী পাও অমসু ফংলে। ঐনা য়ুমদা থাখিবা মরুশিংদু গ্লাসনা কুপ্পা য়ুমদা মতোন-মনৌ চোংদুনা হৌরে, মরু হুনখিবা মতুং থা তরাতরুক্কী মনুংদা, ১৯৪৭ জুন থাদা লৈ শাৎলে হায়রকখি। লৈশিংদু মোৎতাই-সুদাইনৈ হায়না ইরকপা উরুবদা ঐ হায়ফেৎ নুংঙাইরুদে। হান্না খল্লম্বশিংদু মাঙহন-তাকহন্নবা শিনবা থৌবাং ওইবমনি হায়না খল্লুই।

ইংলেণ্ডদা হৌরিবা লৈশিংগী মনা অমসুং অশাৎপা লৈশিং উরগা পাম্বীশিংগী মবমদা অখঙ-অহৈশিংনা করিগুম্বা খবা মশকথোক্লা তৌবা তারম্মী। **কেউ** হায়বা মফমদা ব্রাবেপনখিবা অমসুং রোয়েল হোরতিকলচরেল সোসাইতি অনীমক্লা মত অমত্তা ওইনা ফোঙদোকলকপগী মতুংইন্না লৈসি লিলীয়ম নৎত্রগা নোমোকারিস ওইগনি। অনীমক্তি খক ওইবা য়াবোই। অনীসিগী মরক্তা খেন্নবিবসি লমগী ঙমখৈ পবিংদা য়েৎনবগুম্বনি, অদুনা কনাগুম্বগী ইথিল যাওদনা মনিংতম্না অচুম্বা খনগদৌবনি। মসিনা নোমোকারিসনি হায়না খল্লবা, অদুদগীদি, রোয়েল হোবতিকলচরেল সোসাইতিগী লাইব্রেবী পানবিবা মিষ্টব দবলিয়ু তি স্তার্নগী মতুংইন্না হৌজিক হৌজিক স্পেসিজ তরুকমুক লিলীনি হাযনা লৌনবিবসি অমুক নোমোকাবিসনি হাযনা শক্তাকলোইদৌবগী মবম কবিনো? মসি তশেংনা পামনরোই। অনীসিগী মবক্তা অমা হেক্তা নমদুনা ওইহনবা তাগনি। মসিগী তঙতাবা ব্রাবেপন্নবগীদমক লিলীযম অমসুং নোমোকারিস অনীমক্কী মতিক-মগুন নৌহৌনা লেপ্পা তাই। নৎত্রগদি মখোয়গী খেন্নবা তশেং তশেংনা হায়বা লুবগনি। চযেৎনবিবা অসি লোইশিনবা যাবগী মবম অমদি

*জেনস নোমোকারিস হায়বসি মুখৎলগা পূন্নমক লিলী ওইহনবনি। মসিসু ঐগী ব্রাখলদা অখণ্ড-অহৈশিংনা মুন্না খল্লগা অচুম্বনি খন্না খক তৌনিংলোই। অদুমওইনমক·মফম কয়াদা চৎতুনা পাম্বীগী অনৌ-অনৌবা মখল খিজিল্লিবা মীশক অমা ওইনা ঐদি লৈসি লিলীদগী নোমোকারিসনা হেন্না মাল্লি হায়বসি হৌজিকফাও খল্লি।*

*অসুক চাওনা অহোঙবা অমসুং শারাশন্না চয়েৎনবা কযা থোক্তনবা মণিপুরগী লৈকঙ থরো মখলসিদা মীৎয়েং থম্রিবা পাম্বীগী অখণ্ড-অহৈশিংদা সর্গদগী দূত অমনা ব্রায়েল্লবগুম লিলীনি হায়না অদুমক য়ানবে। ১৯৪৯ গী অঙনবদা ঐনা পাম্বীশিগী মপুঙফানা চাও-শাংলবা পাননাও-শিংনাও অমসুং মওং-মতৌ চুম্না শেম-শারগা কঙহল্লবা লৈ কয়ামরুম ইংলেণ্ডদা থাবা মতমদা ব্রারেপসি কনখৎতুনা অচুম্বা হায়বদু ওইবে। লৈকোন্দা পাম্বী কয়া মায়পাক্লা থানবা হোৎনবদা ঐগী চান্নবীনা*[21] *থব্রাই য়াওজখিবা, মাগী থৌদাং, মতেং কয়াবু শকখঙনবা, ইকাযখুম্নবা ওইনা মিষ্টব জে আর সেলীনা পাম্বীসিবু* ***লিলীয়ম মেকক্রিনি*** *হায়না অনৌবা মিং থোনখি।*

*লৈশিংগী মন্দিবদা শেংলবা মফম অমা ফংলবা পাম্বী অমবু মাগী অশেংবা মশক-মতৌ মুন্না য়েংলগা অনৌবা মমিং থোনবসু (লেতিন লোন্দা) অখণ্ড-অহৈশিংনা য়াদুনা* ***কেউ ইন্দেন্নতা***[22] *মমিং যাওবা হাযবসিনা অমনি। অদুগা মাগী মমিংনা হৈকোল-লৈকোল শেম-শাবশিংগী সংসারদা ঙাওজবশিংগী মবক্তা তনৌ-তনৌবী নুপীমচা অমনা খঙহৌদনা শক-উৎলকপগুম্বা হাযবসিনা অতোপ্পনি। অসিদি দেবীততা পোকপা হাযবগা মফমদুদা লৈবকপা হাযবগা অনীগী খেন্নবগুম্বনি।*

---

(২১) লৈশাবিঙৈদা মিস মেকক্রিনি কৌবম্মী। মণিপুরগী লৈকঙ থবো মখলসি নোংচুপলোমদা ***লিলীয়ম মেকক্রিনি*** হাযনা শক্তাকলগসু ১৯৬০ গী মমাংদা অমুক *নোমোকাবিস মেকক্রিনি* হাযনা মমিং হোংলকলোই হাযবা চপচানা পিবা ঙমলোই — কিংদোন ব্রার্ড।

(২২) কেউদা পাম্বীশিংগী মথং-মনাও নাইনা শেমখিবা বিগ্যানগী মিং পবেং।

*ওক্তোবর থাদা ঐখোযনা শিবোইদা অবোইবা খোঙচৎ চৎলিঙৈদা জেননা[২৩] লৈশিগী মপুঙফানা চাওববা পাননাও-শিংনাও মযাম অমা ফুক্লগা ইংলেণ্ডদা থাখিনবা, মফমদুদা হৌইন্দুনা মীযামদা পাকশন্না খণ্ডহন্নবগী ব্রাফম হৌদোকলকই। মসিগীদমক খুঞ্জাশিংদা অথৌবা শীংজং অমনা পান্নীসিগী মক-মবা লৈনুংদগী কবিমতা শোকহন্দনা ফুকপা তন্নীবমই। মতৌ অসুম্না থা লোইবকপা ফাওবদা ঐখোযদা পাননাও-শিংনাও চহুমদগী তাদনা পৈববে। মসিদগী অমুক খ্বাইদগী চাওবা অমসুং তিনজং-কাযজংদবা চনিমুক খনগৎলে। মখোয অমমমবু ইশংনা ফজনা যোমশিল্লগা ব্রাগী অচৌবা থুমোক অনীদা হাপ্তুনা উখ্রুল যৌনা পুবকলম্মী। মফমদুদগী দিসেম্বর থাদা তেক্ত কাযদনা আসামগী তোকলাইদা যৌখি।*

*১৯৪৯ গী জানুযাবী অঙন্বা শকক্তা ঐখোযনা কলকতা চৎপদা ইশংনা চেৎনা যোমলিবা পাননাও শিংনাওশিংদু অমুক হন্না উগী উপু অহুমদা পিকথন্না হাপ্লগা এবোপ্লেন্না পুবম্মী। মতুংদা খজিক্তং থেংথববসু মখোয লোযনমক এবোপ্লেন্না লণ্ডন্দা পুনবা যৌবাং তৌখি অমসুং চযোল অমগী মনুংদা থুংখি। ঐগী চান্নববা মকপ বোযেল হোবতিকলচবেল সোসাইতিগী এসিষ্টেন্ট সেক্রেতবী, মিষ্টব এ সিমোন্দনা পোৎলুমদু পেবিচকী এবোপ্লেন তাফমদা পন্দুনা লৈতনবা, যাম্না থুনা লণ্ডনগী প্লেন্দা হাপকৎখিনবা শিনবীনখি, লোযননা বৃটিশ কস্টমনসু অবোইবদা অযেৎপা কযা পিবীদনবা তেলিফোন্দা হাযখিবগীদমক থাগৎচবি।*

*অসুম্না পান্নীসিগী পাননাও-শিংনাও চনিমুক, চাওবাক্লা ফেব্রুযাবী থাখায অদুব্রাইদা, মখোযবু ফুকলকপা থা অহুমবোমগী মতুংদা ঐগী মকপ কর্নেল এফ সি স্তার্নগী মফমদা থুংখি। মহাক মতমদুদা লিলীগী মবমদা খ্বাইদগী খণ্ড-হৈববা মীশকনি। হৈকোল*

---

(২৩) মেকক্লিনিগী লুহোংলবা মতুংগী মিং।

*লৈকোলগী পাম্বীশিংতা নৎতনা লমলক্কী উজাও ডরেলশিংসু মশক মুন্না খঙবগীদমক মহাক য়াম্না মমিং চৎলি। ফ্রিদ স্তার্ননা পাননাও-শিংনাওশিংদু থা তরানিপাল চেকশিন্না শেন্নদুনা হৌহল্লগা, ১৯৫০ গী কেলসিয়াদা পাঙথোকপা লৈগী মেলাদা মপুঙ ফানা লৈশাৎ তম্নবা পাম্বী অমা পুথোরক্নুনা মীয়াম চোনবা জগোয় শাফমদা হৈথোয়-শীংথোয়না শকহেনবী অমা ইহান হান্না থোরকপগুম ঙকহনখি। মতৌসিদা* ***লিলীয়ম মেকক্লিনি*** *কৌবা লৈশিবু রোয়েল হোরতিকলচরেল সোসাইতিনা ব্রাংনা থাংগৎখি। লোয়ননা মীয়াম্না কল্লক্লরবা খ্বাইদগী অথোয়-অহেন তাবগী মনাসু পিখি।*

*মতুং তারকপদি পাম্বীশিংদু মতম শাংনা শিহন্দনা, তেক্তো কায়দনা ফংহন্নবগী থৌরাংনি। হৌজিক মপুং ফানা চাওরবা পাম্বী চামমুক হিংলি। মখোয়শিংদুদগী মচা পোকহন্দুনা চাদা-নাওদা শন্দোকহন্নবগী থবক্তি লৈপান্নরিবা মালিশিংগী খুৎতা লৈরে। তুনব্রীজ ৱেলসতা লৈবা মেসর্জ আব দবলিউ ব্রালেক্স এন কো হায়না খঙনবা মমিং লৈরবা ফার্ম অসিদা লিলীগী অখঙ-অহৈ য়াম্না লৈ। মদুদা হন্দক্তা ইহান হান্না থোরকখিবী ঐখোয়গী শকহেনবী, নৌনা ইকায়খুম্নখ্রবী মহাকপু তেক্তো কায়দনা* ***লিলীয়ম*** *(নৎত্রগা* ***নোমোকারিস)*** ***মেকক্লিনি*** *হায়না তুংকোইনা মাগী ইতিহাস লৈহৌনবা অমসুং মশুং মমান্নবা মরক্তা মণিপুরগী লৈকঙথরো হায়না শকখঙনহৌনবা থবক খুদিংমক শিন্নরে।*

*মমাঙদা, ১৯৪৮ গী মে ২০ ফাওবদা ঐ মপুঙ ফানা লৈশাৎলবা পাম্বী অমত্তা ফজনা উখিদ্রি। অদুগা বোতানিসশিংনা[২৪] উনবিবসু য়ুমদা লুনা-চান্না তৌবীদুনা কেথোকহল্লবা নৎত্রগা শোন্দম-নাদম্রবা পাম্বী ঙাক্তুনি। মবমসিনা ঐখোয় মে থা লোইরমদাইগী নোং থিৎলি-থিৎলি চুবা নুংখিল*

(২৪) পাম্বীগী মবমদা অখঙ-অহৈশিং।

অমদা উখুলদা অমুক হন্না লাক্লে। মফমদুদা লৈসিগী খোংগুল লিরুবদা য়াম্না নিংবা কায়রকখি। মচেৎ-মচেৎ তৎনা শিকংনরবা লৈখোক পাম্বী খবা নৎতনা উরকখিদে। লৈশিংদুনা ঐখোয়না পাম্রিবা অচুম্বদু পাওদমলকখিদে।

হৌজিক ঐখোয়দা যাম্না লাংতক্লহল্লিবা অমনা হৈজুগা অঙাংবা পাম্বীদুগীনি। ঐখোয খুদক্তা কনা অমত্তনা থৌওইবীদ্রবা পাম্বীদুগী মনাক চৎলুই। মমাংগী খোঙচৎ অমদা উ অমগী মতেক-মতেক, কক্লবা শিঙ মপৈ, মশা-মরেং কোযচাই চাইনা তারম্বা উরুবদা ঐঙোন্দা অসুক্কী মতিক নুংঙাইতবা ফাওহনখি। খুদক্তা ঐ থমোয় শোক্লা কপনিংবা ফাওরকখি। অদুবু নুমিৎতুদদি উদু কৈসু তৌদবগুম লেপলম্মী। উঁহৈ খবসু পাল্লম্মী। অদুগা উখাদা, লৈপাক মথক্তসু উঁহৈ কযামকম কোয়চাই চাইনা কেল্লম্মী। ঐখোয়না উঁহৈ চামবোম খুল্লুবদা তঙ্খাইমুক্তি মরু চংলম্মী।

মথংগী অয়ুক্তা মীবোল কযা তাদ্রিবা অঙাং অমা ঐখোয়গা চৎমিন্নবম্মী। মঙোন্দা হৈজুগা পাম্বী অমা অনী মশক তাক্লগা মরু খরা খুল্লুনবা শিন্নরম্মী। অদুবু পুং কুনমরিগী মতুংদা মহাক্লা ঐখোয়গী মল্লবা খাঙপোকশঙদা হল্লকপদা নুংগুম কল্লবা হৈজুগা মঁহৈ অমতা পুরক্তে। মদুগী মহুৎতা লবুক্তা পংহৌ হৌবা নাপী মখল অমগী অকংবা মক তককখক যাওবকই। মঙোন্দা ঐখোয়বু খমথেংনা থৌওই-উশিৎতবগী মওং লৈবগুম মাল্লি। ঐখোয়না হায়বদু মহাক খক ইননিংদে। মেগী অবোইবা নুমিৎতা ঐখোযনা নুংগুম্রবা হৈজুগা মঁহৈ ২১১ খুল্লম্মী। মদুগী মনুংদা য়াঙ্খোনিখোযখক মক চঙনা ফবম্মী। ফবম্বগী চাং যাম্না ৱাঙবমক্তি নৎতে।

উঁহৈ, মরুশিংনা লৈপাক্তা কেল্লগা মতোন চোংদনা লৈরিঙৈ নৎত্রগা মমুল ফাদ্রিবা উঁহৈ ওইনা পাম্বীদা পাল্লিঙৈদা অয়াম্বা শরুক তীনশিংনা চাখোকই। মরুনা মপুঙ ফানা চাওদুনা মমুল ফাবা উঁহৈ ওইরক্কদৌবা য়াম্না ৱাৎলঙৈদা তনৌ-তনৌবা

*লৈগী শিযোমনুংদা মখোয়গী মকম হেক হেক কোকশিল্লি। তিন মকমদগী হল ওল্লকপগা তানজা মেনজা চান্না উঁহৈ মুল্লি। মতমসিদা অশোনবা তিন মচা অমতনা উঁহৈ মপান্দগী মনুং হুৎতুনা চংলুবা খক ঙমদে। অদুনা মনুংদা হান্না লৈববা মখোযতনা চিঞাক্কী মচি ওইবা অমসুং মচল শুনা যাওবা অহাওবা মতোঙশিং চাদুনা নোযপেন্না চাওই। মপাঙ্গল কনখৎলক্তুনা মশাগী লম্বী শেমদুনা মখুল হুৎলগা মপান্দা থোবকই। অদুগা পাম্বীগী অতৈ মফমশিংদা মাঙ-তাকহনবা হৌবকই। জীবশিংগী মতেংনা পাম্নদবা নাপী মাঙহন-তাকহনবগী থবক্তা মখোযগা যেক্নবা তীন মখল অমসুং মকপ মপাঙ ওইনা লৈমিন্নবা যাবা তীন মখল অনীমক চংই। মখোযগী অপাম্বা ফংনবগীদমক অহানবগীসিদা হেন্না মপাঙ্গল কনখৎহনগদৌবনি। অসুম্না পাম্বী মখল খুদিংমক্কী পুন্সি তাঙ্কক খুদিংগী মবী লৈনবা তীন মখল খঙদোকপা হাযবসি যাম্না মক ওই।*

*হৌজিক খৌবাং খুদিংমক যাম্না মক ওইবে। পাম্বী খুদিংমক মকুম-মথা ওইবকপগী হোম হোম চাওবে অমসুং ঐখোযনা হান্না উখিদ্রিবা পাম্বী অচৌবা, মচা কযা হৌবি। মখোযগী মবক্তা শিবোই চীংদা হৌহৌবা* ***ভিবুরনম***[২৫] *মখলশিং নৎতনা কাঙলুপসিগী মনুংচনবা ধাবা মখল মবি নৎত্রগা মঙা যাওবি। অসুম্না উবকপা পাম্বীশিংগী মবক্তা মউ পীক্লগা মনাদি কাব্রংচাকগুম পাকপা, নিংথম-কালেন খাযনা মনা শিনবা পাম্বী অমগী মওং মতৌনা ঐবু শুমহৎলম্মী। অদুবু মখোযশিংদু নৌবিবা পাম্বী ঙাক্তুনি। চহী অমা অনীফাও লৈ শাৎখিবোই। মতুংদা ঐখোযনা মপুঙ ফাববা পাম্বী খবা অমুক থেংনবম্মী। মখোযগী মনা খবা পিকথৈ। অদুবু ভিবুবনম ধাবাগী মতিক মগুন ঙাক্লা চাওই। ঐখোযনা পাম্বীশিংদু শেন্নদুনা লৈবম্মী। মে থা লোইদ্রিঙৈদা মশা খুদিংমক্তা লৈনম চেন্না ঙৌকনবা নাপু মচুগী*

(২৫) চহীচুপ্পা মনা ইশং শংবা ফেমীলি কেপ্রিফোলিঅসিগী মনুংচনবা পাম্বী।

লৈ চবোং চবোং শাংলকই। অসুম কুইশিল্লক্লগা লৈশিংদু কোগ্রা মচু মাল্লকই। পাম্বীশিং অদুগী লৈখোক্তা তবন-তবন্না লৈনা পানবগী মতৌনা **ভিবুরনম ইরুবেসসেনস** হাযবা মখলদু যাম্না মালহল্লগসু মাগী নাপু নংত্রগা পাম্বোকপা নাপু মচুগী লৈশিংনা ভিবুবনম নংতবগুম উইল্লি। আগষ্ট থা যৌবকপদা লৈশিংদগী নোংজাবী মচুগুম ঙাংবা উঁহৈ পাল্লকই। মখোইদু থা মখাইমুক অসুম্না সুম লৈবম্ৰগা, অহিং অমদা খঙমু মুশিল্লক্তুনা মশা হোম-হোম লাওবকই।

মযামদগী হেন্না তাঙনা ফংবা মানবা, যাম্না ফজনা মীংফম হোংবা যাদবা পাম্বী মচা অমসু ঐখোযনা থেংনবকই। মহাক হৈজামপেৎ অঙাংবগীগুম্না স্রানভেসিযা হাযবা ফেমীলিগী মনুংচনবা ওইবগসু তশেংনা হৈজামপেৎতি নত্তে। লাইবকথিবদি ঐনা পাম্বী অনীখক্তা থেংনবকখি। মখোয অনীমক লৈ তকক-তকক্তগী হেন্না শাংলমদে। অপীকপা নাপু মচুগী হৈজামপেৎ চবোংগুম্বা মহৈশিংদু দিসেম্বব থাদা মুল্লকপদা পাইবাকেম্বা হাযনা খঙনবা গুলাপ পাম্বীশিং নীংশিংহল্লি। মশক-মশা খঙদ্রিবা উশিগী মবমদা ঐ যাম্না খোইবাংলি। মসি চুম্নতগী অতাঙবা পাম্বী মখল ওইবম্বতা নংতনা মসিনা মপুংফানা লৈশাংলকপা মতমদা শাথিনা ফজবমগনি। যাম্না ৱানা হোৎনববা তুংদা ঐ পাম্বীসিগী মহৈ খবদি ফংবা ঙমলকখি।

লৈপাক লৈনীন কানা, উকম লাংবা নালা মপান্দা **তিক্রোআ কেব্রিকুগা** হাযনা খঙনবা অঙকপা পাম্বী মচা কযা অমসু লৈ শাংলম্মী। মখোযগী লৈ অমসুং মহৈ অনীমক মচু ইমান মান্নে। শম্বল তোংবা উবিৎ মখল অমগী মকমগুম হকচীন্না নিমমচু চংই। যেংবদা ওম্বোক্লা ফজৈ। মহাক্কী মবমদা কনামতনা কবিঅমতা খঙনদ্রগসু হাইদ্রানজিযা ফেমীলি (সেক্সিফ্রাগাসিযা) গী কাঙবুনি।

**ৱোজা লোসিকুসপস** হাযনবা হামব্রুলৈ নংত্রগা নাতোনচাবী গুলাপ মখলসিদি লৈ থেংনা শাংলি। মখোয

*চেগুম ঙৌবা লৈ চবুন-চবুন শাংলি। লৈ খুদিংমক্কী চরুখোক মচুগী তোমেন[২৬] শিং পাল্লি, অমসুং লৈরিকখোক পুন্নমক ইশম-শমনৈ। লৈনমসু চেন্দে। থৌওই-ৱাওই তৌবিদ্রবা উরী তিঙ্খং পাম্বীসিগী মতম কুইনা ককপীদ্রবা অশাং-অশাংবা মশা মতোন্দা লৈ চরোং চরোং য়াম্বনা শাংলি। অসুম্না চহী হৌবা মতমগী অযাম্বা শরুক্তা ঐখোয়না গুলাপ মখল-মখল য়েংদুনা মতম লেল্লি। অহানবদা মার্চ থা মনুংদা চাংদমনিঙাই লৈত্রবা* ***রোজা জাইজেন্তা*** *হায়বা মখল; অদুদগী এপ্রিল থাদা* ***রোজা সেরিশিয়া*** *কৌবা মখল, অমসুং অরোইবা মে থাদা* ***রোজা লোঙ্গিকুসপিস*** *কৌবা মখলনি। অরোইবা গুলাপ মখলসিগী লৈ খবা ঐখোযনা থা অনীমুক্কী মমাংদা উখিবদু থা শুদনা, মনুং-মতম চাদনা শাৎপা শুংগ্রং-মাগ্রংবা ঙাক্তনি।*

*মাকাবাঙ্গা হায়না খঙনবা উতোংলৈ মখল অমগী পোমশাৎনরিবা লৈশিংনা ঐখোযবু অমুক শুমহৎলম্মী। লৈশিংদু অদুক হাক্লা লৈচু হেন্দে। অদুবু লৈখোক য়াওদনা পিক্তক-পিক্তকপা লৈশিংনা গীর্জাগী মোম থাওমৈ পরেংগুম চপ-চপ য়ুংই। অপীকপা অরংবা মনাশিংদু লৈশিংনা মখোযগী মবক্তা লোৎশিন-লোৎশিন্দুনা থম্মী। মাকাবাঙ্গাশিং অসি থুনা চাওগনবা, উরুম-ৱারুম খন্দনা পংহৌ হৌগনবা অমসুং পাম্বী মউ অদুক হাক্লা উইদবা, লৈপাক্তগী ইবাই লাইনা ফুকপা য়াবা উ মখলনি। মখোযনা চহী চা কয়া পুন্সিববা লাইওইরবা উমংদদি কয়া হৌগন্দে। হৌরগদি মউ য়াম্না চাওই। নুংশা মঙাল ফংহৌবরোই মতাগুম পাম্বী অতৈদগী ৱাংখৎনা উই।*

***হোনীসকল***[২৭] *(বিগ্যানগী মিং:* ***লোনিসেরা মাকারন্থা****) হাযনবা উবি মখলসিসু লৈনি। মফমসিগী পাম্বীসি ইংলেণ্ডগী হোনীসকলগুম্না শকহেনবী ওইদ্রগসু শবত ঋতুদা হৈজামপেৎ অমুনবগুম মুবৈনবা উহৈ চবোংচবোং কৃক কৃক ইন্ননা পানবদি যেংবা ওম্বোক্লা নুংঙাই।*

---

(২৬) লৈ অমদা লাবগী শক্তম, লৈবাক পুর্বিবা।

(২৭) মধুর্মাতি মখল।

ঐখোয়না থুংলবা চয়োলমুক্কী মনুংদা নোংজু-নুংশাগী ফিভম খরা ফগৎলে। নুমিদাংদা হান্নগুম নোং চুরগসু অয়ুক নুংথিলদদি চীংমায় পক্রিবা লৈচীলনা চীংদোন অমদগী অমদা লান্না শান্নরে। অদুগা থা লোইরকপগা ইরোইননা শাবা অসুম অসুম হেনগৎলক্তুনা নুংথিলদা দিগ্রি ৭০ নৎত্রগা মদুগী খরফাও হেল্লে।

ঐখোয়না শিরোই চৎনবগী লেপখিবা মতমদু মখা অমুক থিঙ্গহন্নিংদ্রে। য়ামদ্রবদা জুনগী অহানবা চয়োল ফাওবদা যৌহৌদ্রগদি য়াম্না থেংথমনখ্রনি। উখ্রুলগী পাম্বীশিংনা মে থাখায় মমাংদা লৈশাৎপা হৌই। অদুনা ঐখোয়না পাবদা শিরোইগী অশংবা চীংদোন্দা মখোয় জুনগী অঙনবা শকক্তা খ্বাইদগী য়াম্না, মপুঙফানা লৈ শাৎপনি। লাইবকথিবদি খোঙচৎসিদা ঐখোযগী পোৎ-চৈ পুবীনবা খুঞ্জা অমতা নেকপা ফংলমদে। মতমসি মখোয় খুদিংমক অসুক্কী মতিক থবক চিল্লি। মদুদি পামদা চৎনবা হাথু-হাথু হোৎনবদা ঐখোয়না হায়রুবগী 'ঙমলোই' হাযবা পাউখুম পীবম্নবা মতমফাও ফংলমদে।

ঐখোয়না এপ্রিলগী অহানবা নুমিৎতা নোংচুপ চীংজাওদা চৎখিবা খোঙচৎ অদুগুম্না জুনগী অহানবা নুমিৎতা অমুক হন্না চৎলম্মী। খোঙচৎসিদা ঐখোযনা মরুওইনা খঙনিংলিবদি মতমসিদা শাৎলিবা উথম্বালশিংগা মে ১৯ দা কাঙকুইদা ফংলকখিবা **মাঙলিকসিয়া ইম্পিগনিস** হায়নবা উথম্বাল মখলসিগা মান্নব্রা হাযবা য়েংনবনি। মফম অনীমক্তুগী নিংথিনা শেম শাদুনা কঙহল্লবা মনা, লৈশিং চাংদমনদুনা যেংবদা মান্নবগুম উই। অদুবু মখাতানা মান্নি নৎত্রগা নত্তে হাযবা যেংবদি মথৌ তাবি।

মহৌশাগুম অঙনবা অযুক্তা অথাবা লৈচীলনা চীংদোল কুপলম্মী। পুক্রিং হুরবা শক্তমসি ঐখোয়না খোঙশান্দ্রিবৈঙদা মতম খবা য়েংখিসি হায়নরে। লৈচীলনা ব্লাওবি-ব্লাওবি

পাথরক্তুনা নুমিৎ ময়েক শেংলকপা চাওরাক্লা পুং তরামুক তাবকপা অদুরাইদগী ঐখোয় খোঙশাল্লম্মী। মতমদু থেংলবনিনা ঐখোয় অসুক্কী মতিক কন্না হোবে হোবে চৎলম্মী। ইংবকা অমতা চংদ্রে। অদুনা নুমিৎয়ুংবা মতুং পুং অমরোম তাবদা উমংগী ফজরবা মকমদা থুংলম্মী। ঐনা হান্না খল্লম্বগুম্না নোংচুপ চীংজাওগী উথম্বালদু **মাগুলিকংসিয়া ইন্সিগনিস** হায়বা মখলদু তশেংনা ওইরমলে। অদুবু মখোয়গী লৈ শাৎপা মতমদি লোইশিল্লক্রে। মতমদুগী অইং-অশা ফিভমদা উথম্বাল খরদি অদুমক শাৎলম্মী। লৈশিংসি অসুক্কী মতিক থুনা চাওখৎলি। মপুং-মবৈ ফাই। লৈগী মনুংথংবা লৈনাশিং শাৎকায়রকপা মতমদা মপান থংবা খরদি লৈমন চন্দুনা কেনখিবফাও য়াওই। আমেবিকাদা ফংবা **মাগনোলিয়া গ্রান্দিফ্লোরা** হায়বা উথম্বাল মখলসি অরাংথংবা আসামগী মফমশিংদা ফজনা হৌবা ঙম্মী। তৌবতবু মখোযগী ঙাংলৈনবা লৈরিকখোকশিংদি ইরেক লেকথৈ অমসুং লৈ শাৎপা নুমিৎ হুমনিগী মনুংদা শঙ্গোম অনৌবাগুমলম্বা লৈনাশিংদু মংগে মচু মাল্লকই। লৈশিংসি যাম্না চীংলেম্না ফজে। মাগী শাৎপগী মওং-মতৌনা লৈকোন্দা পাম্না থানবগী মরম অমনি। অহানবদা, মপান ইথং থংবা অশংবা লৈনাগী কুয়োম হাযদোবকই। লোযননা মনুংদা লোৎতুনা লৈরম্বা নোংজাবী মচুগী লৈনাশিং তপ্পা তপ্পা ফন্দোবকই।

ঐখোযগী হিংচা-যাইতম্বগুম্নবা উজাওসি ঙাংশং ঙাংনা অপীকপা মনা চবুন লিশিং লিশিংনা লৈতেংলমদুনা হান্নদগী হেন্না ফজরম্মী। ইংচীক্লবা মফমদুগী ফজবা কয়ানা ঐখোয়বু পুমপেন পেলহল্লি — লৈবোং মান্না যেক-খোৎলবা থাকন মবক্তুগী থিন্দোবকপগুম শংবানবা মঙালনা চোৎ-চোৎ লাওবা উমংদগী ফাওদোবকই। মপা লৈতনা ফজববা চাংখ্রং পাম্বীশিংনা তমোন-তমোনবা গলীচাগুম তোরবান শিনথুংনা কুপলি। ঈচেল মচা অমনা নুংজাও-নুংবী মথক্তা চোইজাইননা তাবকপা মফমদুদা মমৈ চেগপ শাবী উটীনাওশিংনা অঙৌবা-অমুবনা চাওবাং লাংলিবা মচু পূন্নমক উৎথোক্তুনা মমলি

মমলিবা উমংদা খুৎলৈথুনা পাইশিনখি। লোয়ননা অরাক-অখঙগী খোঙ্গোক্তা য়াক্লা য়াক্লা খোংলকই। মফমদুদা ঐখোয়না ইংলেণ্ডদা ফংবা কোকিল মখল অমগী খোনজেলসু তারকই।

অসুম্না পুক্লিং থুকনিঙাই ওইরবা কালেনগী অহানবা শরুক হৌখিবগা লোয়ননা ঐখোয় তশেংনা পাখৎপা পোক্লক্লে। মতমসিদা শিবোইদা কেম্প তৌদুনা লৈবগী তঙাইফদবদু মঙগালীদা চেকশিন্না হায়রম্মী। লোযননা মঙোন্দা ঐখোয়গী পোৎ পুবীনবা মী খরা ফংনবা কন্না তক্লরম্মী। করম্বা মতমদা ফৌ হুনবগী তঙাইফদবা মতম লোইগনি ? মহাক খঙলমদে। চয়োল অমগী মনুংদা ওইগদ্রা ? থা মখাই অমগী মনুংদদি তশেংনা লোইরনি। ঙাইবা হায়বদুনি ..., অদু মতমদি য়াম্না থেংমল্লনি।

নোংমা, নুংশা-চিংশা ফবা নুংথিল অমদা ঐখোয়না হুমদুমগী চীংয়াঙদা চৎলিঙৈ ফজ-ফজবা উজাও অমসুং অদুক হাক্লা ৱাংদবা পাম্বী মখল মখা হৌরম্বা উরুবদা ঐখোয়গী নিংবা কাযবদু তশেং-তশেংনা ফাওরকই। মফমদুদগী শিরোই তক-তরুনা উরকই। মহাক্কী লোইরোই ঙম্বা চীংমায়না ইশং শংনা ঙালহৌই। মফমসি পোক্লফম ইংলেণ্ডদা কালেনগী অঙনবা মতমগী শক্তমগা চানৈ। অয়ুক নুংথিল শাগৎলে অদুবু অদুক হাক্লদি য়ৌদ্রি। নুংথিলগী নুংশা মঙালপুম্বা খোঙথাং তপ্লা লৈনম চেল্লবা নুমিদাংৱাইগী মশেক-মঙালদা অদুমক তিনখি। অতিয়াসু শংবানৈ। অদুবু লৈচিল থাংদবদি নৎতে। নুংশিবা লৈনম্না হারবা অদুগা লৈহাও চেল্লবা পৃথিগী ওইনম্রবা লৈপাক লৈহীং-মনমনা চুরবা নামিবা নুংশিংনা ঐখোযবু তপ্লা-তপ্লা কোনশিল্লকই। অঙনবা অয়ুক অমসুং নুমিদাংৱাইদা উচেকশিংনা খোঙ্গাং হাপ্লা ঈশৈ শক্লি। নুংশিনা হুইখোংলি। পা-পী চিল্লোক্লরি। লৈফম তাক্লবা খোংনবি। পুন্সিদা অৱাং অমসুং খারোমদা নৎত্রগা নোংপোক অমসুং নোংচুপলোমদা থেংনরকপা চীংজাও চীংদোলশিংগী মরক্তা অসুক্কী মতিক নকশিন্নবা, অসুক্কী মতিক ফজবা নৎত্রগা অসুক্কী মতিক

মিতানিঙাই ওইবা থেংনরক্রি । ঐখোয়গী মরাইবক খিরবী লৈকংথরো, থৌওইবীদনা খোঙনেৎনবীরবী, লৈখোম-লৈনাং তৈরবী মহাক্কা উন্নখিবা মতুং নুমিৎ তরানি হৌখ্রে। ঐখোয় য়াম্না থুনা শিরোইদা অমুক হন্দ্রগদি ঐখোয়গী থমোয়দা য়েকখ্রবা অশংবা চীংমায়, লিলীনা হরাওজবা মফম, লিলীনা পাকশন্না শাৎলমগদৌবা থেল উগনি হায়বগী আশা কদায়দনো ? অদুগুম্বা খুদোংচাবদু ঐখোয়দগী নাম্থোকখ্রবদি, ঐখোয় মথংগী চহী অমামুক পুরা ঙাইবা তারি । মসিমদি ঐখোয় তশেংনা খঙই — এপ্রিল থাদা ঐখোয়না লিলী শাৎপা উরক্রগসু মফমদুদা লিলী চামা-চামনা খুজিং ওইনা হৌরি ।

করিগুম্বা মখোয়না খরা থেংথনা, নোংজু-নুংশাগী ফিভম ফগৎলকপা মতমদা লৈ শাৎত্রগদি মে থাগী অকনবা অমসুং লেপ্তবা নোংজুনা মখোয়দা অৱা-খুদোংথিনিঙাই ওইহল্লম্বা যাই। মসিমক নৎত্রগদি ঐখোয়গী লৈকোন্দা ওইরিবা লৈসিগী মবাইবক অদুমক মফমদুদসু ওইগনি । ফিভমশিংসি খঙনবা ঐখোয় শিরোইদা লেক-চাদুনা লৈরুবা তাই। লৈশিংদু ঐখোয় ইশানা য়েংলুগদৌবনি। ঐখোয় খুদক্তা চৎকদৌবনি।

ঐখোয় অহানবা ওইনা লৌমীশিংগী মরাইবক লেপকদৌরিবা মতমগী মায়োক্তা চংলুরে । মতমসি ঐখোয়দা অহানবা চাকহুল[২৮] পিবিবা পাম্বীশিং লৈহন্নবগী য়াম্না দরকাব ওইরিঙৈ ফৌ হুন্নবা মতমনি। খুঙ্গংগী নুপা-নুপী, অঙাং পূম্নমক লবুক্তা নোংঙানবদগী নুমিৎতাবা ফাওবা মথৌ চিল্লি । কনাঅমতা নোংমা ফানা কাইথোকপা শংদে। মতমদুদা শুবিবা থবক্লা মখোযগীদি থরাইনি। পুন্সিনি। মতমসিদা মখোয পৈশাগী মমল লৈতে। মদুনা চাক ওইবা যাবোই। লৈহাও চেল্লবা পৃথিতনা মদু থোকহনগনি । ঈশিং লৈববা চীংমাযগী থাকলৌ লৌফমদা লৌহোন হেক লিংথোক্লিবা ফাওবদি ঐখোয়গী পোৎ পুবীনবা

---

(২৮) অশংবা পাম্বীশিংবু প্রাইমাবী প্রোদুসব (অহানবা চাকহুল পিবা জীব) কৌই।

*কনাঅমতা ফংলরোই হায়বসি নুমিৎ কয়ামরুম করিঅমতা কান্নদনা হংনরবা তুংদা খঙলকখি। ঐখোয়না পৈশা ফনমক য়াম্না পীগে হায়বফাও হাপতা অনীমুক্তি ঙাইখিবা তারি।*

## ব্রারোইশিন

শিরোই লিলীগী ফজবা মশক-মতৌ, মতিক-মগুন, মালেমগী লৈশিংগী মরক্তা মরুওইনা থরো, থম্বালশিংগী মরক্তা মাগী শিংথানিঙাই ওইবা ফমফম; মণিপুরগী চাওথোকচনিঙাই ওইবা মতৌ; লমদমসিগী মরুওইনা চীংগী অরিবা ব্রারী শিংবুনশিংগা শাগোন্নবকপা, মরম কয়াদগী মাবু ১৯৮৯ দগী মণিপুর মশক তাকপা লৈ ওইনা শকখঙলে। মাগী মকওইবদু মীয়ামদা শিন্নবে। অদুবু, শকনাইরবী লৈসিবু লুনা চান্না ঙাকপী শেনবীনবা মশক নাইবা থৌরাংদি ব্রাৎলি। শিরোই চীংজাওবু লৈসিগীদমক নেসনেল পার্ক ওইহন্নবগী থৌরাংসু মমুদা তিন চংখ্রে। মশক নাইবীনি হায়না লৌখৎপিবগা কাংখা থাংগুম লংশেকপিবীবা মাগীদমক অশেংবা মফম অমদি খঙহৌবসি। তুংগী মীরোলগীদমক। ❑



# শঙাই
## (লানবন মনুংগী শজি)

থব্রাইপানবগী লৈবাকসিদা থব্রাইনা থব্রাইবু মমল লৈহন্দনা তাথি-তাওইনা তৌবিরি। হৌজ-থেংখাঙ কয়াদা কৈবুল লমজাউদগী শঙাই হাৎপগী লৈবাক পুংজাও থিল্লি। খল্লুই, শঙাইদো ওঙ্গোক্লা ব্লানা, শিঙমদনা শিরমনিদা। ফিভম চুম্না খোঙনেৎ-খোঙদাফম ফংদ্রবী মহাক্তুনা শা হাৎপনা লাঙ্গোই চল্লকপদা করি খল্লমনি ? উপায় লৈত্রবী ওইনা মানা খাঙলমগদৌবা শক্তমদু মীৎতা শং-শংনা উই। অরেংবা খুদিং ফুমদা পুৎথরমগনি। খুজেং, খুউ, নিংদোল চাংজৌ থুমজিল্লক্তুনা ওঙ্গোক্লা ব্লানা খাঙলমগনি। শিরমদাই মিৎকুপকি থব্রাইনা হকচাংগা খাইনরমদাইদা মীওইবনা মীৎলুদগী পিরাং শিঙ্গবগুম্না শঙাই মাসু কপলমনি। অসিগুম্বা পুন্সিগী অরোইবা মিৎকুপ পুংজাদা মীওইবগীদি মচা-মগুশিংনা শিঙ্গরিবা পিরাং তৈথোকপী। ব্লারব্লা হায়না হংবী। শঙাই মাগীদি পিরাং তৈথোকপীবগী মহুৎতা শাহাৎপশিংগী নুংশিহৈতবা মীৎয়েং উরমগনি। খাক্লা খাক্লা নোকপতমক তারমগনি। ফুমদা পুৎথবা খাঙগদ্রা, হিংচাবগী মীৎলমদগী নাঙ্গোক্লবা হোৎনগদ্রা, মরাইবক থিরবীদো, মীওইববু য়াম্না ব্লারৌরমনি। নিঙোলনা মীৎতগী পি তানা তৌবা শাপ লেম্না মাঙদে হাযনৈ। শঙাইদি য়েলহৌঙেদগী লৈরক্লবী কংলৈ চনুনি। কবিগীনো মাগী মফমদা অসুক নুংশি হৈত্রিবা ? তাথি-তাওই তৌবীরিবা ? মীওইবা ওইনা পোক্লগা মীওইবগী থমোয় পান্দ্রিবা? নংগী ইমুং-মনুং, নুপী অঙাংদা শঙাইগী মরাইবকসি তারম্রবদি নহাক পেল্লগদ্রা ? লাইবক থিরবী, চাদা নাওদা তাক্লবী মহাকসি হিংবগী মমী শম্রবীনি। মতমগী খোঙলৈনা নোংম নোংমগী হোংলক্লিবা ফুমদিগী য়াওলদা তনিক তনিক খাঙলিবী মাগী

থরাইনি। থম্নাথক্কী ঈশিং ঈরিককুম পল্লেপফম নাইদ্রবী মহাক্কী পুন্সিনি। থায়নদগী ঐখোয়গী সাহিত্য, কলা-সংস্কৃতিগী মশক হাপলিবা মহাক্না পৃথিবীদা মণিপুরবু শক্তাক্লি। মহাক্না লমদমসিদগী মাঙখিবদা মালেমদগী লমলক্কী থরাই অমসু খোঙ্গুল মুৎখ্রগনি। অসুক মমল য়াম্লবা, তরক তরক লেঙদ্রবা লনসিবু তাথি-তাওইনা তৌবীফম খোকলিব্রা ?

শঙাই কনানো ? মাগী মরি-মখোঙ থিদোকমিন্নসি। খঙমিন্নসি। প্রকৃতিগী তম্পাক্তা থরাইপানবা মশেল থরাইগী মমল খঙনা হিংমিন্নসি।

**শঙাই লেজেণ্ড :** অদুঙৈ, লুরাং শলাইগী পুদাংকোয় কৌবনা মীওইবা মপোক থারগে খন্না মকোক কোকয়েৎতা শংগাই কৌবা থাং মচা থেৎচিল্লগা হকচাং পুম্বা নাপীনা কুপশিন্দুনা লাই নিংখি। য়াওরৌ তুবানশা ওনখি। তুংদা শাদু শঙাই হায়না খঙনখি। তাইবং থরাইনা ওনখিবা তুবানশা ওইবনরা, মখোয় য়েৎ-ওই থাদোক্লদে। য়াম্না নুংশি চান্নবা লৈমিন্নে। মতমচুপ্পা শজিক চামিন্নে। কুনমিন্নে। অহিং য়ারেকমিন্নে। অকি-অখঙ খুদোংথিবা খুদিংদা থাদোক্লদনা মপাঙ 'ঙাই-ঙাইনা' লমজেলমিন্নে – শা-ঙাই, শঙাই কৌখিবনি থাজনৈ।

**মোইরাং কংলৈরোলদা শঙাই :** থায়নদগী শঙাইনা খোয়দাজবা লৈবাকনি – কংলৈপাক (মণিপুর)। লমদমসিগী ব্রাংমদা মহাক খক লৈনিংলুদে। লৈবকখিদে। অদুগা চীংনা পনলোন খারিবা তম্পাক অমসুং চীংখোঙ চীংয়াদদি মরাং কায়রম্মী। শঙাইথেল, শঙাইপ্রৌ, শঙাইতাবী ... শঙাই লৈরম্বা নৎত্রগা ফাখিবা থৌদোক ব্রাথোক ব্রারীগা মরি লৈননা মীংথোনখিবা মফমশিংনি। শঙাই মরাং কাযবম্মী হায়বগী খুদম চাংদমনি। অদুবু, মাংলমচৎতা মীওইরগী খুজিল-থৌরাং কয়ানা মাগী লৈফম-চাফম অসুম অসুম পিকশিল্লক্তুনা কৈবুল লমজাউগী ফুমথক্তা অবোইবা চংজফম লৌখি। অদুগা মীরোল কযা লিনবক্লিবা ব্রাবীনদি - অদুঙৈ মোইবাংগী অথৌবা কদেং থাংজহনবনা লৈবাক নিংথৌ যাইফনবগীদমক তোববুং লমজাউদগী শাশিং ১০০ ফাবগা লাইদা কৎখি। মহাক্না চেংলৌ হেন্না নিংথিজবী, নাওপু-থাশিং শুনা তোমথিন ঙানবী শঙাই অমসু ফারকখি। অখন্নবা য়ারৌনি। চান্নবী তোনু লাইজিংলেম্বীদা নুংশি খুদোল তম্নবা। অদুবু মানা শাতানবা চৎখিঁঙে তোনুদি নিংথৌকোন্দা ওংখিরমলে। নিঙমদবগী

পিরাংলক্তা নাওপুরবী শঙাইদু কদেংনা কৈবুল লমজাউদা থাদোকখি । মাগী মচা-মশুশিংনি ঙসিফাও কৈবুল লমজাউদা লৈরিবা শঙাই ?

**শঙাই অমসুং হিয়াং হিরেল ঃ** ঐখোয়গী লূদা-তোংদা পকখ্রবা, মতিক লৈরবা শঙাইগী ৱারী শীংবুনলক্তা অদুঙৈ, নিংথৌগী হিয়াং হিরেলদা মাগী মকোক-মচী হাপনখিবগী থৌদোক ৱারীসু ময়েক লারি । নোংমা লুৱাং নিংথৌনা কৌজেং হারৌশিংনা অকংবা খিকলোই লাংনাদা চেৎনা কোল্লগা ঈপাক ঈরংদা কোইতাও তাওনা নিঙাইদনা লৈবা উরুবদগী হি শাবগী ৱাখল পোকখি । ইঙেল চীংদগী উনিংথৌনা হি শাহনখি । ময়াম্বা পুদাংকোয়না ওনখিবা য়াওরৌগী অকংবা মকোক, মচী হিদা হাপ্লগা লুৱাংঈ তুরেলদা অহানবা হিতোংহনখি । থৌদোকসিবু নিংশিংনবা ওইনা নিংথৌগী হিয়াং হিরেলদা শঙাই শাকোক হাপ্লখি । মতুং ৱারীদা – মৈতৈ নিংথৌ থৱানথাবনা (১১৯৫-১২৩১) খুমনগা মায়োকনবা লানফম অমদা খুমনগী পাঙ্গলবা ৱাকপগী লুরেল কক্লগা হাপ্তুনা পুরকখিববু নিংশিংননবা হিয়াং হিরেল হিরুবাক্তা ৱাকপগী মকোক হাপ্পা চৎনখি ।

**শঙাই শকখঙনরকপা ঃ** মহৌশা শঙাইনা মণিপুরগী চীংয়া তময়াদা মরাং কায়রব্রবসু মাগী অথোইবা মতিক মগুন খঙনরকপা মতমদদি কৈবুল লমজাউদা লৈরম্রে । কৈবুলগী ফুমদি-হাওদি মরক্তা লোৎশিন্দুনা থম্বা মনি ওইবম্রে । অচাকপা মৈবু ফিনা কুপশিন্দুনা কয়াম কুইনা লোৎঙমনি । ১৮৩৮ দা পারসী এলদনা (আসামগী চিফ কমিশ্নরগী প্রিন্সিপল এসিসতেন্ট) লোক্তাক খোঙবান্দা শঙাইগা উন্নখি । শঙাইগী ফজবদা মহাক পুংশুম শুমহৎখি । পুমঙাও ঙাওহনখি । তথক-তথকপা শঙাইগী মীৎয়েংনা মাবুসু থকহনখি । ফুমদি-হাওদি মথক্তা তুমিৎ-কাংগী চৈনা খাঙলিবা শঙাইগী মতৌদা মাসু কপখি । কেপটিন গুথ্রিসু (বঙ্গালগী ইঞ্জিনিয়ার) এলদগুম্না শঙাইগী ফজবা চিবোংদা ঙাওখি । মালেমদা শকখঙনদনা কেকু লোৎলিবা মণিপুরগী শজি মখলনি । কেকু ফোঙলগে খন্না বঙ্গালগী এসিয়াটিক সোসাইটিগী জোন মেক্লিলেন্দা শঙাই মচি জুরা খরা খুদোল তমখি । খুদোলদুনা মেক্লিলেন্দবু অমুক লৈতাহন্দ্রে । বিগ্যানগী মমিং থোদ্রিবা শজি মখলনি । অনৌবা মীং থোন্দুনা মীয়াম খঙহন্নবা পারসী এলদ অদুগা গুথ্রিগা কুপ্পা ৱাতানখি ।

মেক্রিলেন্দনা শঙাইগী মিং থোন্নবগী ৱারী ৱাখোঙ থিরকপগী মতাঙ অমদা ঃ[১]

*... ১৮৩৯ দা ঐনা কেপটিন সি এস গুথ্রিদগী **ক্লসা** হায়না খঙনবা শজি কাঙলুপতুগী মনুংচনবা, মচা ওইরিবা শজি অমগী মচি অমা ফংখি। লোয়নন্না মচিদুগী তোপ-তোপ্পা মওং-মতৌদু চেকশিন্না য়েংনবা হায়রকখি। শজিসি কনামতনা শকখঙনদ্রিবা অনৌবা ধারা অমা ওইরম্বা য়াবগী ইঙ্গিৎসু মহাক্না পিরকখি। মচিদুগী মরমদা ঐনা য়াম্না খঙনিংবগা লোয়নন্না মতমদুগী এসিয়াটিক সোসাইটিগী মিউজিয়মদা লিশিন্দুনা থমখি।*

*কলকটা নেচরেল হিষ্ট্রি চেফোঙগী মরিশুবা মশিং, লামায় ৫০১ দা ঐনা কেপটিন গুথ্রিনা পল্লকখিবা তোপ তোপ্পা মচিগী মওং-মতৌদু শুগায়না তাক্লগা ইখি। প্লেট তরানিথোইশুবগী অহানবা ভোলুম হায়না মমিং থারগা ফোঙখি, অমসুং মঙোন্দা মখাতানা কুপথনা থিজিন্নবগীদমক চেকশিন্না শিন্নখি। কেপটিন এলদ কৌবা আসাম কমিসনারগী প্রিন্সিপাল এসিসটেন্ট ওইনা থৌপুবম্বা অমসুং মহাক্না হান্না মণিপুরদা বৃটিশ পোলিটিকেল এজেন্টকী য়ুমদা লৈরম্বা অমনা ঐখোয়না ফোঙখিবা অমসুং কনাগুম্বগী মত কৌখিবা শজি মচি অদুগী মরমদা য়াম্না থৱাই য়াওরকখি। মানা শাশিগী মওং-মতৌ অমসুং ঐখোয়না হাপখিবা অয়েকপা মচিগী মরমদা মত পিরকখি। হীরমসিগা মরিলৈনন্না, পঙ্থরুবা নাইদনা য়াম্না নুংঙাইবা চিঠি অমসু শাংনা ইরকখি[২]। মসিনা হৌজিক ফাওবগী ওইনদি মীয়াম্না খ্বাইদগী খৌরাংনবিবা শজি মখল অসিগী লমচৎ-শাজৎ অমসুং মওং-মতৌগা মরী লৈনন্না ইহান হানবা পাউ হায়বদু ওইরে। কেপটিন এলদগী চিঠি অদু অনীশুবা ভোলুমগী লামায় ৪১৫ শুবদা ফোঙখ্রবনিনা মদু শিকারদা যাম্না হৈথোয-শিংথোরম্বা নুপা অমনা শা অমগী মশাগী পোক্রফম লমগী লমলক্তা মনিং-মখা তমলিঙৈদা উহৌবা য়াম্না মকওইবা অমসুং মমল লৈববা মীৎযেংনি হায়না চুম্না*

---

(১) **কলকটা নেচরেল হিষ্ট্রি** (১৮৪২) অনীশুবা ভোলুম, অনীশুবা মশিং, লামায ৪০১-৪০৯।

(২) কেপটিন এলদগী চিঠি ঃ বাবেংসিগী অবোইবদা।

*পল্লুবা নৎতনা নৌহৌনা অমুক শিংথানকবগী মথৌ তাদ্রে। কেপটিন এলদগী চিঠিদগী খঙবা ঙম্মী মদুদি শা অসিগী মবমদা মহাক্রা ১৮৩৮ দগী হৌনা মমুৎ তানা খঙলে। অদুবু মহাক্রা মতমদুগী চেফোঙ অমদা মীযাম খঙনবা ফোঙদোকখিদবগী মকওইবা মবমদি মঙোন্দা কনাগুম্বনা মসিগা মান্নবা শজি মখল অমসু অৱাং নোংচুপকী মফমশিংদা ফংই হাযবকখি। কেপটিন এলদগী অনিংবা অপাম্বা ফোঙদোকনিংবা অসিদা যৈথৎপা অসিমক লৈবমদ্রগদি মীযাম্না খঙনিংনা খৌবাংনা ঙাইনবিবা, মশক-মতৌ খঙনদ্রিবা শা অসি মীযাম খঙনা পুথোক্তুনা মশক তাকপদা অতৈ কনামতনা হাযনদ্রিঙৈ মহাক্রা ইহান হান্না পুথোকপা হাযবদু ওইবমগদৌবনি। অদুবু মহাক্কী অপাম্বদু মতমচানা পুথোকহৌদবনা, মাগী হান্না খঙলম্বশিং অদুনা কেপটিন গুথ্রিগী চিংনিঙাই যাওদবা অৱাংবা থাক্কী ফংফম থোকপা হক্ত্রু মাঙহনবা ঙমলোই, অমসুং মহাক্তুনা পৃথিবীদা* ***সৱবস ক্রোন্তেলিস*** *কৌবা শা অমা লৈবে হাযনা লাওথোকপা মীশকনি হাযগনি। মসিখক্তুনা কেপটিন গুথ্রিদা পিবা ইকাযখুম্নবা লোইদ্রি। মবমদি মহাক্রা অচুম্বা পোৎশক অমা নৌনা পুথোবকপা অসিদা শিজিন্নবিবা পোৎচাকশিংদা পেন্নদবা কযা কোক্রবা চহী অহুম পুবা চুপ্পা শা অসিগী পুন্সি তাঙ্কক খুদিংগী শক-শযাং, উম্পা অমসুং মকোক-মচী ফংনবা থৱাই যাওনা হোৎনখি। মদুনা মহাক্রা অহানবা ইনৌ-নৌবা শজি মখল অমা ওইগনি হাযবগী পিখিবা ইঙ্গিৎতু যেৎননিঙাই লৈতনা অচুম্বনি হাযনা প্রমান তৌনবা খৌবাং তৌখি, অমসুং পৃথিবী পুম্বনা শা অসি ফজনা খঙবীনবা হোৎনখি।*

**শঙাইগী শাগে-নাতে ঃ** লোক্তাক খোঙবান্দা শঙাইনা অহানবা শকখঙনখিবা এলদ নি। মহাকপু ইকাযখুম্নদুনা শাসিবু ***সৱবস এলদি*** মীংথোল্লবসু মাগা শকমান্নবা, ঈ মবী তিন্নবা অনীমসু মীবমদা লৈবি হাযবা খঙনবকখি – অমনা ব্রমাগী (ম্যানমাব) মীনবু উমংদা অদুগা অতোপ্পা অমনা থাইলেন্দা। লমদমসিদা **শঙাই** হাযনা নুংশিনা কৌনবগুম মখোযবুসু ব্রমাদা **থামেঙ** (অচৌবা শজি) অদুগা থাইলেন্দা **লমাঙ** (শজি অচৌবা) হাযনৈ (বিগ্যানগী লোন্দা মণিপুব শঙাইবু ***সৱবস এলদি এলদি,*** ব্রমা মখলবুনা ***সৱবস এলদি থামিন*** অদুগা থাইলেনগী মাবুনা ***সৱবস এলদি সিয়ানেনসিস*** হাযনা খঙনবি)।

**শঙাইগী মিংশিং ঃ** মমিং য়াম্বী শঙাইনি। মীরৈবাক, মীরমচাশিংগী মরক্তা কনানা কৌনৈ মাবু – **মণিপুর শঙাই**। **মণিপুর থামিন** কৌনবসু য়াওই। **এলদগী শজি মখল** নৎত্রগা **পানোলিয়া দিয়ার** হায়নবসু মাবুনি। মহাক্না (শঙাই লাবনা) শজিক চাবা/ঈশিং থকপগী লুকথরকপদা মচীনা পিশুমদগী থিনগৎলকপা মান্না উই – **মণিপুর ব্রো এণ্টিলর দিয়ার** কৌনৈ। ফুদোঙবা সনা কুচুনি – **সনামনবী**। মতিক মগুন লৈবা জগোয়গী লৈবাক, মহাক্কী ঈশিং নুংশিৎ, প্রকৃতিগী শুমহৎয়াই মরক্তা পোক্রিবা লমদমসিগী শা-উচেক পুম্নমক জগোয় হে। শঙাইসু। হৈশিংলবা মীওইবনফাও খোঙফম চুম্না লেপ্পা ঙমনদবা লোক্তাক্কী থোক থোক নোম্রিবা ফুমথক্তা নিঙাইদনা শান্নরিবা শঙাই উরগা ঙক্কবা কনা লৈরিবগে ? নিনিপানবা থাজগুম্বা চীরোংনা লৈতেংলিবী, তীংদা য়াঙদা চুম্বী মহাক্না শাথেক হৈবী কনাগুম্বীগুম ফুমগী তাম্বা চাননা থাংলকপা খোঙথাং – থেক্কা থেক, নৌগা নৌ; য়েৎতা চেপ্পগা ওইনা ফা, ওইদা চেপ্পগা য়েৎনা ফা, মতৌসিনা বৃতিশ মচা ঈ পী জী পুমঙাও ঙাওহনখি। মাবু **মণিপুরগী জগোয় হৈবী শঙাই** মিংথোনখি। লোক্তাক খোঙবান্দা লৈবা শজিনি – **দিয়ার ওক দি লেক**।

**মশক-মতৌ ঃ** চহী চা কয়া লিশাংশিংনা হীরম কয়াদা নৈহৎপিরক-পদগী মরাইবক থিরবা লমলক্কী থরাইশিংগী মরক্তা শজি-শঙাই অথোয়বনি। ফিভমসিদা মখোয়গী মখল কয়া মতমগী চৈথেং ফংদুনা চাদা নাওদা কাঙখুল মুৎখ্রে। অদুগা হিংহৌরিবা কয়ামসু মমী ইশাম শাপ্রে। অসুম্না মরাইবকথিরবা শজিশিংগী মরক্তা শঙাইগুম্না চুঙ-ফিরাল চাবদি অতাঙবনি। সেন্টিমিটর ১২০ মুক ৱাংনা মপুঙ ফারবা (অমোমনা সেন্টিমিটর ১০০ রোম ৱাংই) লাবগী কোকথক্তা থা মচেৎ শারিবা চীহৌ, শঙাই মহাক্তগীনি। ফাইরেল-লমতাদা য়ুম্বান্নখ্রবা লাবগী মচী অনীমক হৈখোক লৈখোক লোয়রবা হে লৈগুম মতোমতা কেনখি। অদুগা য়াম্না থুনা মচী-তুম্বৌ চোংদুনা জর জর চাওখৎলি। মতমসিগী নৌনা হৌরকপা মচীদা রেশোমগুম তমোন-তমোনবা উন্সাগী কুয়োমসু কুমগী শজীক নাপীশিংনা উঁহে মরু য়ান্দুনা শিকংনরকপগা ইরোয়ননা লিন্না মকু হুবগুম অমুক হুক্তোকখি। তনৌ তনৌবা মচীগী শরু লুনৌনা ফি খোংদবা কনাগুম্বীগী হকচাংগুম্ তঙাং তঙাং লৈহৌই। মতুংদা নুংশিৎ নুংশা লাংলগনা শরুগী মচী ওই। ফাইরেল লমতা অমুক য়ৌরে। উপাল ৱাপালশিংনা অনৌবা য়েনিং হুল্লকপা, চরোৎ লাংনানা হুপনৌ শজিক

চোংলকপগা ইরোয়ননা শঙাইসু থমোয় লৈয়োল চোংই। লাৱগী কাংচেৎ মচু কানা কাঞ্জিল তকপগুম ইরং লংলকই (অমোম্না ঙাংলৈনবা সনা মচুনি), লোয়ননা লেংতাবমখে নোয় পেল্লবা ঙকশমদা মতু জুম জুম চোমলকই। মতমসিগী মপুঙ ফানা কল্লবা মচী পাল্লবা মখোয়না কনাবুসু কিরক্তে। শামান লেংমান্নবা মরক্তা কোয়না চৎতুনা লানশিংনরকই। অমোম হাকন্নবগী তোইনা খৎনৈ (ৱাইনৈ)। অঙম্বনা অমোমদুগী মপুনি। মখোয়নি য়ুম্বান্নৈ। য়ুম্বান্নবা লোইখিবগা মচীসু কেনখিবগা লোয়ননা লাবগী ফজরম্বা শক্তম মাংখি। অথোয় নাপল কারম্বা মহাক্তো মথংগী য়েনিং হুন্দ্রিফাও কনা লৈজদবা অমগুম পুন্সি লেল্লি। য়ুম্বানথাদসু অমোমগীদি নাপল লৈতে। য়ুম্বীরেম্বীগুম ইং-তপ্পী। থা নিপাল নাওপুই। নৌনা পোক্লকপা মচানা লাবা ওইরগা চহী হেল্লকপদা হামেং মান্না চীহৌই, মদুনা কেনখ্রগা অমুক থা-মচেৎ শাবা শঙাই মচী ওইরকই। য়ুম্বানথাদা শঙাইগী ফজবদি ঃ

... ... ... ...

*চোয়নৌ সনাবু ঙমজবী*
*সনা ফুদোঙবা কুচুনি*
*লুরেলথক্কী চীবোংনা*
*নিনি পানবা থাজনি*
*তাঙথক নাইবা ফুমদিথক*
*য়াওরৌ খোঙকাপ তানবদি*
*শাথেক হৈবী নুজাগী*
*জগোয় খুথেক ঙমজৈদা* (৩)

**শঙাইগী মরাইবক ঃ** কৈবুল লমজাউদা শঙাই করমতৌরি ? মহাক পুন্সি নুংশাংনা হিংখিগদ্রা ? তেল্লবা ৱাহংসিগী পাউখুম মরোং মরোংই। শুপচিল্লগা, অদুগৈ বৃটিশনা কংলৈ সনা কোনুং পায়নবা মায়কৈ কয়াদগী তমশিল্লকপগুম কৈবুল লমজাউগী ঈশিংনা কোয়শিল্লবা ফুমথক্তা শঙাই য়েক্লবনা লাঙোই চল্লবা বন্দিগুম হিংলি। লানবন মনুংগী শজি ওইরি। গড় মান্দারনগী রাজকুমারগুম মহাক। মায়কৈ মরিদগী অরুবা লানফম মায়োক্লবি – অনীনা শকউনা অদুগা অনীনা শকউদনা।

---

(৩) **ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু ঃ** অইবা।

১। **শাদানবগী চৈথেং :** থব্রাই খুদিংমক শিবা নাই। লায়না তিন্না, অহল ওইরকপগী শিবনা মহৌশাগীনি। অদুগা, শাদানবা অমসুং লৈফম চাফম লৈরক্তবনা শোকচিল্লকপগী শিবনা খুৎশেমগী। শকউবা লানফম অনীসিগী মনুংদা শঙাইনা অকোনবগী সিদা হেন্না ব্রাজে। মাবু ঙাকপী শেনবীরিবা আইনগী খুবামনুংদা শাদানবগী লাংদা থুবদি খরতনি। অদুগা লৈফম শোকচিল্লক্তুনা লাই ওল্লক্লবদি চেনফম, নাম্বোকফম লৈত্রবা মখোয় খরসি মীৎনা কুপ্পদা লোইগনি। মাংলমচৎকী হৌজ থেংখাঙ কয়াদা মীওইবগী মীৎয়েংদগী নাম্বোক্লবা নারক মোংশোঙ, কাচিন কোয়াদা লোৎ লোৎতুনা খাঙলকখিবা শঙাইনা উপাই লৈরক্তবদগী কৈবুল লমজাউদা অরোইবা চংজফম লৌখি। তথক তথক মীৎয়েংদা ইপাই চাওবী তুবানশা ওইখি। 'কৈ কিদুনা চেল্লগা শওম ওকনৈ' হায়নবগুম মফমসিদসু মহাক লৈতাবা ফংদ্রি। মীওইবগী মীওৎ মীনৈদগী নাম্বোকপা ঙমদ্রি। মাবু লোন্না লোন্না শাদুরী। ঙাক-শেল্লিবশিংনা মাবু কন্নবা হোৎনবদা শাহাৎপগী নোংমৈনা পানবগী ব্রারী (১৯৮৪), থব্রাই য়াওদ্রবা শঙাই অমোম অমা পুরগা লৈবাক পুংজাও থিনখিবা (২০০০), শাহাৎপগী খয়াৎতগী মুল্লকপা শঙাই শাদোঙগী ব্রাথোক (২০০৩), মফম কয়াদা থৌরী কোঙ্গোই লাং থাক্লবা – খুদম খরতনি। মাগী মরাইবক থিখিবগী থৌদোক-ব্রাথোক কয়মদি কৈবুলগী অশোঙবা নারক শীংলক্তা কৌজেং হারৌতনা শৈথারি।

২। **লৈফম-চাফম শোকচিল্লকপা :** কৈবুল লমজাউগী ঈশিং কম্বোং মনৌ, অপোম্বা লৈশিংবু থৌবোম থন্না চারগা তৌ, থোইমোম, শীংউৎ, শীংনাংলক্তা নোংজু নুংশা খাঙলিবী শাসি অব্রাবা চৈথেং ফংলে। মীওইবগী মীওৎ মীনৈ থাংঙমদ্রে। লোক্তাক প্রোজেক্টকী ঈশিংনা মাগী লৈফম থুমলে। ফুমদি ঈরাক্রে। ফুমথক্কী নাপী শীংনা পুম্নমক ইতাক তাক্রে। মতমচুপ্পা ঈশিংনা চামদুনঙাক লৈরবা ফুমদি পাথরে। খোঙনেৎ খোঙদাফম য়ারক্রে। মফম কয়াদা ফুমদিনা মচেৎ মচেৎ কায়দুনা কোইতাও তাওবি। অকি-অখঙ মতমদা য়াম্না পাখৎনা লমজেনবী শঙাইনি। লমজেল্লিঙৈদা মপাঙ্গল মথৌনা লৈবা লাবনা মরক মরক্তা লেপ্তুনা, তুং হন্না য়েংলগা লমজেলমিন্নরিবা মপাঙ ঙাইবগী হৈনবী লৈরগসু অমোমশিংদি অশোঙবা নারক মোঙশোং হেক ফংদ্রিবফাওবা লমজেল্লি। মতমসিদা পাথরবা ফুমনি খঙহৌদবদগী নেৎলুদুনা নিংদোল চাংজৌ থুম্না ইরাকনৈ। অব্রাবগী মথক্তা অব্রাবা, য়ুম্বানথাদা

খোঙগং খুকংবা ফংদ্রবা মফমসিদা লাব-অমোম করম্না চিল্লোক্করুনি ? মীওইবগী য়াইফ থৌরাং প্রোজেক্টসিনা শঙাইগী য়েক্লবা ওইরি। মহাক্লনি মতম কৌবা লাইগী শক্তম লৌবগা খুবাম তিংনা শঙাইবু ফাগদৌবগী তান্নরিবা। ময়া লাওনা কাথোক্লুনা শঙাইবু পুম্না য়োংকদৌবগী ঙাইরিবা। ফিভমসিগী অৱা পিরাংলক্তা শঙাইনা তেংথারি – **ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু, ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু**। লোইবমদাই মীৎকুপতা মাগী থমোয়দগী শিঙ্বরকপা পিনা লোক্তাক্কী ঈশিংদা তপ তপ তাবি। অদুগুম্বা পিবাং তোৎলবা ঈশিংনা চলাইবা, হে লোক্তাক প্রোজেক্ট, নংগী পুন্সি কয়াম শাংদৌবি ? শঙাইগী শিংলি ঈচেল লেপখিদুনা মালেমদগী খোঙ্গুল মুৎখিবগা লোয়ননা নংগীসু অরোইবা ওইরোইদ্রা ?

কৈবুল লমজাউদা শঙাইনা অথাবা ফুমদা মরুওইবা অদুমক অশোংবা নাপীসুনি। মফমসিগী শজিক অদুগা নাখল পিরিবা অৱাংবা নাপীশিংনা মতমচুপ্পা খল মান্ননা হৌবা মহাক পাম্প্রমগনি। নাকল অমনা হেনগৎলকপদা ৱাদুনা লৈরবা মাগী পুন্সিদা অৱাবগী ঈনোৎ হাপকনি। লৈফম চাফম ফংদ্রবা মফমদা শজিক মবাং কাযবা ঙাক্তনা মহাক হবাওরোই। অদুগা, শজিক হৌদনা অৱাংবা নাপীঙাক্তা ওইরগসু চরা হেনগনি। মতমসিগী ওইনদি অনেম্বা নাপীশিংগী মকমদা অৱাংবনা ঈরাক্লরি।

৩। **পারী পুরীগী হী-য়াই শোঙ্বরকপা ঃ** থৱাইপানবশিংদা মপা-মমা খবনা হন্না হন্না য়ুম্বান্নদুনা পোকলকপা মচা-মশুশিংদা পাবী পুরীগী হী-যাইগী মতিক (জীনগী শক্তি) শোঙ্বকই। শঙাইদসু থোকলৱা ? মঙোন্দা লায়না তিন্না ঙাকথোকনবগী পাঙ্গল শক্তি, অসুম অসুম শোঙ্বরক্লমালে। হকচাংদা খজিক্তং খেবাৎপা ফাওবদা কুইনা লাইজৌই। আইচ আই ভি/ এইদসদগীসু হেন্না শাথিবা জেনিতিক্লকী লাযনা লাইওংনি। চেকশিন থৌরাং কযানা আইচ আই ভি শন্দোকপা থিংবা ঙম্প্রগসু শঙাইগী পারী পুরীগী ওইবক্লিবা অশোনবা অসিবুদি থিংবা ৱাবনি। ফিভমসিদা, অতাউবা ফুমথক্তা খোঙনেৎ খোঙদাবিবা শঙাইগী মঙক, মখোঙদা থৌবী কোঙ্গোয লাং হুকখ্রবা মানা কয়াম কুইনা খাঙঙমনি ?

কৈবুল লমজাউগী শঙাই ১০০ মুক অদুগা ভাবতকী শাযোকশঙ ১৫ মুক্কী মখোয় ১০০ মুক্কনা পৃথিবীদা মাগী অরোইবা মশিঙনি। শায়োকশঙ

অদুগা কৈবুলগী শাশিংগী মরক্তা য়ুম্বান্নহন্দুনা মাঙলুরবা জীনগী শক্তি হেনগৎহনবগী থৌরাংসু অদুক হাক্লা মঙাল নাইরোই। শয়োকশঙগী খরসিনা অমুক্কা হেন্না অপীকপা ইমুং মনুংগী মচা-মশুশিংনি। ১৯৫৬ তা কৈবুলদগী কলকটা (কোলকটা) পাংখিবা শঙাই জুরা অমা, অদুগা, ১৯৬২ দা দিলিদা লৈখিবা জুরা অমা; মখোয় মরিগী মচা মশুশিংনা মদ্রাজ, মাইসুর, নন্দনকানন, ট্রিবানদম, আসাম, কানপুর, হায়দ্রাবাদনচিংবা য়ৌথি। ১৯৭৮ দা ইরোইশেম্বা শায়োকশঙগী শঙাইসু কৈবুলদগী লাবা অমগা দিলিদগী লাবা অমা, অমোম অনীগনা হৌদোকখি। চহী ১০ মুক্কী মনুংদা মখোয়গী মচা মশু ১২ ফংজখি। লাইবক থিবদি ১৯৮৯ ঈশিং ঈচাওদা লাবা অমা নৎতনা পুম্নমক য়াওখি। ১৯৯২ দা হিংহৌরিবা শঙাইদুগা মাইসুরদগী লাবা অমগা দিলিগী অমোম অনীগা নৌহৌনা অমুক য়োকখৎনবা থৌরাংলি।

৪। **পা-পী খল কায়রকপা ঃ** মতম অমদা (১৯৫০) মণিপুরদা শঙাই লৈত্রে, শাঙাইগী খোঙ্গুল মুৎখ্রে হায়নকুরে। ব্রাফমসিগী অচুম্বা খঙদোক্লবা সুটজারলেন্দদগী আই য়ু সি এন না (ইন্টরনেসনেল য়ুনিয়ন ফোর কনজারবেসন ওফ নেচর) ঈ পী জী থারকখি। মহাক্লা কাচীন কোয়া ফাকলকপদা শঙাই ১০০ মুক কৈবুলগী নারক্তা লৈরম্বা থেংনরুবদগী ১৯৫৪ দা মফমসিবু শঙাইগী অমতা ঙাইরবা লৈফম ওইহনখি লোয়ননা শঙাইগী মশা-মউ ফনবা, মশিং হেনগৎহন্দুনা কাঙখুল মুৎখিবদগী কন্নবা থৌরাং হৌখি। থৌরাংশিগী কুমশিং ৫০ মুক শুরফাওবা, মশিংদি ইহেন হেনগৎতে (২০০০ গী মশিং থিবদা ১৬২ লৈ হায়)। মসিগী মরুওইবা মরম খরদি ঃ

- মতম কুইনা অফা-অপুন্ননা লৈমিন্নরক্লুবা মখোয়দা জীনগী শক্তি শোম্বরকপা।
- চাবোকথাদা ফুমদি ঈরাকপা, মীওইবগী নিলখোংবনা মখোয়গী য়ুম্বান থৌরম কায়হনবা।
- অরাপ্পা অনকপদগী ভুরেল, ঈরম খোঙলম, লবুক-লমহাংদগী চেম্বরকপা হুগী পোৎচাকশিংনা শঙাইগী চাবোক কয়াৎ শোকহন্দুনা মচা পোকপা ঙমদবা, লায়য়ৈ চৎপা, শোন্দম নাদম্বা মচা পোকহনবা (হুগী পোৎচাকশিংনা চিঙ্গাক্কী লম্বী পরিংদা – ঈশিংদগী লৈপাক লৈহাও, শজিক পাম্বীশিং মথং মথং শঙাইগী হকচাং য়ৌই)।

- লোক্তাক প্রোজেক্টকী ঈশিংনা পাথহল্লবা ফুমদা ফিভম চুমনা চৎপা হৈত্রিবা মচাশিং পুৎথবা। ঈরাক্লবা।
- শঙাইগা লৈমিন্নরিবা খরশা, লমওক্কী মশিং জর জর হেনগৎলক্তুনা লৈফম-চাফম মুন্নবা। লমওকনা শঙাই মচা মাঙহনবা।
- মফম কয়াদা অৱাংবা নাপী তাকশিল্লকপনা শঙাইগী লোৎফম-লৈফম, মরুম থুপফম লৈরক্তবা।

শঙাই খুদিংমক মীওইবগী থৱাইগুম মমল লৈরবা ঙাক্তনি। অমোমনা অমুক্কা হেল্লি। মহাক্লনি চাদা নাওদা পিগদৌরিবা। লমলক্কী জীব কাঙলুপ অমগী মশিংদা লাবগীনা হেনগৎলক্লবা মখোয়দো মরাইবক থিরবা, কাঙখুল মুৎকদৌবা কুইদ্রবনি। কৈবুলদা লৈরিবা মশিং খরসিদা লাব-অমোমগী খল কায়রব্রা? মনুং মতম চাদনা শিখিবা থারগা ভারতকী শায়োকশঙশিংদা পোকখিবা মচা ৩০০ হেনবগী মরক্তা লাবনা হেন্না য়াম্মী। মীপায়নবা কয়াসিগী মরক্তা ইরোইশেম্বদা শঙাই অমোম অমা তাইবং ফাওরকপগী হরাওনরিঙৈ, মশাগী পোক্লফম কৈবুলদা শঙাই হেক হেক মাঙলি।

লোইবা খম্বা নাইদ্রবা শঙাইগী অৱাবা ৱারীনি। মহৌশাদগী ইংনা চিক্লা লৈজবা পাম্বী মহাকসে মতমসিগী নিল খোংবা কয়ানা ঙহাক্তা লৈতাহন্দে। মিপাইচাওবী শজি ওইনা করিগুম্বা মরম অমদগীসু তথক তথক খংগনবী হায়বদু ওইহল্লি। থরক মিহুল চেনগুম চেনগানা চেলহল্লি। অসিগুম্বা ফিভমদা মরায় (মকোক) থাঙ্গৎনা লমজেলবী ওইবনা মাংদা করি লৈ উহৌদে। কংবী কংজাওনা কুপলিবা ঈশিংদা তাশিল্লুই। অপাবা ফুমদা পুৎথরুই। শাফা লাংদা থুরুই। ফাইরেল-লমতা-শজিবু, শঙাইগী য়ুম্বান্নবা মতমসিগী লাব-অমোম পুল্লিঙৈদা শাদানবশিংনা খুদোংচাবা তানলুম্মী। মখোয়গী থৌবাং কয়ানা শঙাইবু মিপায়হল্লি। য়ুম্বান থৌরম কায়হন্দুনা চাবোক হংহল্লি।

**শঙাইগীদমক্তা :** শঙাই অমসুং মাগী অমতা ঙায়রবা কৈবুল লমজাউগী ফিভম শাথিনা শোক্লে। মখোয় অনীমক করিগুম্বা মরম অমদগী হেক্তা মাঙখিবা য়ানা থরাক থবাক য়াল্লি। ফিভমসি য়ৌরফাওবা মখোয়বু

কন্নবা তশেং তশেংবা থৌবাং ইরাৎ রাৎলি। মপু পান্দবা ইথ্মোলগী হৈ লৈগুম্রি। অদুবু পৃথিবীগী কাচিন কোযাদগীদি মণিপুবগী শাঙাই কনগদৌবনি হাযবগী থোল্লাও থোক্লি। মিনুংশি, পাঙ্গল-থৌনা, শেনগী মতেং কযা পিনবক্লি। উবিষাগী নন্দন কানন্দা (১৯৮৯) শঙাইবু **স্পেশিজ ওফ দি ইয়ার,** মাইসুব শাযোকশঙগী ১০০ শুবা মপোক্তা (১৯৯২) **ঐথোয়গী শঙাই** হাযনা শিংথানখিবা মহাক্তো বৃটিশ ইযাবরেজনসু (১৯৯২) **নখোয়গী শঙাই কনবদু ঐখোয়গীসু ইথৌনি** হাযবি। যেলহৌঙদা লুরাংগী ঈনা ওনখি রাবীনবিবা শঙাই ১৯৮৯ দগী **মণিপুর ষ্টেট এনিমেল** ওইবগা ১৯৯৮ দা মঙাশুবা নেসনেল গেমসকী মাস্কোট **নিংথেম** মিংগৌদুনা খুমন লমপাক্কী চাযনপুঙদা তবি তবি থোবকখি অদুগা থোঞ্জেলদি থোক্তুনা হৌনা লাওবকখি – **ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু**।

---

## (২) জোন মেক্লিলেন্দা থারকপা পারসী এলদগী চিঠি :

*কলকতা জর্নেল ওফ নেচবেল হিষ্ট্রিগী মবিশুবা চেফোঙবু থাগৎচবি। মসিনা ঙসিগী পোষ্টা যাওবকপদা ঐ যাম্না নুংঙাইজে। ঙসিগী পোষ্টা যাওবকপশিংগী মনুংদা ঐনা যাম্না মক ওই হাযনা লৌবিবদি শজি অমগী অনৌবা শক্তম যাওবকপা, মদুনা মুনিপোব (মণিপুব) অমসুং কছাবগী মনক্তা লৈ হাযবা; মদুগী মচি খবা অকোনবগী মফমসিদা কেপটিন গুথ্রিনা ফংখি হাযবসিনি। যেক্রিবা লাইদু উবদগী ঐনা খঙলে মদুদি মদুদা পল্লিবা শজি মখলদু ঐ ইশামক্তা ইং ১৮৩৮ গী হৌগংলকপদা মুনিপোব তম্পাক্তা ফংখিবা অদুনি। চহী অদুমক্তদা ঐনা কেপটিন গুথ্রিদা মচি জুবা কযামকম পিখিবনি। মতমদুদা ঐনা শজিদুগী মওং-মতৌসি জর্নেল অমদা ফোঙদোক্কে খল্লম্বনি। অদুবু মদুগা মান্নবা শজি মখল অমা অরাং-নোংচুপকি উমংশিংদা ফংই হাযনা কনাগুম্বনা হাযবকখি। অদুনা মদুগী ফিভমদু তঙ তাদ্রবনিনা ঐঙোন্দা হান্না লৈবা শজিসিগী অশেংবা মচী জুবাদগী যেকথোকপা লাই, ঐগী শিকাব দাযবীদা মতমদুদা ইশিনখিবা শাদুগী চাওবাকপা মবম পুম্নমক নঙোন্দা (মেক্লিলেন) শিন্নববনি, অমসুং নংনা মদু নংগী অপাম্বা মতুংইন্না শিজিন্নবা ঐ হবাওনা যাবে।*

*মফমদুগী মীশিংনা শঙাই সুঙবাই (শঙাই) কৌনবদু লমদমদুগী*

তম্পাক্কী মফমখক্তদা ফংবনি। মদুনা কছাব নৎত্রগা কবো তম্পাক নৎত্রগা মুনিপোবগী অকোযবদা লৈবা নাগাচীংগী মফম অমতদসু ফংদবনি। মহাক্না পামজবা লৈফমদি মুনিপোব তম্পাক্কী নোংচুপথংবা মাইকৈদা, তম্পাক্কী শকক লোইশিল্লকপদা অনেম্বা নাপী মবাংকাইনা হৌবা লোগতা (লোক্তাক) খোঙবানগী পাৎথি-কোমথি ওইবা অমসুং চীংখোঙ-চীংযাগী চোৎ-চোৎ লাওবা মফমশিংনি। মখোযদি শনলুপ নাইনা পুন্না লৈগনবনি অমসুং কুমগী অকুংবা নাপী লাম্মৈনা তুম্না চাকখিবা মফমদা মখোযগী মশিং ২০০-৩০০ গী শংগু শনলুপ লৈবা ঐনা তোযনা উখি। লাবনা নভেম্বব থাদগী মে লোইবকপা ফাওবসি যাম্না হকচিনবা কাংচেৎ মচুনি। হেক যেংবদা মুবৈনবা মচু মাল্লি। মখোযগী মশাদু খুৎউ তাঙ ফাওবা চবৌ-চবৌবা, ইঞ্চি ৪ দগী ৮ ফাওবা শাংবা মতুনা কুপশিল্লি।

মঙক্তা মতু কুঙনা হৌই। হাযফেৎ শগোল মশোং মাল্লি। শাওববা মতমদা লাবশিংগী ঙকশমগী মতুনা চপ-চপ যুংখৎতুনা উৎলকপা শকফম, মসিগী মথক্তা চহীগী যুম্বান্নবা মতমসিদা মখোযগী হকচাংদগী পিথোবকপা অযাকপা মনমদু ফুত ৪০-৫০ ফাওবা লাপ্পা নম্মী। অসুক্কী মতিক অকিবগী শক্তমনি, মদুদি ঐনা খনবদা থৌনা ফববা শামুনা ফাও মনাক নকশিল্লুবা হংগোইগনি। জুন থাদা লাবশিংগী মচী কেনবা হৌই অমসুং অনৌবা হৌগৎলকপা মচীনা নভেম্বব থা ফাওবগী মনুংদা শাবেপ ফানা চাওখৎলি। অদুবু মপুঙ হেক ফাবা হাযবদুদি ফেব্রুযাবী-মার্চ থাশিংদনি। মতমসিগা চাননা জুন থাদগী মখোযগী কুচুসু হোংলকই, চবৌ চবৌবা মতুদু কেনখ্রগা ইঞ্চি মখাযমুক্তা শাংবা অবংবা কানা শিৎ-শিৎ নান্না ফজবা কোনা মচুগী মতুশিং কুঙ-থানা হৌবকই। ফিবেপ চুম্না পিকতক্না পানবা কোক অমসুং চুং-ফিবান চাবা ফিভম, অপৌবা মতু কেনখিবগী নৌনা শিল্লকপা শাবেপ ফাবকপা, মতমসি ঐগী মোৎতা শজি মখলসি অতৈশিংদগী খ্বাইদগী হেন্না ফজে। চীং লেম্মী। কাঙদোং ফাববা শঙাই লাবা অমনা চাংচৎতা খুৎ তবামখোই মখায রাংই, অমসুং অমোম্না মদুদগী ইঞ্চি ৩ নৎত্রগা ৪ হংই। অকোনবগী মচুদি চহীচুপ্পা হোংবা নাইদে। হাযফেৎ কোনা মচুগুম ফজে। অদুবু নোংজু থাদদি অতৈ মতমদগী কুচু খবা পাহ্নোকই। শঙাইনা অতৈ শজিশিংদগী খেন্নবা মবমশিংগী মনুংদা মকওইবা অমনি [illegible]থংবা

(মাঙলোমখংবা) মচীগী তোপ তোপ্পা মওং অসিনি । মসিনা কোকখক্তগী হৌরকপা মচী চৈখোক্তগী করিগুম্বা কাচি-কারোং শানা লোঙখোরকপগী মহুৎতা তুংলোমদা পরিং কায়দনা ইম্বোকপগুম তৌই । মীৎ মখক্তা পোলাংখোক শানা তিংদুনা মীৎ লোৎশিন্দুনা থম্বগুম উই । থা-মচেৎ মানবা মচী পানবা শজি মখলসিনা মীৎচাননা য়েংলকপা নৎত্রগা চৎলিঙৈদা মাঙলোমদা মচী জুরা অমা অদুগা তুঙলোমদা অতোপ্পা জুবা অমা পানবগুম উই । মহৌশানা মপুঙফাবা লাবশিংগী মচীদা অতেনবা মচী-মশা কারোং ৬ তগী ১০ ফাওবা লোঙই । অদুবু ঐনা হাংখিবা য়াম্না অহল ওইরবা শাকোক অমদি তশেংনা মশা ১৬ পাল্লি ।

অহিংবা শা অমতং ফংদুনা মদু য়ুরোপতা থাবা ঙম্রবদি যাম্না কান্নগনি খল্লি । অদুবু মদু ফংনবা হোৎনকবদা য়াম্না লুবা থবক ওইগনি খল্লুবদা অকিবা পোকই । শঙাই মচা ফারগা য়োকপা মতুং থা খরা হিংলম্রগা চহী ফারকপদা শিখিবা থৌদোক কযামরুম ঐনা থেংনম্নে । অদুনা শঙাই মচা অমতা মপুঙ-মরৈ ফারকপা ফাও য়োক্তুনা হিংখি হায়বগী করিগুম্বা খুদম অমতা উখিদ্রি । তাখিদ্রি । মদুসু মশাগী পোক্রফম ঈশিং নুংশিৎতা । অদুনা শা অসিবু সমুদ্রগী লম্বেলদা পুবদা হিংবা ঙমগনি হায়বসি থাজবা য়াম্না ব্লাৎলি । ঐনা তম্পাক্তা লৈবা মরুপ অমদা করিমতা তেক্তা-কায়দবা শরু-শয়াং, মউলনচিংবা থাবিরক্রবা চিঠি ইখ্রে । মহাক্রসু ফংবা ঙম্রবদি থারক্কনি হায়না য়াবীরে । অদুবু মদু পাক হেক ওইখোক্কনি হায়বদি থাজদ্রে । মরমদি হৌজিক সুঙবাই কৌবা শজি মখলসি মনিং-মখা তমহল্লিবা অমসুং কনা অমতনা হাৎপা য়াদনা কোইচৎ চৎলিবা হায়বদু খক ওইদ্রে ।

**পারসী এলদ** ☐

# উমংলাই-লাইকোনুং
# (বিগ্যানগী মীৎয়েং)

করম্বা মতমদগী উমংলাই লাৎপা হৌনরকপগে হায়বা চপ চানা হায়বা ঙমনদ্রগসু মীওইবনা লৈকুৎ লৈরাইদা মচোয় মচোয় লৈনরম্বা পুন্সিদগী খুদোংচাবা মফমদা পুল্লপ-পুল্লপ য়ুমলিং খুললিংনবা হৌনরকপদগী উমং, মোংশোঙগী মফম কন্দুনা থম্বগী চৎনবী হৌদোকখি। মফম মফমদা লৈপুঙ, নুঙনচিংবা থমদুনা লাইগী লৈফম ওইনা লৌনবকখি। অৱা অনা মতমদা ইরাৎ, থৌনি তৌফম ওইরকখি। উমংদা লৈবা নৎত্রগা উমংগী লাইনি হায়না খন্নরকখি। নুংগী ৱাহঙ্গোক্সা, উমংগুম শুক্রবা পুক্লিং লৈকোনুংদা, থক-খা খায়বা মতৌবু লাইয়িংথৌ-লাইরেম্বীনা উমংলাই ওইনা ফোঙবীবনি। তাইবংপানবা অসিবু শেম্বীরকপা লাইনিংথৌ (লাইয়িংথৌ) অদুগা পলেমগী খুভম য়াবিবী লাইবেম্বী অনীনা পুরুষ-প্রকৃতি নৎত্রগা লাব-অমোম নৎত্রগা য়েৎ-ওই নৎত্রগা নুপা-নুপী নৎত্রগা পা-পী নৎত্রগা ইপা-ইমা হায়না শক্তাক্রবনি। মালেমদি মখোয় অনীগী তাইবংনি। মখোয় অনীগী শান্নফমনি। মীওইবগী হকচাংদা থৱাইগী মিহুন-তাঙফম ৩৬৪ বু মপান্দা উমংই ৩৬৪ হায়না শক্তাক্রবনি।

থায়নদগী উমংলাই লৈফম/লাৎফমদা উ-ৱা মবাং কায়না হৌহনবা চৎনরকই। মফমসিদা তগৎ-তগৎ তেক্লিবা উমং অমগী মচাক-মথুম শুনা লৈ। উজাও-উরেলদগী অপীকপা নাপী-শীংনা; তুমিৎ-য়ুরালদগী অচৌবা শা-উচেক ইফং ফংই। মফমসি পিক্তকপা উমং ওইরসু মখল মথেল থৱাইপানবশিংগী লাইরৈবাকনি। মতম মতমগী হৈ-লৈশিংসু ইৱাৎ ৱাৎতে।

লৈকায, খুল্লক্তা লৈরগস্ মীওইবগী ইথিল চংদনা চীংলেম্না ফজে। য়েংবদা থুক লাওই। লাইগী থৌবম পাঙথোক্লবা নৎতনা মফমসিদা মী ইচং-চংনদে। চংলুগদৌবা হঙ্গোইনে। লাইগীদমক তমখ্রবা, লাইদা কৎথোকখ্রবা, লাইগী অশেংবা লৈফম, উমংনে, লাইগী কোনুংনি-লাইকোনুং। প্রকৃতিগী নিংথিবা, মহৌশাগী অরোল-অথুপ, কলা-সংস্কৃতিগী মচাক-মথুম ব্রাৎত-পাদবা পুক্কেনি-লাইকোনুং।

লাইগী নৎত্রগা করিগুম্বা অকক্লবা মবম অমগীদমক মীওইবনা কন্দুনা থম্বা উমং মচা-মচা পৃথিবীগী মফম পূম্নমক্তা লৈ। মরুওইনা এসিয়াগী খুল্লক্তা মবাং কায়। ভারতকীদি কেবলাদনা খ্বাইদগী হেল্লি। মণিপুবদা উমংলাই ৩৬৪ গী খুভম মহৌশাদগী লৈবকই। মফমদুদা চহী খুদিংগী হৈকৎ-লৈকৎ তমদুনা লাই হবাওনৈ। মতমগী য়াওলদা মীশিং য়ামখৎলকপগী মতিক লাই হরাওফম/খুভম মশিং অসুম অসুম হেনগৎলক্নি। অদুগা মফমদুদা লাই-উমংগী মহৌশাগী শক্তমদি অসুম অসুম শিথরক্নি। মতমসিগী হরাওফম অয়াম্বদা উপাল-ব্রাপাল হৌদনা ইকোক কোক্রে। লাইকোনুং নাইনরক্রে।

**লাই-হরাওবা ঃ** মীওই ফুরুপকি মতুংইন্না কংলৈ, মোইরাং, ককচীং অমসুং চকপা হরাওবা হায়নরগস্ হরাওরিবদি লাইযিংথৌ-লাইরেম্বীনি[১] হরাওবগী লাইশোন তীনশোন থৌবম পবিংদা খরা খবা খেন্ননা, থক-খা ওন্ননা উরগস্ নুংগী ব্রাপু অমতনি। লাই হরাওবগী হৌবক ব্রাবীদা অদুঙৈ, তাইবংপানবা মপু অতিংকোক শিদবা (অহাংবা) কুকনা তবংদা মতোমতা লৈরম্বদগী মালেম লৈশেমগে নিংদুনা হকচাংদগী অসিবা (সনামহী) পুথোক্নুনা লৈপাক শেমনবা থৌদারে। অসিবনা মথৌ তৌবকপদা হাবাপানা (পাখঙবা/কোনজিল তিংথোকপা) হেক হেক থুগাইরকপা মতৌদা কুকনা নোংথাংলৈমা পুথোক্নুনা হাবাপা থেমহনখি। মখোয় অনীনা অপাম-নুংশি ফোঙদোক্না পাওবৌ পাওখোংনবিঙৈ অসিবনা লৈপাক শেম্বা লোইখি। মতুংদা লৈরক্কদৌরিবা থব্রাইপানবশিং শেম্নবগীদমক কুকনা মযালাওনা কাথোক্নুনা পিবুকনুংদা লৈবিবা থব্রাইপানবশিং মশক-মতৌ উহনখি।

---

(১) *উমংলাই মাপল ঃ* লাইযিংথৌ হনবা, মুব্রানিংথৌ, মোংবা হনবা, নাউকন, চখাবা, কৌববোল, খমলাংবা, লুবাং পান্সিবা, মা[illegible] (**অরিবা মণিপুরী লোনগৈ,** খেলচন্দ্র)।

পুম্নমকসি উরুবদা অসিবনা হরাওনা লাইয়ামদু কুরুগী পিবুকনুংদগী হোইদোরকপবু 'লাই-হোই-লাওবা' হায় । লাইশিংনা তৌরম্বা থবকপু মীওইবনা মথং মথং মতৌ তম্নরক্তুনা শান্নববু 'লাই-হরাওবা' কৌনৈ । মতমসিগীনা, মীওইবগী হৌরক ব্লারী, য়ুমশিং খুল্লিং, য়ুম্বানলোনশিংবু তুংগী চারোল শুরোলনা মথং-মথং কাওনহৌদনবা ঐখোয়গী চৎনবী, ফিজেৎ-চাকচা, জগোয় ঈশৈ, লাইশোন-তীনশোন্দা থৌরম পরেং য়াৎথোক্তুনা চহী খুদিংগী মপু মাবু খুরুমজবা, ইবেনধৌবু ইরাৎচবা লাই হরাওবনি । মতম মতমগী চাওখৎলকগা ইরোইনরকপা মীওইবগী শরিৎ-শরাৎ, থাং-তা, মুক্না-লমজেলশিংসু লাই হরাওবগী মচল ওইরক্তুনা কলা-সংস্কৃতিগী মতিক-ময়াই পাকথোক চাওথোকহল্লি ।

লাই হরাওবগী নুংগী ব্লাহণ্ডোক অমনা – মীওইবনা পোকপদগী শিবা ফাওবা অরোন-অফোঙ পুন্সি লিলা ফোঙদোকপনি । সিয়োমনুংদগী নব্লানা হংঙা মীকপলকপবু লাইহৌ ; হিংলিঙৈ অব্লা-নুংঙাই পুন্সি তাঙ্কল্লা লাই হরাওবা অদুগা শিববুনা লাইরোইনি ।

মহৌশাগী লাইকোনুং খুদিংমক্তা লমদমসিগী ঈশিং নুংশিৎতা হৈনবা পাম্বীতমক হৌরম্মী । নাশীক, গোলমুহরশিংগী মমি তারমদে । খুভম য়ারিবা উমংলাই অদুনা শাফোঙলকপদা লোইনবকপনি থাজনবা পাম্বীসু য়াওই । কোঙ্গৌজম লাইরেম্বীগী লাইবুং লাইকোন্নুংদা মশা-মরেংনা নাপল তৌরিবা খোংনাংসি লাই হাক্তুগী হৌরকপনি । অদুঙৈ, খুঙ্গং চনু হাওরোকচাম্বীবু লাইয়িংথৌ শোরারেলগী তালোই লাইরেম্বী ওইখি । লাইরেম্বীনা মপাম খোঙদারকপদা লাইয়িংথৌনা থারকপা সনাগী কৈরাক্লা উসিগী মথক্তা তাখি । লাইরেম্বীগী খোঙনেৎফম পাম্বীনি থাজনৈ । মতম কুইনা লৈরক্তুনা লাইওইরবা পাম্বীসিগী মশাদগী তারকপা (চোমলকপা) মবানা লৈপাক শোকলক্তুনা অনৌবা পাম্বী ওইবকপা; মঙোন্দগী চোমলকপা মরানা অতোপ্পা পাম্বী অমমুক ; অসুম্না পাম্বী অমদগী মথং মথং মচা তরামুক্লা থাবলচোংবগুম খুৎশম্নদুনা লাইবুং শিঙ্খুংনা শন্দোক্লি ।

চংনিং লাইরেম্বীগীদা (ফোইজীং) হৌরিবা য়ুরে পাম্বীনা (লৈনম্না য়ু মনম নম্বা) অদুঙৈ, লাইরেম্বীনা মফমসিদা খুভম য়াখিবগী ব্লারী লিরী । অদুঙৈ,

মোইরাংগী থোইবী, কবোগী চংনিংখোম্বী অনীগী মমাংগী শাইওন-লাংওন্দা, থোইবীনা পাম্থোইবী অদুগা চংনিংখোম্বীনা পাম্থোইবীগী সিয়োমদা নোংপোক অপাম্বগী খুৎথা হৈরু মচানুপী ওইনা ফংজখি[২]। পম্থোইবীনা খাবগী খুৎতগী নাম্থোক্লবা চেল্লকঁউদা পুকয়েক নাওয়েক ফাবক্তুনা পুকনুংগী নব্বানা তাইবং ফাওরক্লবদা খোমলাং মায়োক্লরবদি হংঙা মীকপলক্তুনা খাবনা খঙখ্রনি কিবদগী অহানবা খোমলাংফাও চিন্দমলমদনা নারক্তা লোৎতুনা লৈপাক্লা নন্দুনা থমলম্মী। মথংগী মপোক্তা মহাক্লা মোইরাংগী থোইবী ওইরগা মচানুপীনা কবোগী চংনিংখোম্বী ওইরকউ, থোইবীনা চংনিংগী মীনায় ওইবগে, মমানা মচাবু মীরাইখিবগী লমন শিংগে ব্বাশকলম্মী হায়। ব্বাশক্তুমক মথংগী মপোক্তা থুংনখি। লাইগী মচা ওইরিঙৈ, মাঙফদ্রবা থব্বাই ওইনা মমাগী খোঙ্গুল লিরকখি। লম্বী খঙদবদগী কঙাওনরবী মহাক্লা খুনুতা চীং[৩] য়ৌরকখি। অহিং মীশেল খাঙনা য়ুগী খরুং লিংনা অচৎ অওক্তা মমাগী ব্বাবী-ব্বাখোং হংনা হংনা লৈখি। লাইবেম্বী ওইখি। অদুগা য়ু থকংনা উপাল ওইনা লৈশাৎখি। য়ুরৈ ওইখি।

**উমংলাই লাইকোনুং কোকশিল্লকপা ঃ** মতমসিদা উমংলাই অয়াম্বগী লাইকোনুং লৈনরক্রে। লাই হরাওফম লাইবুং লৈবগসু মহৌশাগী উপাল ব্বাপালনা ইশং শংলম্বা মফম হায়বদুদি ওইদ্রে। খুৎশেমগী অরং-অরাকশিংনা মহুৎ শিনখ্রে। মাংলমচৎতা, মৈদিংঙু পামহৈবা

---

(২) ওঝা থাঙ্গা মাঙ্গোলজাওনা লিবাবম্বা।

(৩) **খুনু থেম্বা চীং** ওইগনি। লাইবেম্বীগী খুভম অব্বাং চীংশাং নাপোম্বু খুনু থেম্বা চীং কৌই। ব্বাবীদা ঃ চংনিংনা মমাগী খোঙ্গুল লিবকপদা মাগী চেংলৌদা মিতাকবা লাইযিংথৌ খোবীফাবা/লোযাবাকপনা মতুং ইম্নবকখি। লাইবেম্বীনা খঙনা খঙনা খঙশিন্নদনা, লাইযিংথৌগা মীৎলম মীৎচানকুববাদ মাগী নিংকা থুংলবোই, মমাগী লৈফম খঙলবোই হাযদুনা লৈমাখুনু ওন্দুনা শকলোৎখি। মতৌস খঙলবা লাইযিংথৌনা চেং, থোইদিং থাদোক্তুনা খুনু যানবা থেমখি **খুনু থেম্বা চীং** কৌনখি।

**খুনুতা চীংগী ব্বারীদা ঃ** অদুঙৈ, কুকনা মালেম লৈশেম্বা হাক্তেকগী খুনু মতে মনাওগা লোইনবকই। লৈশেম্বা লোইবদুনা কুকনা থুপখ্রবদা খুনু অনীদু লৈঙমখিদে। 'কুক-কুক' কৌনা কোইখি থিবকখি। থাংজিং চীংগোন যৌবকপদা ব্বামনখ্রদুনা উশা অমদা তোমিন্নবগা পোৎথাবিঙেদা শাদানবগী তেম্না পার্নখি। মখোযনিমক শিবগা তাবকখি। অশিবা খুনুনা তাখিবা মফমবু খুনুতা কৌনখি। খুনু অনীগী থব্বাইনা মোইবাং শাইওন-লাংওন তবেৎকী শাবী শানৌ ওইদনা থাংজীং লিলা মপুং ফাইনখি। (*তোনু লাইজীংলেম্বী - গুনো*)

(খৃ ১৭০৯-১৭৪৮) হাক্তক্তা শিলেতগী সান্তিদাসনা হিন্দু বমান্দি ধর্ম্ম শন্দোবকপদা মৈতৈ পুযা মযাম মৈ থাখিবগা লোযননা উমংলাই লাইশং কযা মাঙহন-তাকহনখি। লাইশিংবু মোংবহনবা উমংদা লৈবোন চনখি। সনামহী কোলু যৈখাযখি।[৪] মতমসিদগী লাইকোন্নুংশিংগী মতিক-মযাই শিথবক্লে। তুংদা মীওইবগী মীশিংনা ঈশিং ঈচাওগুম্লক্তুনা মখোযগী অৱাৎ অপা, অনিংবা কযা থুংনবা হোৎনবকপা, চাওখৎপা থৌবাং পাকথোক-চাওথোবকপা মবম কযাদা প্রকৃতি ৱানা খাঙলে। লৈকায খুঙ্গংদা মীযাম পুনফম কৈথেল, সহব পাকথোক-চাওথোবকপা; উমংগী পোৎথোক কা হেন্না লৌথোক্লবকপগা লোযননা শন, ইবোই, যুমশাশিংগী শজিক চাফম ওইনবকপা, মবম কযানা লাইকোনুং মাঙশিল্লকপগী মক ওইবা মবমশিংনি।

## লাইকোনুংগী কান্নবা

প্রকৃতিগী তম্পাক্তা লাইকোনুং লৈবগী কান্নবা কবিনো ? তেল্লবা ৱাহংশিগী পাউখুম হাযঙমদনা পাক চাওই। উপালগী উশাগুম মবোং-মবোংনা মনা পুঙই। শুপল্লিগা, শকনাইবা ঈচেল অনিগী ঈতিন্নফমনি — লাইকোনুং।

**কলা-সংস্কৃতি ঃ** মীওইবনা বিগ্যানগী থৌবাংনা থাদা খোঙদাবে। শুন্দ্রংগী গ্রহ, উপগ্রহ, থৱান্মিচাকশিং জয তৌনবা থৌবাং কযা লৈবে। পৃথিবীবু অপীকপা কা অমদা পুশিন্দুনা মীৎনা কুপ্পদা মাঙহন-তাকহনবসু ঙম্লগনি। মীওইবগী পুন্সি শাংদোকহন্নবগী থৌবাংসু নোংম-নোংমগী মযেক লাবক্লি। বিগ্যান চাওখৎলকপগী মতিক পোকপদগী লোযনবক্লবা কলা-সংস্কৃতিসু মযেক শেংই। লৈবাক অমগা অতোপ্পা লৈবাক অমগা হেন্না নকশিন্নবা, শকখঙনবদা কলা সংস্কৃতিগী থৌদাং মপান নাইদে। খোঙফম চেৎপা কলা-সংস্কৃতি যাওদনা চাওখৎপগী অর্থ মযেক লাদে। তুং কোইনা

(৪) খৃ ১৭২৬ ইঙা থাদা মৈতৈ লৈবাক্কী উমংলাই মখৈ খোমগৎতুনা মোংবাহনবা উমং হাযবদি মহাবলী উমংগী হৈবোং শিদবগী মখোঙদা লোযনা ফুমজিনখি (**অবিৱা মণিপুৰী সাহিত্যগী ইতিহাস** — খেলচন্দ্র)।

তুঙঙমদে। অতিয়া মকোইগী চুমথাংগুম মখোঙ পান্দে। কুইনা লেপঙমদে। নোংজু থাদা হিরা মতুম-মতুমগী নোংলিক্লা মালংদা থরাক থরাক য়াল্লিবঙে, লুতুংদগী নুমিৎনা চুমথাং মচু তরেৎ তরং-তরং পুখোকপগীদমক নাপল তৌজরগস্ু খুদক্তা অমুবা লৈচীল মঁপেনা মহাক্কী মায়থোং খনখিবদা চুমথাং মচুনা খঙহৌদনা মমি শামখিবগুম খোঙফম চেৎতবা কলা সংস্কৃতিদা লৈবাক অমগী চাওখৎপগী খুদম মাঙখিনি। য়াম্না চেকশিন্না ইশাগী নাৎ ঙাকশেনবা, মরেক-মহাও খোকহনবা হায়বসিনা চাওখৎপগী খোঙনেৎ-খোঙদাফমনি।

**বিগ্যানগী মীৎয়েং ঃ** লাই হরাওবা, লাই হরাওবুং, লাইকোনুংদি খুনাইসিগী অরিবা কলা-সংস্কৃতিগী পুক্কেনি। সনা, লুপা, হি-যাই পুন্না লোকফম হিদেননি। অসিগুম্বা মপাল নাইদ্রবা কলা-সংস্কৃতিগী লবুকসিদা বিগ্যানগী ৱাহঙ্গোক কয়া মরুম থুপলি। উনারক্কী তম্নাগুম মচু-মচুগী লৈনানা য়োমশিল্লিবা লৈবুক সিয়োমগুম মপানথোংগী জগোয়-ঈশৈগী ফিবান্নুংদা প্রকৃতিগী নিতি-নিয়ম, তাইবংপানবদা পা-পীগী মরুওইবা, মীওইবা সভ্যতাগী লিকলম কয়া কয়া ফুমলি।

উমংলাই হরাওবুং, লাইকোনুংদা মহৌশা লাইবেম্বীগী অবোনবা, অফোঙবা শক্তম কয়াগী তুংনফমনি। মফমসি বৈগ্যানিকশিংগী লৌশিংগী পুক্কেনি। মখল-মথেল মচাক ৱাৎতা-পাদনা লৈবা মহৌশাগী অচৌবা চাংয়েংশংনি। চহী বিলিয়ন ৩-৪ গী লংদাইদা থৱাইনা অহানবা থুমহী চেনবা ঈশিংদা পোকখি হায়। লাই-হরাওবগী লাই ঈকৌবদা (লাই লৌখৎপা) ঈশিংদগী লাই লৌখৎলি। থৱাই কৌখৎলি। ঈশিংনা থৱাইগী অহানবা হৌফমনি তাক্লি। মালেম্না অহানবদা তরংদা লৈরম্বদগী অহোংবা কযা ওইরক্তুনা থৱাই লৈরকখিবগী শাংলবা ৱাবী শীংবুনবু মাইবীগী জগোয় মওং-মওং, লাইশোন-তিনশোন্না চিৎথঁদনা লী। মৈবুলগী মশক ওইবম্বা পৃথিবীনা অসুম অসুম ইংথবক্তুনা লৈপাক ওইবকপা, অইং-অশা খাযবকপা, নোং চুরকপা, পোৎযান-পোৎতিনশিং লৈরক্তুনা ঈশিং ঈমাযদা তাওখৎলকপা, থৱাইপানবা ওইরকপা, ... পুম্নমক মখল-মখা জগোযনা ময়েক শেংনা ফোঙদোকই। লৈশেম জগোয় (অহানবা মালেম শেম্বা), লৈপেক জগোয় (লৈপাক শেম্বা), লৈনেৎ জগোয় (লৈপাক লৈতেম মান্নহনবা),

লৈতায-নোংদাই জগোয (কোবৌ মালেমবু পা-পী ওইনা শক্তাকপা), কোঙ্গোল জগোয (ঈশিংদা থৱাই মচা-মচা পোক্লকপা), নাপ্পা কংজাও জগোয (অচৌবা থৱাই ওইবকপা), মখল মখা কযাগী জগোযনি। মতুংদা পাম্বী, তিন-কাং, ঙা, শা-উচেক, মীওইবা মথং-মথং লৈবক্তুনা অশং-অমান্না থল্লবা প্রকৃতিগী শক্তম ওইবকপা কযা লাই হবাওবগী জগোয, থৌবমশিংনা ফোঙদোকই। মীওইবনা লৈকুৎ-লৈবাইদা লৈবিঙে, মৈবা চীংদুনা মৈ শিজিন্নবা হৌবকপা; খুৎ-শা হৈবা মখল-মখা তেকনোলোজী চাওখৎলকপগী খোঙথাং পবিংদা কপত্রেং, হুইত্রি, তবেং পুথোক্তুনা লং নাইবা, শেৎনা ইন্নবা ফি শাবা[৫], খুদেং শাবা, হি শাবা; লৌউ-শিংউবগী থৌবাং পবিংদা পামলৌ উবা; নুমিৎ-থা, থৱানমিচাক্কী খোঙচৎ, অইং-অশা, ঋতু হোংদোক হোংজিনগী মওং উৎতুনা ফিবুল হাবী, মুক্না কাঙজে, শান্নবগী মওং পূম্নমক বিগ্যানিক ওই।

পাম্বোইবী হাযববু কনানো ? মহাক্তি প্রকৃতিনি। মপা-মমা শকনাইদে। মালেমগী লেংলি পাল্লিবশিংগী অপোকপীনি, মচাশিং যাইফনবগীদমক মীৎকুপ-নাহুম কাংদনা যেংশিল্লি হাযবনচিংবা কযাবু মালেমগী মশক ওইবা লাইবুংদা কোযনা লৈনা চৎতুনা জগোয খুৎথেক্লা উৎথোকই। পাম্বোইবীনা প্রকৃতি লাইবেম্বী ওইনা উপাল ৱাপাল শেমগৎলকপদা ঃ

*লোইবী নাপোম অমদা*
*পান্নাও শীংনাও থাবে*
*ফদিগোম পাখোন থাবে*

---

(৫) লশিংদগী ফি শানবগীদমক ঃ পাম হাইবা, অকংবা নাপী শীংনা খোমজিনবা, মৈব চাংবা, মৈ থাবা, পাম যানবা, লশিং মক হুনবা, লৈ শাৎপা, লশিং হেকপা, পোন (পোলাং) শাবগা লাশং হাপচিনবা, যুমদা পুবকপ , ফৌনাদা ফৌন্দাকপা, কপত্রেংনা লশিং তকপা, কাপোন্দা হুইত্রিন লশিং কাপ্পা, লাংগোম্ন মোইথাপ তাবা, তবেংদা লং নাইবা (মোইথাপ নাইবা), লংদম শৎপা, তওৎতা লংখাহ শেম্বা, লং চনাং থাবা, পোলাংখোক্তা যাম্লোকপা, শুক পৌ নম্বা, লং লোকপা, লংচাক চাকপা, ফিহৌবা, যেৎপু, নাকযেৎচৈ, নাৎ, উতোং, তেম, পাঙাদেম, সনম কনাই পুনশিন্দুনা ফি শাবা, ইকা ফেনবা, খি ককপা, ৱাং খুদেংদা ফি হাপচিল্লগা শুবা (ঈশৈ ৱাং খুদোং মাযপাকপা, লাইজ থন্না হাপচিল্লো, চবৈ পোপ-পোপু শুদোকসে), ফি ফৌবা, খি লোক্লগা লাইদা কৎপনি।

*লোইবী চীংশাং খুদিংদা*
*উপী উরেল থারে*

... ... ...

***লাই হরাওবগী রাখল্লোন পরিং, ৭৯***

লাইপৌ জগোয়দা 'হকচাং শাবা' থৌরমনা মমাগী সিয়োমনুংদা মিতগ্রীবা থরাইনা মথং মথং চাওখৎলক্কুনা হকচাং কয়াৎশিং ওইরকপা উৎলি। মায়, মীৎ, খোং, খুৎনচিংবা শাবা পুমলোই লোইরগা থরাই হাপ্পী। থা তরা নাওপুরগা অঙাং পোকই। মমানা মচা য়োকপগী থৌরাং পুম্বা মাইবীগী জগোয় রাহৈনা ফোঙদোকই। মাইবগী লাইশোন তীনশোন্দা ঃ

*নুদগী তোং পোকই*
*তোংদগী উন পোকই*
*উনদগী তু পোকই।*

(ঈদগী তোংশা, তোংশানা উন্সা, উন্সা মথক্তা তু হৌই)

প্রকৃতিগী খোঙচৎ, শা-উচেকশিংগী অরোন-অথুপ, মীওইবগী নুংগী অহকপা রারোল কয়া, হরাওবগী জগোয় ঈশৈ, প্রমান পাম্বৈ, পাওরৌনা ফোঙদোকই। হারাপা-নোংথাংলৈমগী পাওশা ঈশৈদা ঃ

*হে ইপুং নাহাপা*
*য়াইরৌতগী শঙাইনা মচী কেকরু খোক্তবিএ।*
*ললহানপুংগী কাকফৈনা মনা হুমাই সাতরিএ॥*
*তোকফমদগী ঙমুনা খোইচু তোংলোং চিনতবিএ।*
*কোংপতগী ঙাখানা চেংলৈ কানক্ নক্তরিএ॥*

***লৈখক লৈখারোল, ২২***

ঈশৈসিনা নুপা-নুপী যুম্বানবগী চহী মতাং য়ৌদ্রি, হকচাং কয়াৎ মপুঙ ফাদ্রি, মীওই শুদ্রি হায়বনচিংবা ফজবা প্রমান-পাম্বৈনা ফোঙদোক্লবা ওইরগসু শৈথাবদা যাওরিবা জীবশিং অসিগী পুন্সি তাক্কক, য়াওলসু ময়েক শেংনা

য়াওই। শঙাই অমগী পুন্সিদা লাবা খুদিংমক চহী খুদিংগী মচী অনামক হেক-হেক কেল্লি। লৈখোক লোয়রবা লৈনা মশা মতোমতা কেনজবগুম। মতুংদা মচীনা অমুক হৌগৎলকপগা লোয়ননা তমোন-তমোনবা উন্সানা য়োমশিল্লকই। মতমসিদা লাবা অমতা অমোমগা নকশিন্ননিংদে। মচীনা মপুঙ ফানা চাও-শাংলকপগা লোয়ননা উন্সাগী কুয়োমসি মশা মতোমতা হুক্তোকখি। কেক্রু মকু খোক্তোক্লগা মনুংদা মরু লৈহৌবগুম শঙাইগীসু শরুগী মচী লৈহৌই। ফিভমসি য়ৌরকপদা শঙাই লাবনা অমোমগা নকশিন্ননিংবা, তিন্ননিংবগী ইথক-ইরাং পোকলকই। য়ুম্বান্নে। কাকফে অমতা মনা পান্দে।[৬] চাবোকথাদা (কুমগী নোংজু হৌবকপদা) হকচাংগী মাংথংবা মচিনলোমদা চাবোক কয়াৎ মখুল পাল্লিবা (ঙকশম খৌরী হায়রগে) মফমগী উন্সা মচেৎ অমা কোয়রক কোয়না থা-থা লাওরকই। অসুম্না মরুম থুনিংবগী কঙাওনরবা ঙমুনা ঈশিং মনুংগী নারক-শীংলক্তা মোংলদ্রি। ঙখানা মমৈ ঙাংলক্তুনা মপুঙ-মবৈ ফাদ্রি। মকম কোকপা যাদ্রি।

লাইকোন্নুং অমদা বিগ্যানগী অরোনবা শক্রোনশিংবু কনানা মশিং থিরুদগে ? শক্রোন ময়ামসিবু হৈশিংবা খুৎ অমনা লেংশিনলবদি নিংথৌ তুরেলগুম হৌফম লোইফম খঙদনা শাংগনি। শক্রোন অমদা অশংবা পাম্বীশিংনা মীওইবা য়াওনা লেংলি পাল্লিবা পুম্নমক্কী চিঞ্জাক, এনর্জি পিনবা থৌ চিল্লি। প্রকৃতিগী তম্পাক্তা থৱাইপানবশিংগী মরক্তা মশা-ইশা চানদুনা পুন্না হিংমিন্নবা চিঞ্জাক্কী লম্বী পরিং মশিং লাকঙমদনা লৈ। লম্বী খুদিংমক্কী হৌফম পাম্বীনি। অদুগা লোইফমনা হাকথেংননা নৎত্রগা নাকোইননা মীওইবনি। **হৈরোংখোইনিদ চানবা হৈনিদা ...** , মশক নাইবা খুনুং ঈশৈসিগী মচাক ওইবিবা হৈবাংখোইবু খোইনিংনা চাই। অদুগা খোইনিংবু খুনুখরংনা। মীওইবগী চিঞ্জাক মরু-মরাং মাঙহল্লিবা ঊচিবু লিন্না মাঙহল্লি। লিনবু মকুনা। ঐখোয়না ঙা পাম্মী। ঙাশিংনা ঈশিং মনুংগী কাং, মহীক-মনাইশিং পাম্মী। লেংলি পাল্লিবশিংদা থৱাইগী মতিক এনর্জিনা হাপ্পী। এনর্জিগী অহানবা হৌফম্না নুমিৎনি। অশংবা পাম্বীশিং নৎতনা মীওইবা যাওনা শা-উচেক অমতনা নুমিৎতগী এনর্জি হাকথেংননা লৌরুবা ঙমদে। পাম্বীশিংনা ৱানা, মতমচংনা খোমজীন-তাশিনজবা নুমিৎতগী এনর্জিবু

(৬) থৱাইপানবশিংগী মরক্তা খোমথকপা শাশিংদা মীৎনা উবা না পাল্লি।

চিঞ্জাক্কী লম্বী পরিং খুৎতুং ইন্না শা-উচেকশিংনা মথং-মথং ফংনদুনা অরোইবদা মীওইবগী ওই। প্রকৃতিগী শিঙ্খা অমদা হয়িংখোই, কুবাক, খোইমুনা হৈ, লৈ, পাম্বী কয়াগী উঁহৈ মরু চঙহনবদা অচৌবা থৌদাং লৌই। ক্বাক, খোইনিংনা হৈক্রেং, উঁরৈরোমগুম্বা পাম্বীশিংগী ধারা নালা শন্দোকই। থব্রাইপানবশিংনা শিবগা পৎথ-পুমথরবা হকচাংনা লৈপাক লৈহাও চেলহন্দুনা পাম্বীশিং হোম হোম চাওহল্লি। শক্রোন অমদা অশংবা পাম্বীশিংনা শকউদনা ওক্সিজেন শুংলি।[৭] মখোয়সি প্রকৃতিগী থবোম্বীনি। মালেমগী অইং-অশা চুপলি পায়রিবা মখোয়নি। এসিদ নোংগী মরুওইবা মচাক সলফর দাইওক্সাইদ লৌশিনবা[৮], উফুল-ব্রাইফুল ফাজিনবা, লৈপাক লৈহাও মাঙহন্দবা[৯], অয়াকপা অহৌবা খোঞ্জেল লাকশিনবা[১০], পূম্নমক পাম্বীশিংননি। লায়না তীন্না চংদবা, চাথোক লৈবা অফবা মখলগী মরু-মরাং পাম্বী ধারা পুথোকপদা মতেং ওইগদৌবা মখল মখাগী পাম্বীশিং লাইকোনুংদা মরাং কায়না হৌই। চাবীনিঙাইনা হেল্লবা অদুগা চাথোক্লা ব্রাৎলবা মতমসিদা বৈগ্যানিকশিংনা পাম্রিবা তশেং তশেংনা মতিক-মগুন লৈববা জীনগী ব্রাৎত-পাদবা পুকৈ-মফমনি লাইকোনুং। পাম্বী মখল-মখা মরাং কায়রিবা লাইকোনুংদি তশেংনা ঐখোয়গী মীৎনা উবা লাইনি।

**থব্রাইগী তুঙনকম-লাইকোনুং ঃ** লাইকোনুং অমদা মখল-মখাগী পাম্বী, শা-উচেকশিংনা অফোঙবা শক্তম অদুগা থব্রাইপানবশিংদা থব্রাইগী মতিক হাপ্লিবা ঈশিং-নুংশিৎ, নুংশাগী শক্রোন কয়ানা অরোনবা

---

(৭) অশংবা পাম্বীনা অযুক-নুংথিলদা নুংশিৎতগী কাববোনদাইওক্সাইদ লৌশিল্লগা মদুগী মহুৎতা ওক্সিজেন ওইনা থাদোবকই। থৌওংসিবু ফোতোসিন্থেসিস হাযনৈ। বর্গ মিতব ৩০-৪০ পাকচাওবা অশং-অমানগী মফম্না নোংমদা মী অমনা শোব-হোনবা কোন্নগদৌবা ওক্সিজেন পী। অদুগা মীওই অমনা নোংমদা শোব হোন্দোবকপদা যাওবকপা কাববোনদাইওক্সাইদপু মযায ওইবপ চ'ওব' পাম্বী অমনা চুপশিল্লি। উমং বামং মবাং কাযব' মযমদা শাবগী চাং দিগ্রি সেলসিযস ১০ যাওবা হন্থহল্লি।

(৮) একব অমা পাকচাওবা উমংনা চহীদা নুংশিৎতগী সলফবদাইওক্সাইদ তন ০.১৬ লৌশিল্লি।

(৯) লম একব ২.৫ গী উমংনা চহীদা উফুল তন ৪.০ বোম ফাজিল্লি। উ-ব্রা হৌদবা লম হেক্তব অমদগী চহীদা ঈশিং অমসুং নুংশিৎনা লৈপাক লৈহাও কিলো ১৫ বোম মাঙহল্লি।

(১০) অহৌবা, অযাকপা খোঞ্জেলগী দেসিবেল ৬-৮/১০০ ফাও উমংনা হন্থহল্লি।

শক্তমনি। মহৌশা লাইকোনুং অমগী শক্তমদি নুংশা-মঙালফাও হরাও-হরাও চংবা ঙমদনা শুকলম্মী। মফমসি অতাঙবা, মতিক মগুন লৈরবা থব্রাই কয়াগীসু তুঙনফমনি। লমদমসিগী খোংনাং, উয়ুম, উয়ুং, হৈক্রেং, নোংলৈশং, উরৈরোম, উথুম, তুমিংলা, তাইরেল, হৈরাংগোই, হৈবী, হৈনৌ, হৈনিং, হৈমাং, হৈরুকোকথোং, হৈক্রু, হৈতুপ, হৈয়েল, পাংগোং, শাম্বাশিংগী হৌফমনি। অচৌ অচৌবা কাংখিল মরিনা কোয়শন শন্দোক্তুনা কোযযেৎ য়েৎতুনা পাম্বীশিংবু ইশম শম্নহল্লি। খোঙনেৎফম থাক-থাক হকপগুম মতাঙ তাঙবোম নাইবা কাংখিল মরী তোংলগা থৌরী হাইবী শান্নবা অঙাংশিংগী নুঙাইজবীনি – নোম নোম শগাই তোং, ...। **কাংথব্রো** শান্নবগী কাংখিল মরু, **মরুমকোনবী** নৎত্রগা **মুরুংগোম্বী** শান্নবগী লৈপুঙ খাঙ্গা (মোরুংগোম্বী মরু) হেকফমনি। হৈরাংগোই, হৈজামপেৎ, কাংগ্রৌ, হৈনিং, হৈমাংশিংগী ব্রাৎত-পাদবা হৈকোলনি। কুন্দো, থাবল্লে, ব্রারক কুন্দো, উথম্বাল, খোংগুমেলৈ, ক্বাকলৈ, চীংথ্রাওনচিংবগী লৈকোলনি। কাকয়েল খুজিল, শংব্রৈ, ওকহীদাক, লাইউতোং, খোইজু-লৈখাম, য়াইথম্নামানবী (য়াইথমানবী), হনুরৈ (হনুখুলাম), কোকন, নোংমাখানচিংবা হিদাক মচলশিংগী পুকৈনি। খেকব্রাগী মশীং, তেরা লং, ফী শংনবা মখল মখা মচু খোকহনবা পাম্বীশিংসু ব্রাৎতে।

অপীকপা তীনশিংদগী মখল মথেল শা-উচেকশিংগী লৈফমনি– লাইকোনুং। চুম, লিন, চোংঙা, তেনব্রা, খোইনিং, লমখুনু, উতুবী, হুংক্রোকলাওবী, ক্বাক, চবোই, উমাইবী, নোংগৌবী, ব্রাবা, ব্রাক্রেক, শেকপী, খৈরোই, লমহৌদোং, লমহুই, মোরাংশাথিবী, হুইথৌ, খুদম খবতনি। হৌরকফম লিখুন তিন্নদ্রবসু থব্রাই মখলশিংসি লাইকোনুংদা প্রকৃতিনা পিরকপা শিঙ্গা লিকলম পরিং কায়দনা পুন্না হিংমিন্নে। মনিং মখা তম্না লৈমিন্নে। মীওইবা কনা অমতনা মখোয়বু ফানদে। হাৎনদে। লাইকেনুংদগী উ-ব্রা যালহৈদে, শা-উচেক হাৎহৈদে হাযনবা চৎনবীবু মীপুম খুদিংমক্না ঙাকনৈ। মসিনা হায়নকবা লৈতনা, খিংলুবা য়াওদনা থব্রাইশিং অসিবু ঙাকপী শেনবী। লাই হবাওবিঙৈদা কনাগুম্বগী দষা লাংফম, অব্রা অনা কোক্লবা হায়দুনা ঙানু/খুনু/য়েন লাইদা কৎনৈ। থাদোকনৈ। জীবশিং অসিনা লাইকোনুংদা হেক চংখিবগা কনা অমতনা মিতানরুদে। হন্না য়েংনরুদে।

উমংদা মখোয়না মরুম-মচা কোক্তুনা, অকি-অখঙ লৈতনা নুংঙাইনা লৈ। মহৌশাগী লাইকোনুং অমগী শক্তমদি থায়নগী মুনি-ঋষিগী তপোবনগুম্বনি। মতমসিগী ৱাইল্ড লাইফ সেঙ্কচুয়ারী, নেসনেল পার্ক, বোতানিকেল গার্দনশিংদা থৱাইশিংবু মীওইবা মীরক্তা মীওইবনা শেম্বা আইন্না ঙাকপী-শেনবী। অদুগা, মহৌশাগী লাইকোনুংদি লমলক্কী থৱাইবু মীওইবা মবক্তা মীওইবগী নুংশিবা, থাজবনা ঙাকপি শেনবী।

লাইকোনুং অমদা লৈমিন্নরিবা থৱাইপানবশিংগী মরক্তা তৎন-থানবা য়াদবা প্রকৃতিগী লিপুন মশিঙ লাকঙমদনা লৈ। খুদম অমদা ৱাক-হৈক্রেংগী পুন্সি ৱারীনি।

হৈক্রেং, ফুত ৫০ হেন্না ৱাংবা উজাওনি। য়ুমগী অকে-অমৌ, লৈতেংগী পোৎ শেম-শানবগীদমক উসি অদুক হাক্লা পামনদে। শুম চাগল্লি। শীং ওইবসু খাংদে। মৈতাল লাদে। অদুবু লমদমসিগী চৎন-লোনচৎ কয়া অমগদি পাম্বীসি লোয়নরকই। পাম্বীসিগী মরুনা পোকলাওবী কাপনৈ। মনানা হিদাক ওইনা শিজিন্নৈ। থায়নদগী মীশি-মীনাদা ইঙ্খোলদগী হৈক্রেং য়াল্লগা পোৎলোইনরম্মী। মসিনা ওইরমগদ্রা, পাম্বীসিনা তাইরেন্দগী হান্না মপান শাৎতুনা মহৈ য়ানবা কুমদু ফৎতে, মীশি মীনা কুঙই হায়নবিবা। মতমসিদা পাম্বীসিনা ঐখোয়গী ইরক্তগী তাকশিল্লকপগা লোয়ননা ইপা-ইপুগী চৎনবীসু মাঙখ্রে।

লশিং মরুমুক্তা চাওবা হৈক্রেং মহৈগী হোম-হোম লাওবা মকু-কুয়োম্না য়োমশিল্লগা মনুংদা মরু য়াওই। ৱাক, তেনৱা, খোইনিংশিংনা উহৈসি য়াম্না পাম্মী। মহৌশা তম্পাক্তা পাম্বীসি মরাং কায়বিঙৈদা তেনৱা শংগু শংগু পাইরক্রম্মী। পুমনিন নিন্না চাক্তারম্মী। হৌজিক তম্পাক্তা পাম্বীসি হীংগুমলে। লোয়ননা তেনৱাসু পাইরকখিদ্রে। শকমান্নদবা থৱাই অনীসিগী মহৌশাগী চিঞ্জাক লম্বী পরিং তৎখ্রে। ৱাক মাঙশিল্লক্রে। পাম্বীসিগী মকুগী কুযোম অমতা ৱাক্কুম্বা উচেক্কী চাকখাওদা অশিন-অয়াক মহীনা তুমহন্দ্রিবমখৈ লৈপাক্তা মতোন চোংদুনা হৌবা ঙমদে। প্রকৃতিগী যৌবাং অসিগী পরিংদা খোংনাংবু চেকপলদা, ফুরা-দলান কারক, মতোন্দা হৌহল্লি। অসিগুম্বা পাম্বীগী চাদা-নাওদা তুংকোইনা লৈহৌনবা ৱাক্কুম্বা উচেক লৈতবা য়াদে। লাইকোনুং

লৈরক্তুবনা ক্বাক, হৈক্রেং মাঙশিল্লকপগী মরম অমা ওইরকপগুম অতৈ থব্রাই কয়াগীসু তৎন-থানবা য়াদবা মরম চাম-চামনি।

ওইথোকলোই খনবদা ওইথোকপা, থাজদবা মরক্তা অচুম্বা শক্রোন কয়ানা প্রকৃতিগী চৎনরোলনি। ক্বাক হৈক্রেং অনী অসুক চেকশিন্না মরি লৈনরমগনি কনানা খল্লুবগে ? অদুঙৈ, কুচু মুবা ওথেল্লোগা শকহেনবী দিসদেমোনাগা থমোয থমোয শিন্নখি। শকহেনবী মহাক য়াওদনা ওথেল্লোসু লৈঙমখিদে। হৈক্রেংগুম্বা পাম্বী মাঙশিল্লক্লবদা ক্বাকসু লৈঙমদ্রে। লোয়ননা উচেকসিগা শাগোন্নরকপা ঐখোয়গী চৎন-লোনচৎ কয়াসু মশেম মরাংলক্রে।

চহী ১০০ হেন্না পুন্সিববা লাইকোনুংগী হৈক্রেং উজাওদা উক্রোং মখুল হোগল্লি। মফমসি শা-উচেক খরগী নোবোক কোমগুম শুক্লা মন্ত্রগসু শেকপী, মকুশিংগীদি পুমঙাল ঙাল্লি। লাইবৈবাকগুম্মী। মফমসিদা চোংঙা অমুবীশিংগী পামজবা লৈফমনি। চায়োক-নাওয়োক ফবী লাইকোনুং মাগী উশা ফৈরাথক্তা মখল-মখা উচেকশিংনা কায়দোংলি। য়ারেক্লি। মদুগী লমনদা ক্বাকুম্বা উচেকশিংনা উজাও-উরেল কয়াগী চাদা-নাওদা শন্দোক্লি। কাঙখুল মুৎতনবা থৌরাংলি। হৈক্রেং হৌরক্তুবদগী ক্বাক মাঙশিল্লকপনি, নৎত্রগা ক্বাক লৈরক্তুবদগী হৈক্রেং মুৎশিল্লকপনি হায়বগুম্না থৈদোক থৈজিন কয়া তৌনরগসু হৌরকফম লিখুন তোঙান-তোঙান্নরিবা থব্রাই অনীসিগী মরক্তা তৎন-থানবা য়াদবা প্রকৃতিগী লিপুন অমদি চেৎনা থম্বীরম্মী। মতেং ইতেং পিনদুনা, লৌনদুনা পুন্না হিংমিন্নবা হায়বা প্রকৃতিগী নিতি-নিয়মসি লাইকোনুংশিংদা তরং-তরং, তরু-তরুই। ❑



# রাইতর্স ক্লবকি ফোঙগ্রবা লাইরিকশিং

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | চহি কয়াগী মমাঙদগী(শৈরেং) | ১৯৯৬, | চীংশুবা শামু |
| ২। | কোরৌহনবগী অমুবা মঙাল (শৈরেং) | ১৯৯৭, | খাইদেম তোম্বা |
| ৩। | সুরগী লৈবাক্তা নোংমা (বারীমচা) | ১৯৯৭, | কুঞ্জো নিংঙোম্বা |
| ৪। | এরিষ্টোটলগী পোয়টিক্স (শৈরেং কলা) | ১৯৯৭, | বি, এস, রাজকুমাব |
| ৫। | নোং নঙসু চুরখো (শৈবেং) | ১৯৯৮, | ধজমনি খোইনাইজম |
| ৬। | হনুবীদি হিংহৌরি (বারীমচা) | ১৯৯৮, | ইবোপিসক নোংথোম্ব |
| ৭। | অনৌবা মঙাল অমগীদমক (বারীমচা) | ১৯৯৮, | সালাম শান্তিবালা |
| ৮। | সনামানবীগী মীৎয়েং (বারীমচা) | ১৯৯৮, | ডাঃ কেঐচ শামুঙৌ |
| ৯। | লৈহাউগী লৈনম (বাবীমচা) | ১৯৯৮, | শরৎচন্দ্র নোংথোম্বা |
| ১০। | লোয়ালমগী বসন্ত (উপন্যাস) | ১৯৯৮, | এন: মংলেম |
| ১১। | খুজংগী ইঁশে (শৈবেং) | ১৯৯৯, | লাইমুজম রামেশচন্দ্র |
| ১২। | অরিবা মণিপুরী সাহিত্য নৈনবা (অহানবা শরুক) | ১৯৯৯, | অহোংশাংবম তেজমনি |
| ১৩। | নুপীদা রাজনীতিগী শক্তি হেনগৎহনবা (বারেং) | ১৯৯৯, | তোইজম বিহারী সিংহ |
| ১৪। | থাজগী অমম্বা নাকল (শৈরেং) | ২০০০, | সলাম তোম্বা |
| ১৫। | মৈতৈ লমজা (উপন্যাস) | ২০০২, | এন: মংলেম |
| ১৬। | চিত্রকার (উপন্যাস) | ২০০২, | সলাম তোম্বা |
| ১৭। | কুশ কহং পতংগা ঔর [illegible] গাও কি (অনুবাত) ([illegible]) | ২০০৩, | [illegible]েঘচন্দ্র হৈরাংখোংজম |
| ১৮। | নোংহৌ (সোনেত [illegible]ন্স) | ২০০৪, | [illegible]ম তোম্বা |
| ১৯। | প্রকৃতিগী তম্পাক্ত ([illegible]রেং) | [illegible]০৪, | [illegible] খাঙেম্বম শামুঙৌ |



ডা. খাঙেম্বম শামুঙৌ, ইম্ফাল বষ্টকী হৈগ্রুজমদা ১৯৪৩ গী নাবেম্বর ১দা ।পাকই। মফমদুগী এল পি দা মাহ তমলকপনা গৌহাতি য়ুনিভরসিতিগী মেট্রিক-পোষ্ট গ্রেজুয়েট, বেনারস হিন্দু য়ুনিভরসিতি অদুগা মণিপুর য়ুনিভরসিতিদা রিসর্চ তৌরকই। নাম্বোল লৈরেল গার্লস হাইয়ার সেকেন্দরী, জি.পী উমেন্স কালেজ, দি.এম. কালেজ ওফ সাইন্স (পোষ্ট গ্রেজুয়েট) ওঝা ওইরক্লগা ২০০১ দা থবক্তগী পোথাই।

অঙাং ওইরিঙৈদা লমহাং-তুমহাং, চীং-মান্দা কোইবা, লমলক্কী থবাইশিংগা লোইনবা পামলকই। ১৯৭৫ দগী কৈবুল লমজাউ শঙাইগী মরমদা থিজিন্দুনা ডোক্তরেট ফংই। মতমসিদগী মণিপুরগী মরুওইবা পাউচে, থাগী চেফোঙ, ওল ইন্দিয়া রেদিও, দূরদর্শনগী খুৎথাংদা লমলক্কী থবাইশিংবু ঙাকপী শেনবীনবা পাউজেল শান্দোক্লি। পরিং নাইবা পাউদমদা ঃ **লমলক্কী শা-উচেক** (বিজ্ঞানগী বা), **শঙাইগী রাকৎ** (হুইয়েল লানপাউ), **এখোয়গীসু খনবীয়ু** (মতমগী য়াকাইরোল), **এখোয়গা লৈমিন হিংমিন্নরিবশিং** (সনখোঙ), **এবু অমুক্তা কনবীয়ু-শঙাই** (এ.আই.আর.ইম্ফাল), **এখোয়সু নখোয় নরক্তা হিংজাগে-উচেকশিং** (এ. আই.আর. ইম্ফাল), **প্রকৃতিগী তম্পাক্তা** (পোক্লফম), **লোক্তাক এদি য়ারেদা** (এ.আই.আর. ইম্ফাল) অসিনচিংবা।

ডা. শামুঙৌগী (শঙাই পব্লিকেসন) ফোঙলবা লাইরিক ঃ **শঙাই** (১৯৯৩), **কৈবুল লমজাউগী য়ারী** (১৯৯৪), **মণিপুরগী তাঙলবা শা-উচেক** (১৯৯৫), **শঙাইনা এখোয়বু ঙাইহৌরি** (১৯৯৬), **এবু অমুক্তা কনবীয়ু** (১৯৯৭), **সনামানবীগী মীৎয়েং** (১৯৯৮), ***Wildlife in Manipur*** (2000), ***Manipur Brow-antlered Deer*** (2004), **প্রকৃতিগী তম্পাক্তা** (২০০৪)। ফোঙলগদৌবা লাইরিক ঃ **লানবন মনুংগী ঈশৈ** (শঙাইগী পূন্সি য়ারী-শৈরেং)।

ডা. শামুঙৌ মণিপুর অমসুং মপানগী সংস্থান কুনমুক্তা লমলক্কী থবাইশিংবু ঙাকপী শেনবীনবগীদমক লোইনরি।